# হিন্দুত্ব

বিনায়ক দামোদর সবরকর



হন্দোকচবা

মোইরাংথেম নাব্লালসিংহ

অহানবা ফোঙবা : ২০০৬ ইং
কোপী মশিং : ৫০০

ফংফম থোকপা : অইবা
অইবা : মোইরাংথেম নাবালসিংহ



অফোঙবী : মোইরাংথেম ওংবী সনাহনবী দেবী
বাবুপাড়া, ইম্ফাল -৭৯৫০০১




মমল : লুপা ৭৫/- (লুপা হুম্ফুতবামঙা)

ফংফম : অফোঙবীগী য়ুম

নম্ফম : সী টি. ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপাড়া ইম্ফাল ১(মণিপুর)

# অইবগী ৱারোল খরদং

বিনায়ক দামোডর সবরকর, পুম্নমক্না বীর সবরকর হায়রগা খঙনবা অইবা অসি 'হিন্দুত্ব'দা নত্তনা ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা অতৈ অৱাংবা থাক্কী লাইরিক কয়ামুক ইরম্বগীদমক মমিং চৎলি। মহাক্কী অনৌবা পুথোকপগী শক্তি, বিষয় খনবা অমসুং খুৎই-লাকই অদুনা মরম ওইদুনা মহাক্কী লাইরিকশিংদু পৃথিবীগী অৱাংবা থাক্কী লাইরিকশিংগী মনুং চল্লি। মহাক্না ইরম্বা ইতিহাসকী লাইশিংদি ৱার অফ ইন্দিয়ান ইণ্ডিপেন্দেন্স, ১৮৫৭, হিন্দু পাদ পাদশহি, সিক্স গোল্ডন চেপ্টরস ওফ ইন্দিযান হিষ্টরী অসিনচিংবনা মরু ওইবনি। আন্দামান নিকোবরদা রাজনীতি ক্রান্তিকারী অমা ওইনা সেলিউলার জেলদা লৈরিঙৈদা শৈরেংগী মওংদা মহাক্কী অফাওবা লাইবিক 'কমলা' ইবা লোইখি, অতোপ্পা 'গোমান্তক' কৌবা শৈরেং লাইরিক্কী তাঙ্কক খরসু ইখি। মহাক্কী অফাওবা শৈরেং লাইরিকসি মমৈদা 'হিন্দুত্ব' হায়না মিংথোন্দুনা ইং১৯২৩ দা ভিভি কোলকার, এডভোকেটনা লাইরিক অদুগী অহানবা ইডিশন পুথোকখি, অদুম ওইদুনসু লাইরিক অদুগী অইবগী মমিং ফোংদোকখিদে, 'মারাঠা অমা' হায়না মমিং হাপখি।

সবরকর বেদ শাস্ত্র, ধর্ম্মগী ওইবা লাই-তিনগী ৱারী, মহাকাব্যশিং, ভারতকী অমসুং পৃথিবীগী ইতিহাস য়াম্না মমুৎতানা খঙলমই, অমসুং 'হিন্দু' হায়বা ৱাহৈ অসি ঋগবেদগী মতমদগী হৌনা শিজিন্নরকপা ৱাহৈনি হায়না পুথোক্লমই।

সবরকর পীথোবকপা কবি অমা ওইনা তৌই, মহাক্কী পরেং অনিনা শাবা শ্লোক, আসিন্ধু সিন্ধু-পর্য়ন্ত যস্য ভারত-ভূমিকা। পিতৃভূঃ পুণ্যভূশৈচব স বৈ হিন্দুরিতি স্মৃত' হায়বা হিন্দু হায়বা জাতি অসিবু শক্তোক্লবা পীবা শ্লোক অসি 'স্মৃতি' অমসুং পুরাণনচিংবা লাইরিকশিংদগী লৌথোকরকপনি হায়না থাজনৈ। মতাক্না করিগুম্বা বিষয় নৎত্রগা ঠিওরী অমা চিংনবগী ৱাংমদা প্রমাণ

তৌরবা মতমদুদা মহাক্না ইথোরকপা খুংই অদু কবি অমগী মতৌগুম্না ৱাখলগী মথুম-মরাং হৌবগী মতৌ উই। মহাক্না ইরম্বা লাইরিক্কী অধ্যায় অমদা ঈশ্বরনা ঐখোয়গী লৈবাক অসি আর্শীব্বাদ পীবিদুনা থৌজাল লাইজ খিকপিসনু হায়না ইরম্বা মতাং অমা খগবেদগী লাইশোল ঈশৈ অমগা মান্নবা মতৌ উই।

সবরকর নহা ওইরিঙৈদা রিবোলুসন্যারি কাংবু অমগী লুচিংবা ওইরমই। আন্দামানগী জেলদগী ইং ১৯২৪ দা থাদোরক্লবা মতুংদা মহাক হিন্দুশিংগী মরক্তা সোসিয়েল রিবোলুসন অমা পুরক্লবা কন্না হোৎনদুনা লেনখি। ইং ১৯৩৭ তা মহাক্কী মথক্তা থম্লম্বা অথিংবা পূম্বা লৌথোকখ্রবা মতুংদা অপূনবা পান-হিন্দুগী ফিরাল অমগী মখাদা হিন্দু জাতি খুদিংমক মহাক্কী অকোয়বদা পূল্লমই।

সববকর অৱাংবা থাক্কী কূটনীতিদা হৈশিংবা অমা ওইরমই। নীংতম অন্দোলন মনুংদা 'আটলান্টিক চার্টর' অমা ড্রাফ তৌদুনা য়ানরবা মতুংদা সবরকরনা অমেরিকাগী প্রেসিডেন্ট রুজবেল্টতা চার্টর অদু ভারত্তসু চৎনবা য়ানবা তকশিল্লমই, মহাক্কী দাবী অদুনা মরম ওইদুনা 'অমেরিকাদা ভারতকী নীংতম্ববু শৌগত্তুনা পাউচেশিংদা প্রবন্ধ কয়া ফোংনখি। অতোপ্পা থৌদোক অমদা, বৃটিশকী কেবিনেট মিশনগী মেম্বর ওইবা মি: ষ্ট্রাফোর্দ ক্রিপ্পসকা লোয়ননা ভারতকী লুচিংবশিংগা ভারতকী প্রোবিন্সশিংদা 'রাইট অফ সেল্ফ-ডিটরমিনেশন্ট' গী মরমদা খন্নরকপদা ভারতকী ইতিহাস য়াম্না মমুৎ তানা খণ্ডলবা সবরকরনা, 'মি: ক্রিপ্পসতা হিন্দুস্থান-ইন্দিয়া জাতি অমত্তনি হায়বসি খণ্ডহন্নবা হোৎনবদা চহি কয়া চণ্ডখিগনি হায়খি'। মহাক ভারতকী ইতিহাস য়াম্না নিংথিজনা খণ্ডবতা নত্তনা মাগী ৱাখল্লোনদু অতোপ্পদা ফজনা ফোংদোকপা ঙম্বগী শক্তিসু লৈরমই।

ভারত অনি থোক্না খায়দোকপা শোয়দ্রে হায়বা খণ্ডনরবা মতমদা, মদুগী লমন খুম্বা ওইনা 'পাকিস্তান শেম্নবা প্রস্তাব তৌরিবা প্রদেশশিংদু অমুক মচেৎ মচেৎ লৌথোক্লবা লোর্ড মাউন্টবাটেনদা তকশিনখি। মাউন্টবাটেন্না মহাক্কী দাবী অদুগী অচুম্বশিং অদু উখি। মদুনা মরম ওইদুনা হিন্দুনা মেজোরিটি ওইবা বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবকী শরুকশিং পাকিস্তানদগী খায়দোক্নুনা ভাবত্তা লৈহৌনবা হোৎনবা অদু মায় পাকখি। মাউন্টবাটেন্না

বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাব অনি অনি থোক্লা খায়দোক্কুনা ৱেষ্ট বেঙ্গল অমসুং ইষ্ট পঞ্জাব ভারত ডোমিনিয়নদা তিলহন্নবগী ফিরেপসি মি: জিন্নাবুসু নমদুনা য়াহনখি।

শক্লাইরবা অইবা, ক্রান্তিকারী অমসুং তুং কোইনা উবা রাজনীতিক্ত অমা ওইনা সবরকর আদর্শবাদী অমসু ওইরমই। আদর্শবাদী অমা ওইজরবসু মহাক কল্পনাদা য়ুম্ফম ওইদুনা ভাবনা পংশা শাগৎপা মীওই অমদি ওইরমদে। মহাক্না সংস্কৃতি অমসুং ধর্ম্মদা মশাগী ধর্ম্মমত খক্ত উবা 'ইজম' শাগৎলিবা শক্তিশিং অসি নোংমদি শোইদনা মাঙখিগনি, পুম্নমক্কী লেম্ফু ওইরিবা 'নিত্য' হায়বদি মতম পুম্নমক্কী অবেপ্পা নীতি ওইবা, পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা অপূনবা য়ুম্ফম অমগী মথক্তা 'হিউম্যান ষ্টেট' অমা চীঙলেম্না লেপ্পখিগনি হায়না মাঙজৌননা উরমই।

অরোইবদা, অসিগুম্বা লুথনা নৈনবা, শেংনা ৱাখল খনবা ঙম্বা বিদ্বান অসিনা ইরম্বা ভারতকী লোল কয়াদা হন্দোক্কুনা পানখ্রবা 'হিন্দুত্ব' হায়বা লাইরিক অসি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা হোৎনজরুবা অসি ঐহাক ইশামক মতিক মপা চারবনি হায়না লৌজদে। লুরবা ধর্ম্মগী অমসুং রাজনীতিগী ৱাখল্লোনশিং অসি লান্না অর্থ হনখিদুনা সবরকরনা পান্নম্বা অনীংবা কয়াগী ওন্ন-তৈনবদা চৎখিবা য়াবগী চিংনবা লৈজে। লাইবিক অসি পাবিরিবা পূম্নমক্না সবরকরগী ৱাখল্লোনশিং অসি নিংথিজনা ফোংদোক্কবা নৎত্রগা লোল অমসুং ৱাহৈগী শিজিন্নবদা অৱাংপা কয়া লৈবদগী লান্না অর্থ হনখিবা থেংনবিরবদি তানবিনবা অমদি চুমথোক্লবগী তাঞ্জা পীবিরক্লবা পূম্নমক্কী মফমদা নোঞ্জরি।

# বিষয় মথং মনাও

# অনিশুবা ইডিশন্দা পব্লিশরনা পীবা ৱারোল

বীর সবরকরনা ইরম্বা অঙকপগী মশক ওইরবা অৱাংবা থাক্কী ইতিহাসকী লাইরিকশিং অসি অনৌবা পুথোকপগী শক্তি, লৌখৎলিবা বিষয় অমসুং মই-মবাকনচিংবা কয়ানা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী অৱাংবা থাক্কী মরুওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা লেংদ্রবা মফম কল্লি।

'হিন্দুত্ব' দা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা ইতিহাসকী লাইরিক অসি মথক্তা পনখ্রিবা সাধারণ ওইবা ৱাফোং অসিদগী তোপ তোপ্না খেন্নবা লৈতে।

১। ইং কুমজা ১৯০৬ তগী ১৯১০ ফাওবগী মনুংদা সবরকরনা ইংলণ্ডদা লৈবা মতমদা 'হিন্দু' হায়না কৌনরিবা মীশিং অসি কনা কনাবুনো হায়বা ৱাহং অসিদা পান্দম থমদুনা কন্না ৱাখল চঙলমই। মতম অদুদা কম্যুন্যাল রিপ্রেজেন্টেশনগী ৱাফম লৌদুনা ভারত্তা রাজনীতিগী মেন-মান তাদবা ৱাথোক থোকলমই। আর্য্য সমাজ, শিখ, ব্রাহ্ম, জৈন অতৈ মরু ওইবা কাংলুপশিং পুন্দুনা সনাতন ধর্ম্ম চৎপশিংনি হায়না খঙনবা অচৌবা হিন্দু কাংলুপ অসি মতম অমদনা হিন্দুনিসু কৌবা, মতম অমদনা ৱাখল লিংদনা নন-হিন্দুনি অমুক হায়বা, অসুম তৌদুনা অপিকপা মবন্নাইগী ওইবা অপাম্বা ৱাখন্না লমজিংলমই। মমিং লৈরবা খঙহৈরবা ইংলিস অমসুং ইণ্ডিয়ান মচা কয়ানা হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসিগী মপুঙ ফাবা সংজ্ঞা পীননবা বিষয় অসিদা ৱাখল চঙনা তত্তনা হোৎনরমই। ময়েক শেংনা অর্থ থোকপা সংজ্ঞা অমা পুথোক্লবা হোৎন-হোৎননা অসুপকী মতিক মেন তাদবা চমন্নবা হেনগৎলমই। ৱাফম অসিগী অচুম্বা অদু তশেংনা উখিবদি 'হু ইজ এ হিন্দু' হায়বা বিষয় অসিদা ইদুনা ফোংবা খোমজিনবা সংজ্ঞা য়াংখৈ য়াওবা লাইরিক মচা অমা পুথোকখি। মমৈদা অইবা অদুনা সংজ্ঞা য়াংখৈ অদুদা পুথোরকখিবা যুক্তি পুম্নমক অদু খোমজিন্দুনা নৈনরবা মতুংদা হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসি ইচম চম্বা ৱাহৈ খরনা ফোংদোকপা ঙম্লোই হায়না লাউথোকখি।

বিষয় অসিদা চেন্নবা ৱাখল্লোন পুম্নমক নিংথিজনা নৈনববা মতুংদা ৱীব সববকবনা ৱাহৈ অসিগী অচুম্বা সংজ্ঞা অমসুং খণ্ডনবগী শক্তি চেল্লিবা পুম্নমক অসি পুবকপদা মায় পাকত্রিবা অসিগী অশেংবা মবমদি ৱাহৈ অসি শকতাক্রুবা হোৎনবিবা পাম্বে পুম্নমক ধর্ম্মবোমগী মিৎযেংতদা যেংলগা তৌবা অসিগী অবানবা অসিননি হায়না ৱাবোইশিনখি। মখোয়না হিন্দু অমা হায়বা অসি হিন্দুইজম হায়বদি হিন্দু ধর্ম চৎপা মীতবু খণ্ডনবম্বা অদুননি হায়না মহাক্না হাযখি। মখা তাবদা, ধর্মগী অমত্তা ওইবা শকওং শক্তম অদুসু মসিমনা মবোইবে হাযবা মওংদা ধর্ম্মমত অমসুং নীতি মুন্না নৈনবা অমসুং খণ্ডবা অদুখক্তুনা ওইবমই। অদুনা মশানা তাজবা শোযদবা ওইনা ফংগ্রে. মদুদি অপুনবা মওং মতৌ, চপ মান্নবা মওং অমত্তা হিন্দু ধর্ম্মদা ফংবা ঙমদে। হিন্দু কম্যুনিটিগী মীশিং কোটি কযাগী মনুংদা কোনশিনবা যাবা অপুনবা থাজবা, ধর্ম্মমত, নীতি, খুদমগী ওইবা, ধর্মগী ওইবা অপুনবা লাইবিক অমত্তসু থিবা ফংদে। পুম্নমক্কী মথক্তা হিন্দু হাযবা বাহৈসিদা চেল্লিবা অপুনবা ৱাখল্লোন ফোংদোক্রুবসু খণ্ডনববা জাতি অমা ওইবগী মপুঙফাবা ফোংদোকলিবা কয়াসু মবোল খণ্ডবা ঙমদে। মসি পুম্নমক্কী মশানা তাবা ফলদি পণ্ডিত কযানা অমসুং বাজনীতিগী ওইবা মীওইশিংনা হিন্দু হাযবা বাহৈসিগী অর্থ হন্নবা হোৎনবা খব অদুনসু মহৈর্মশিং হৈবা, খণ্ডহৈববা কয়া ওইদুনসু মখোযগী সংজ্ঞাশিং অদু মসিমনা মণ্ডইবে হাযবা লৌখদ্রে, মচেৎ মকাই ওইবা মওং ওইদুনা লৈখ্রে। অসিগুম্বা মেন-মান তাদবা ফিবম অসি কোক্লনবা বীব সববকবনা ৱাফম অসি ইতিহাসকী লম্বীনা মপুঙ ওইবগা বৈদিক যুগকী মতমদগী হিন্দু জাতি চাউখৎলকপা, ধর্ম অমসুং বাজনীতি, লৈবাক ঙাক্লোন পুম্নমক থিগৎনবা ৱাবেপখি। মতৌ অসুম্না হিন্দু হাযবা ৱাহৈ অসিনা ফোংদোকলিবা ৱাখল্লোনশিংগী মক ওইবা মচাকশিং লেপ্পা অমসুং মতাং চানা লেংশিন্নবা হোৎনবিঙৈদা সববকব বাজনীতি ক্রান্তিকাবী অমা ওইনা ইংলণ্ডদা ফাজিনখি, মতুংদা পুন্সিগী ওইবা ট্রান্সপোর্টেশন অনিগী জেল মিয়াৎ ওইনা চহী ৫০ আন্দামান জেলদা লৈবা তাখিবমই।

২। আন্দামানদা ট্রান্সপোর্টেশন তৌবা চহী খবগী মতুংদা মহাক্না সেলিউল্যাব জেলদা লৈবা বাষ্ট্রবিপ্লবী অমা ওইনা ফাজিন্দুনা থম্বা মতমদা হিন্দু ৱাহৈগী সংজ্ঞা পীনবা হোৎনবা মহাক্কী ৱাখল অদু অমুক নৌনা

হৌগৎলকখি। মহাক্না বিষয় অদুদা লাইরিক মচা অমা ইরগে হায়না লেপখি। তৌইগুম্বসুং চে কলমদি কদায়? ইঙ্গি অমা পাকপা চে মচেৎ অমা থন্নুবগীদমক বন্দী অপারাধী ওইবা মী অমনি লৌদুনা চয়োল অমা হাতকড়ি চন্দুনা থম্বা মতমনি। বীব সবরকর হান্নদগী মদু খন্দুনা লাক্লবনি অমসুং খুদোংথীবা অদু থেংননবা লম্বী অমা ফংখ্রবনি। মহাক্না অপাম্বা মতুং ইন্না চে কলম য়াম্না ফংখি।মহাক্কী অচিকপা মথস্ত লৈবা জেলগী শুনু হাইবা ফক্লাং অদু সবরকরনা চে ওইনা শিজিন্নরমই। অপিকপা মচিল তুম্বা নুঙ, তিংখং শিজিন্নদুনা হাথু হাথুনা ইদুনা জেলগী ৱাটচমেনশিংনা ফাবা ঙমদনবা য়াম্না হৈ-শিংনা হোৎনখি। পরেং চা কয়াগী ওইবা শৈরেংগী মওংদা ইথোক্লগা পুথোক্লবা হোৎনখি। মতৌ অসুম্না মহাক্না 'কমলা' হায়না মিংথোনবা অফাওবা শৈরেং লাইরিক অমা ইবা লোইখি অদুগা 'গোমান্তক' কৌবা শৈরেং লাইরিক্কী তাঙ্কক খরসু ইখি। চহীগী ওইনা কৈশুমশঙগী ফক্লাংশিং শুনু অমুক হাইরকপদা মথং চহীগী নৌহৌনা ওক্লবা চে ফংবা ঙমখি। মতৌ অসুম্না আন্দামানগী কৈশুমশঙগী অচিকপা কা অদুদা লাইরিক অদুগী অহানবা মরু ওইবা শক্তম লাকপা ঙমখি, পন্দুপ, মরু ওইবা শরুক, সংজ্ঞাশিং শৈরেং লেংবা ঙমখি।

সবরকরনা পীথোরকপা কবি অমা ওইনা মখাগী অসুম্না ফজরবা কপলেটতা সংজ্ঞা অসি শেমখি।

"আসিন্ধু সিন্ধু-পর্য্যন্তা যস্য ভারত-ভূমিকা।

পিতৃভূঃ পুণ্যভূশ্চৈব স বৈ হিন্দুরিতি স্মৃতঃ।।

পরেং অনিনা শাবা শ্লোক অসি তাবদা নুংঙাইবতা নত্তনা অপাবশিংদা ভাব তাহনবা অমসু পী। ৱাহৈশিং অসি হিন্দু জাতিগী অশেংবা, খ্বাইদগী নুংশিবা মীরোল চীন্থাং য়ৈনা খঙনরকপা ৱাবু অচুম্বা ওইনা হায়বা অমসু ওইহল্লি। কোটি কুম্না লৈবা ভারতবাসিশিংগী মখল মখাগী ওইবা খেন্নবা, পাকচাউবা মতৌবু মিত্রংগী মশক ওইরবা পিতৃভূ অমসুং পুণ্যভূ, ফাদরলেণ্ড অমসুং হোলিলেণ্ড হায়বা ৱাহৈ অনি অসিনা কোনশিনখিরমই। পরেং অনিগী শৈরেং মচা অসি 'স্মৃতি' অমসুং 'পুরাণ'নচিংবা লাইরিক্তগী লৌথোরকপনি হায়না লৌনবা য়াওই। হিন্দু মহাসভা অমসুং সাধারণ ওইনা

হিন্দুডম, কাশ্মীরদগী রামেশ্বরম ফাওবা শব্দোল্লিবা হিন্দু লৈবাক অসিনা 'হিন্দুরাষ্ট্র' অমা শেমগৎপগী অয়াবা পীবা ৱাফম উৎলি।

হিন্দু অমসুং হিন্দুইজম হায়বা ৱাহৈ অনি অসিদা ধর্ম্মগী ওইবা ৱাখল চঙলিবা অসিগী মতাংদা বীর সবরকরনা অনৌবা ৱাহৈ খর শেম্লমই, মদুদি 'হিন্দুত্ব', হিন্দুনেস অমসুং হিন্দুডম হায়বা ৱাহৈশিংসিনি, মখোয়শিং অসি ভারতকী সংস্কৃতি, ইতিহাস অমসুং অতৈ রাষ্ট্রগী ওইবা ধর্ম্ম, মদুনা হিন্দু জাতিবু পুন্না অমত্তা ওইনা খণ্ডননবা হোৎনবদা মপুঙ ফাবা অর্থ ফোংদোকই। সংজ্ঞা অসি হিন্দু ধর্ম্মবু ফোংদোক্লবা হোৎনরম্বা নত্তে, হিন্দুত্ব নত্রগা হিন্দুনেসকী মপুঙ ফাবা সংজ্ঞা পীনবা হোৎনরম্বনি। মসি মরু ওইনা জাতিগী মিৎয়েংদা হিন্দু জাতিসি হিন্দুরাষ্ট্র অমা ওইনা য়েংলক্লবনি।

৩। বীর সবরকরনা মহাক্কী ইগে খল্লম্বা লাইবিক্কী মক ওইবা শক্তম য়াৎপা অদু চিনফা পুথোক্লবা মতুংদা ইরৈপাক মচা জেলদা লৈমিন্নবিবশিংগী মবক্তা মহৈ মশিং হৈবর্বশিংগা তত্তনা খন্ন-নৈনরমই। মহাক্কী জেলদা লৈবা মতমগী অরোইবা তংখায়দদি আন্দামান জেলদা লৈবা ভারত মচা বন্দি অতৈগা উন্নবা য়াহনখি।

মতুংদা ডিফিনিশিন অমসুং অতৈ মরু ওইবা পোইন্টশিংগী পুথোক্লরকপা যুক্তিশিং অসি করম্বা মওংদা ভারত্তা যৌহন্দুনা ফোংদোক্কদগে হায়বসিনি। মতমদুদা থৌনা ফবা অফবতা খনবা কনা অমত্তনা বীর সবরকরবু মাগী হিংলিঙৈ মতমদা জেলদগী থাদোকরক্কনি হায়বসি থাজবা ঙম্লমদে। মহাক্কী জেলগী শুনু তৈবা ফক্লাংদা হাথু হাথুনা ইখিবা লাইরিক অদু ছাপা তৌদুনা ভারত্তা পানরগনি হায়বা কনানা থাজগনি। আন্দামান জেলদা ইখিবা, লেংখিবা লাইরিক অদুগী য়ামদ্রবদা শরুক খর ভাবত্তা য়ৌহন্নবা লম্বী অমদি সবরকরগা জেল লৈমিন্নবা মিয়াৎ লোইদুনা থাদোক্কদবা ইরৈপাক মচাশিং অদুদা লাইরিক্কুগী শৈরেংশিংদু মচেৎ মচেৎ চিনফা পুহনবা, মদুগী মরু ওইনা শক্তম অদু খণ্ডহন্দুনা চৎহনখিবা অদুনি। মতৌ অসুম্না রাজনীতি বন্দীশিং অদুগী খুত্থাংদা চিনফা থীবা সংজ্ঞা অমসুং মরু ওইবা যুক্তিশিং ভারত্তা থাদোরকখি অমসুং ভাবতকী সমুদ্র তোর্ব্বান্দা ইং ১৯১৭ তগী ১৯১৯ ফাওবগী মনুংদা থুংহনবা ঙমখি। অদুদগী লাইরিক মচা অদুগী অশম্বা ৱারোলগা সংজ্ঞাগা কোন্নবা হিন্দু সংগঠনশিংগী মরু ওইবা লুচিংবশিংদা কপি থারমই।

৪। লাইবক ফবা হায়দুনি, সবরকরগী মহাক্না জেলদা লৈমিন্নরম্বা মচিল মনাওশিং সেলিউল্যার জেলদগী চহী ১২ ট্রান্সপোর্টেশন তৌরক্লবা মতুংদা য়াম্না থাজদনা থাদোক্তুনা জহাজদা ভারত্তা হন্না থারক্লমই। তৌইগুম্বসুং মখোয় ভারতকী জেলদা চেংনা শো লোন্দুনা অমুক থমখিরমই।

মতম অদুদা, মতম খর খরতগী ওইনা কংগ্রেসমেন কয়া রাজনীতি বন্দী ওইনা ভারতকী জেলশিংদা লৈরমই, মখোয়না লৈবা জেলশিং অদুদা বীর সবরকরসু মরক মরক্তা ট্রান্সফার তৌবা তাঞ্জা য়াওরমই। কংগ্রেস রাজনীতি বন্দীশিং অদু অতৈ বন্দীশিংদগী খর হেন্না খুদোংচাবা পীবা য়াওবমই। মদুনা মরম ওইদুনা ক্রান্তিকারী রাজনীতি বন্দী অমা ওইনা থোইদোকহেন্দোক্লা অথিংবা কয়া থমদুনসু অশেংবা চে অমসুং পেন্সিল ফংবগী তাঞ্জা লাকখি।

সবরকরনা থীন্দনা হিন্দুত্ব হায়বা লাইবিক মচা অসি ইদুনা জেলগী অফিসিয়েলশিং কনা খঙহন-উহন্দনা অরোনবা লম্বীদা হৈশিংনা জেলগী মপান্দা থাদোরকখিরমই, মমৈদা মপুঙ ফারবা লাইরিক অদু থুংফম চানা থুংহনখিবমই।

মতুং ইকুই কুইদনা ইং ১৯২৩ দা লাইরিক অসিগী অহানবা ইডিশন অদু ভি ভি কেলকার বিঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ এডভোকেট, নাগপুরনা পুথোবকখি। বীর সবরকরদি মতম অদুদা জেলদা অদুম লৈরম্বা মবম্না লাইরিক্কী অইবগী মমিং ফোংদোকখিদে। অইবগী মমিং লোন্তুনা 'মারাঠা অমা' হায়না অইবগী মমিং হাপখি।

শিংথানিঙাই ওইরবা অইবা অদুতগী মমিং ফোংলম্লবদি লাইরিক্কী মগুণ অমুক্কা য়াম্না হেনগৎলমগদবনি। অইবগী মমিং হাপত্রবসু হিন্দুগী সংগঠনশিংনা লাইরিক্তু ফোংবদা অঙকপা ফংনা পুক্লিং থৌগৎনরক্লমই। লালা লাজপট রায়, পণ্ডিত মদন মহন মালব্য অমসুং অতৈ অতোপ্পশিংনা হিন্দু আইডিওলোজীগী মরমদা অশেংবা খুদোল তম্বনি হায়না তরামনা ওক্লখি। হিন্দুগী সংজ্ঞা অদুনা মতমদুগী ব্রাখল অমসুং থবক থানা অমুক হন্না তাইশিন্নবা, হন্না মওং মতৌ লেপ্পা য়াননবা বিজ্ঞানিক ওইবা অনৌবা অচুম্বা অমা পুথোক্লে হায়না খন্নখি। কয়ারক মচেৎ মচেৎ তারবা, ঈশিং লিত্তবা

কাদা ফাজিন পুক্সিন্দুনা লৈরবা হিন্দুশিংনা মখোয় মশামকশিং অদুবু অমগুম্না ওইনা পুনশিনবা য়াবা জাতি অমরা হায়বফাওবা চিংনবা পোক্লমই। মখোয়না লাইরিক অদু লাইনা তাক্কুনা ফোংদোরকপা অমনি হায়নফাওবা থাজরমই, মরমদি মদুনা মখোয়গী অশেংবা জাতিগী হকচাং অদু চপ চানা ফোংদোকই। মরম অদুনা মখোয়না জ্ঞান তানা নত্রগা তাদনা থব্রাই পানবা হকচাং অমদৌনা হিংলমই অমসুং লেঙ-খোৎলমই। মদুনা শোকপদা জাতি ধর্ম খেন্নবগী ব্রাখন্দা লুপ্তুনা লৈরম্লবা হিন্দুশিংনা হকচাংগী ইন্দ্রিগী মথং মনাও নাইবা অমা হৌগৎলক্লমই। হিন্দুগী সংজ্ঞা অদুনা চাউখ্রবা হিন্দু জাতিবু মরা চেৎনা লেপ্পা য়াননবা অপাকপা মপূঙ ওইবা য়ুম্ফম অমা পীরমই। মমৈথংদা মদু হিন্দুত্বগী ওথোরিটিভ ডিফিনিশননি হায়না লৌখি।

লাইরিকসিগী অইবদা মশিং লাকওমদবা সন্মান কয়া উৎলকপগী মনুংদা অনিখক্তং খনগত্তুনা অসুম্না থমজরি। স্বামি শ্রদ্ধানন্দজীনা মখাগী অসুম্না ইরমই।

বৈদিক শাস্ত্রদা মিকপ থোক্লবা তুংকোইনা উরবা কনাগুম্বা অমনা অনৌবা অচুম্বা অসি ফোংদোক্লবা ইথিল পীরমগনি, মদুনা মবম ওইদুনা হিন্দুত্ব হায়বা মন্ত্র অসিগী সংজ্ঞা অসি অইবা অসিদা লাইফাও ওইনা ফাওরকপা ওইগনি।

'শ্রীবিজয়রাঘব চার্য্য, খা-ভারতকী মতম অমদা ন্যাশন্যাল কংগ্রেসকী প্রেজিডেন্ট ওইরম্বা, মতম অমদনা হিন্দু মহাসভাগী প্রেসিডেন্টসু ওইরম্বা অথোইবা মীশক অদুনা লাইরিক অসি পারবা মতুংদা মখাগী অসুম্না ইরমই। মহাক্লা ইরম্বা চিঠি অদু সালেমদগী ইং ১৯৪১ সেপ্টেম্বর তাং ৪ দনি।

ঐহাক হিন্দুত্ব হায়বা লাইরিক অসি হন্না হন্না পারে, থোইদোক হেন্দোক্লা লাইরিক অসিগী অরোইবা অধ্যায় অসি য়াম্না মরৈপাক নীংবগী ব্রাখল খমথেংনা ফোংদোকপা তাংককনি। লাইরিক অসিগী অরোইবা অধ্যায় অসিগী মতাংদা ঐহাক্কী ব্রাখলসি ফোংদোকচনবা মতিক চাবা ব্রাহৈ ফংজদ্রে। অইবা অসিবু ঐহাক্লা লাইরিক অসিগী থোইদোকপা মগুণ য়েংদুনা থব্রাই তানা নুংঙাইবা ফোংদোকচরি।

অইবা অসি হকচাং ফন, পুক্সি নুংশাংনা হিংননবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রাথনা তৌজরি।

# পল্লিশরনা তৌবিমল খঙবা ফোংদোকপা

ঐহাক্না মহৈমশিং হৈববা, বীব সববকববু নুংশিজবা মীওইশিংনা 'হিন্দুত্ব' গী কপি ফংহন্নবা হায়বিবকপা চিঠি কযা ফংজৈ, কপি লৈতবা মবম্না মখোযনা হাযবিবকপশিং অদু থুংহনবা ঙমজখিদে। কপি লৈত্রে হাযনা পাওখুমজবদু যাম্না নুংঙাইজদে। ঐহাক অনৌবা ইডিশন অমগী লাইবিকসি ফোংননবা শেল্লেপ লৈজদে। ছাপা নম্বদা চঙগদবা শেল অদু পংযাম য়াম্বসু নত্তে। নোংমা ঐহাকনা বীব সববকবগী আইডিওলোজিগী মবমদা খন্ন নৈনর্বিঙৈদা ঐহাক্না যাম্না থাজনবা অমনা লাইবিক অসি ফোংননবা লুপা লিশিং অমা লোন ওইনা পাগে হাযনা হাযবকখি। ঐনা লোন অদু লৌদুনা শ্রীভাবেগী ভাবে(পি) লিমিটেডতা চত্তুনা লাইবিক অদু নম্বীবা ঙমগদ্রা হংর্জখি। শ্রীভাবেনা ওর্দব অসিগুম্বা অসি যাম্না পিকমল্লি, লাইবিক লিশিং অমা নম্বগী ওর্দব লৌবা হাযর্বসি মতিক চাদে, অসিগুম্বা লাইবিক অসিদি বাহবলগী মতৌগুম্না ছাপা তৌগদবনি অমসুং যেন্থোক্কদবনি। ঐহাক্না মঙোন্দা মী-শিংনা লাইবিকসিগী মবমদা মখোযগী থম্মোযদা লৈবিবা বাখল অদুমঙোন্দসু ফাওই হাযবমই। তৌইগুম্বসুং মখোয়না পাম্লবিবা অদু ঐহাক্না কবম্না থুংহনবা ঙমগদগে। শ্রীভাবেনা, মহাক্না মদুমক থুংহনগনি হাযবমই। মহাবাষ্ট্রগী মনুংদা মহাক লাইবিক ছাপা নম্বগী যাম্না মমিং লৈববা মীওই অমনি। মহাক্কী অনৌবা আইডিয়া, পীনহৈবগা লোযনবা অচৌবা থৌবাংশিং থবক ওইনা পাংথোকপগী মমিং চৎলমই। মহাক্কী মতেং অমসুং মহাক্না পীবা অবেপ্পা ব্রাখলনা ঐনা লাইবিক অসি ফোংবা ঙমজখির্বানি। ঐহাক্না মহাকপু হেন্না থাগৎচনবা ব্রাহৈ লৈজদ্রে। ঐহাক্না মতাংসিদা শ্রীজিঃ এমঃ জোসি, শ্রীএসঃ টিঃ গোডবোলে, শ্রীএনঃ সিঃ অথবালে অমসুং অতৈ অতোপ্পা বীব সববকববু নুংশিবিবা কয়ানা ব্রাহৌদোক ইবিবা, প্রুফ চুমথোকপীবা অমসুং অতৈ থবক কযাদা মতেং পাংবিখি।

পৃথিবীদা মমিং চৎলবা শ্রী রঘুবির মুলগাওকারনা লাইরিক্কী য়াম্না ফজবা মখুমগী অচংবা পৈশা পুথোকপিখি।

'হিন্দুত্ব'গী মায়পাকপগী থবক অমসুং রাখল্লোন পাকশন্না শন্দোকপিনবা পুন্নমক্তা নোল্লুকচরি।

এসঃ এসঃ সবরকর
পব্লিশর

# মঙাশুবা ইডিশনগী ব্রাহৌদোক

বীর সবরকরগী 'হিন্দুত্ব'গী মঙাশুবা ইডিশন, ইং ১৯৬৬ কী মেগী তাং ২৮ দা (বীর সবরকরগী মপোক নুমিৎ) জিঃ এমঃ যোশীনা পীবা ব্রাহৌদোক মখাগী অসুম্না পীজরি।

লাইরিক অসি অহানবা ফোংবা ইং ১৯২৩ গী চহীগা হৌজিক মতমগা য়াম্না খেন্নরে। ভারত স্বরাজ ফংলে হায়ববু নিউক্লিয়ার শক্তিশিংগা য়েংনবদা ভারত অশোনবা লৈবাক অমা ওইরি। অদুম ওইনমক সবরকরগী লাইরিক অসিদি মতম পুম্বগীনি। লাইরিক অসিদা পীরিবা লাউথোক্লবা নীতি অসিনা হিন্দু অমসুং হিন্দু নত্তবা মীশিংদা মতম পুম্নমকী ওইবা লমজিং অমদি পীদুনা লৈরগনি। লাইরিক অসিনা পীরিবা তুংদা ওইরক্কদবা, নুংঙাইবা অমা ওইরি।

রাজনীতি পণ্ডিত কয়ানা হিন্দু অমসুং হিন্দুইজম হায়বা ব্রাহৈশিং অসিগী সংজ্ঞা পীননবা হোৎনরম্বা পুম্নমক অপেনবা অমত্তা পীবা ঙমখিদবনি। মখোয়না হিন্দুগী থাজবা, শাজৎ, লিচৎ, চৎনবী, ধর্ম কর্মগী পুজা তৌবা পুম্নমক নৈনদুনা য়েংবদা মান্নবা অপুনবা ফিবম অমত্তা ফংবা ঙমখিদে। মখোয়না পীবা ডিফিনিশনশিং অদু য়াম্না কোইনা বর্ণনা তৌবা ঙাক্তা ওইরমই। সবরকরনদি হিন্দুশিংগী মরক্তা খেন্নবা কয়া লৈরবসু মখোয়শিংদু সনাগী লংলানা অমত্তা ওইনা চেংনা পুল্লি হায়বা খঙলমই। মখোয়শিংবু অমত্তা ওইনা পুন্না পুনশিল্লিবদু করিননো? মখোয় জাতি অমত্তনি হায়বদা খেন্নবা মওং লৈরিবদু কদায়দনো? ব্রাফম অসিদা সবরকবনা মহাক্কী ব্রাখল পুক্লিং থাদরমই অমসুং অতৈদগী পুমতোং তোঙানবা ইতিহাসকী ওইবা লম্বী পুথোকলমই। মহাক্না হোৎনবা পুম্বা মহৈ য়ানখি। মহাক বেদ, ধর্ম্মগী ওইবা লাই-তিনগী ব্রারী, মহাকাব্য অমসুং ভারতকী ইতিহাস মমুৎ তানা খঙলমই অমসুং হিন্দু হায়বা ব্রাহৈ অসি বেদ পুম্নমক্তুগী খ্বাইদগী ইহান হান্না ইবনি হায়রিবা ঋগবেদগী মতমদগী শিজিন্নরকপনি হায়না পুথোক্লমই অদুগা হিন্দু হায়বা ব্রাহৈ অসি ভারত হায়বা লৈবাক অসিগা লোয়নদুনা লাকই হায়বা খঙখি। মহাক্না লাইরিক অসি ইবদা

হিন্দুশিংগী কুইরবা লাইরিকশিং বেদ পুরান, ময়াই ওইবা যুগকী শৈরেংশিং, শিখ গুরুশিংনা ইরম্বা লাইরিকশিং ভারতকী ইতিহাস অসিনচিংবদা যুম্ফম ওইদুনা হিন্দুশিংনা, মশাগী জাতি অসি শকখঙনবা ওইনা হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসি চাউথোক্লা শিজিন্নরকই হায়বা তাকই। হিন্দুত্বগী ৱাখল্লোন অসিদি সবরকর মশামকনা হৌজিক্কী পোলিটিকেল চিওরি অসিগা চাননা পুথোকখিবা সংজ্ঞানি। হিন্দুশিং অসি অপুনবা ফাদরলেণ্ড (পিতৃভু) অপুনবা ঈ-মরী, অপুনবা সংস্কৃতি, অমত্তা ওইবা সভ্যতা, অপুনবা জাতিগী অথোইবা, অপুনবা ইতিহাস, পুম্নমক্কী মথক্তা জাতি অমা ওইনা পূম্না লৈগদবনি হায়বগী ইচ্ছা শক্তি লৈদুনা লাকই। লণ্ডন টাইমসনা সবরকরবু য়াম্না চুমনা 'ফাদর অফ হিন্দুনেস' হায়না শিংথাখি।

সবরকরনা হিন্দুইজম হায়বা ৱাহৈ অসিদা বৈদিক অমসুং নন-বৈদিক অনিমক য়াওনা হিন্দু কৌজনবা কাংলুপ অনিমক্কী, মখোয়গী ধর্মবিশ্বাসশিংগী ৱাখল্লোনদু য়াওশিনগদবনি, মসিনা বৈদিক নত্তবা হিন্দু ইচিন ইনাওশিংগা থাজনবা হেনগৎকনি। হিন্দুগী চৎনবীদদি অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি ফজনা শেংদোক্লমদে, চুম্নগী বর্ণন তৌরম্বদৌনা তৌই, মদুসু নেগেটিভ ওইবা মওংদনি। অদুম ওইনমক ৱাহৈ অদুনা পীরম্বা মরু ওইবা অর্থ অদুগা সবরকরনা পীরম্বা ডিফিনিশন অদুগা চপ মান্নে।

সবরকরনা পোৎ পুম্নমক্কী মরু ওইবা অচুম্বশিং অদু ফংনবা লম্বী ফংখিরমই। ঈ মরীগী মতাংদা মহাক্লা অশুম্না হায়রমই, পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা জাতি অসি অমত্তনি, অপুনবা মীওইবগী ঈ অমত্তনা পুম্নমক হিংহন্দুনা লাকলিবনি। ঙাংনরিবা অতৈ কয়া অমদি মতম খরদগীনি, পাংন শানবা থৌওংনি, মতম পুম্বগী ওইবা অচুম্বা নত্তে। জাতি অমগা অমগগী মরক্তা লৈরিবা খুৎশেমগী পন পুম্নমক প্রকৃতিনা লেপ্তনা মাঙহন্নবা হোৎনরি, নুপা নুপীগী নুংগী ওইবা মরীনা চিংশিন্নরিবা অসিনা ধর্ম শব্দোক্লম্বা লাইগী মপাউ পুবা দুতশিংগী পাউতাক্তগী হেন্না মপাঙ্গল কল্লি হায়না সবরকরনা মত পীরমই।

সবরকরনা খঙলমই, ভারতনা মায় পাকনা লেপ্পা অমসুং লৈখা তাবা হায়বা অসি হিন্দুগী মরাইবক্তা লৈরে। হিন্দুশিং রাজভক্তি থম্বা অমসুং কখোকপগী

ব্লাখলগা লোইনরবদি হিন্দুশিং অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা নিং-খা তম্বা ফংগনি, মীরৈপাক্কী মীনা খংনবা হৌদুনা লান্দারকপা পৃম্বা ঙাকথোকপা ঙমগনি।

কনাগুম্বনা মপা লৈবাক্তা ভক্তি লৈরবা অদুগা মমা লৈবাকপু পুন্যভুমিনি হায়না থাজবা থম্লবা, হায়রিবা শক্তি অনি অসিনা জাতি অমগী পুক্সিদা মরু ওইবা থৌদাং লৌরি। কনাগুম্বা অমনা নত্রগা মী কাংলুপ অমনা হায়বিবা শক্তি অনিসিবু শাগোন্নদ্রবা অমসুং শেংনখ্রবা মী মখোয়শিং অদুনা তৌবা থবক খুদিংমক চিংনিনিঙাই ওইরক্কনি।

রিয়্যালিষ্ট খুদিংমক্কা মসিগী অচুম্বা অসি খন্নফম থোকই। ব্রাফম অসি চুমই হায়বা প্রমান তৌনবগীদমক সবরকরনা পৃথিবীগী ইতিহাসতগী লৌথোকপা থৌদোক কয়ামকম পুথোক্কুনা খঙহনখি। হিন্দুশিংনা মখোয় অমত্তা ওইনা পুনশিল্লিবা লিপুন অদু খঙবগী দবকার ওই, অদুগা মশেল খাইবুং খাইবুংনবা অদুসু পূন্না মায়োক্কদুনা থেংনবা তাই। সবরকর নহা ওইরিঙৈদা রিবোলুসন্যারি কাংবু অমগী লুচিংবা ওইরকখি। মহাক আন্দামান জেলদগী ইং ১৯২৪ দা থাদোকখি অমসুং মতুংদা রত্নগিরীদা অমুক হন্না ফাজিন্দুনা থমখি। অথিংবা কয়ামকুম থল্লম্বা মরমনা মহাক্কী থবক থানাশিং হিন্দুশিংগী মরক্তা সোসিয়েল রিবোলুশন অমা পুরক্লবা কন্না হোংনদুনা লেনখি। ইং ১৯৩৭ তা মহাক্কী মথক্তা থল্লম্বা অথিংবা পুম্বা লৌথোক্কুখ্রবা মতুংদা অপুনবা পান-হিন্দুগী ফিরাল অমগী মখাদা হিন্দু জাতি খুদিং কাংলুপ খুদিং মহাক্কী অকোয়বদা পুল্লমই। মহাক অপুনবা ভারত নীংতম্বা ফংননবা অন্দোলন অমা লমজিংলমই। আটলান্টিক চার্টর অমা ড্রাফ তৌদুনা য়ানরবা মতুংদা সবরকরনা আমেরিকাগী প্রসিডেন্ট রুজবেল্টতা চার্টর অদু ভারত্তসু চংনবা য়াবা অমা ওইহন্নবা তক্লখি। মদু অচৌবা কূটনীতি থবক অমনি, মরমদি মহাক্কী দাবী অদুনা আমেরিকাদা নীং-তম্বগী অন্দোলনবু শৌগত্তুনা আমেবিকাগী খবর চে কয়াদা প্রবন্ধ কয়া ফোংখি। মিঃ ক্রিপ্পস অমসুং ভারতকী লুচিংবশিংগী মরক্তা ভারতকী প্রোভিন্সশিংদা ভারতকী ইতিহাসতা মতিক চাবা জ্ঞান লৈরবা, অমসুং মাগী ব্রাখল্লোন অদু ফজনা ফোংদোক্লবগী শক্তিসু লৈরবা সবরকরনা মিঃ ক্রিপ্পসতা হিন্দুস্থান-ইণ্ডিয়া জাতি অমত্তনি হায়বা খণ্ডননবা হোংনবদা চহী কয়া চণ্ডখিগনি হায়খি। ভারতকী লুচিংবা খরনা মীওই কাংলুপ খোমদুনা আইন থুংদবা

মওংদা খুৎলাই শিজিন্নরকপগী অকিবা পোকখি। মখোয়না মুসলিম লিগকী দাবী মতুং ইন্না ভারতগী পাকিস্থান খাইদোকপা শোয়দ্রে খণ্ডলবা মতুংদা সবরকরনা লমন খুম্বা ওইনা পাকিস্থান অদুমক অমুক মচেৎ মচেৎ খায়দোক্কদবনি হায়না দাবী তৌবা অন্দোলন অমগী লুচিংখি। লোর্ড মাউন্টবেটেন দাবী অদুগী অচুম্বা অদু উরমই অমসুং মিঃ জিন্নাবু নমদুনা পাকিস্থানগী মনুং চনখ্রবা হিন্দুনা মেজোরিটি ওইবা পঞ্জাব অমসুং বেঙ্গল খায়দোকপা য়াহনখি। মতৌ অসুম্না নোংচুপ থংবা বেঙ্গোল অমসুং নোংপোক থংবা পঞ্জাবকী শরুক ইণ্ডিয়ান ইউনিয়নগী শরুক ওইবা ফংখি। সবরকরগী লুচিং মখাদা হিন্দুশিংনা মতীক চানা লমন খুমখি। সবরকরগী যুক্তি ন্যায়শাস্ত্রগী মরম চাবা ঙাক্তা ওইবমই। মহাক্না অযেৎপ পুম্বা ঈংনা মবম চানা থেংনৈ। মহাক্না মাবু বিবোদ্ধ তৌবা মীশিংবু ফজনা ভাব তাহনবা ঙমই, মরমদি মহাক ব্রাখল শেংবা, লুথনা নৈনবা ঙম্বা শক্তিনা মশামক করিগুম্বা বিষয় নত্রগা ঠিওবী অমা চিংনবগী ব্রাংমদা প্রমান তৌববা মতমদুদা মহাক্কী ইথোরকপা খুৎই অদু কবি অমগী মতৌগুম্না ব্রাখলগী মথুম মরাং হৌবা মতৌ উই। মহাক্না ইরম্বা লাইরিক্কী অধ্যায় অমদা ঈশ্বরনা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা আশীর্ব্বাদ পীবিদুনা থৌজাল লাইজ খিকপিসনু হায়না ইরম্বা মতাং অমা ঋগবেদগী লাইশোল ঈশৈ অমগা মান্নবা মতৌ উই। মহাক্না থব্রায় য়াওনা হিন্দুশিংদা পীবা আপিল কয়ানা হিন্দুশিংবু অব্রাংবা থাক্তা পুক্লিং থৌগৎলমই।

সবরকর আর্দশবাদী অমা ওইরমলবসু ভাবনা পংশা শাগৎপা মীওই অমদি নত্তে। মহাক মশাগী ধর্ম অমসুং সংস্কৃতিদা হেন্না হকচিনবা লাম্নীশিং খুৎলিংহন্দবা, মশাগী ধর্মতা য়েংদুনা খৎনবা হৌদুনা লান্দাবা, অমসুং মদুনা নীতি ওইবা, পুম্নমক অসি লোইখিবা মতম অমা লাকখিগনি হায়না মাঙজৌননা উরমই। মশাগী ধর্ম অমসুং সংস্কৃতিদা হেন্না হকচিনবা থমদবনা মতম পুম্নমক চুমদুনা লৈরগদবা নীতি অমগী অপুনবা য়ুম্ফম অমা লিংখৎপদনা চীংলেম্বা 'হ্যমেন ষ্টেট' অমগী লেংদবা য়ুম্ফম ওইগনি।

বোম্বে ২৮ জিঃ এমঃ জোষী

২৮ মে ১৯৬৬

বীর সবরকরগী মপোক নুমিৎ

# হিন্দুত্ব হায়বসি হিন্দুইজমগা খেন্নৈ

হিন্দুত্ব হায়বা মিং অসি অকুপ্পা পুন্সিগী হৌরকফম ওইবা, থম্মোয়গী ঈথিল পুম্নমক্কী মপুঙ ওইবা য়ুম্ফমদি হিন্দুত্ব হায়বা ৱাহৈ অসিনি। ৱাহৈ অসিগী মরু ওইবা মহৌশাগী ওইবা মতৌ অমসুং চেন্নরিব অর্থ কয়া ঐখোয়না হৌজিক থিজিনবা তারি। ৱাখল্লোন, ফিদম্নফম ওইবশিং, মথং মনাও নাইবগী পত্থাপ অমসুং সমাজ; অনিংবা ৱারেপ অমসুং পুকচেল মতা, মিং অসিগী অকোয়বদা চেন্নরিবা ৱাখল্লোনশিং অসি অসুপকী মতিক মখল য়ামই অমসুং মরাং কায়, অসুপকী মতিক শক্তি লৈ অমসুং কুপই; য়াম্না নাম্থোক্কল্লি অদুম ওইনমক অসুপকী মতিক মতীং পাল্লি মদুদি হিন্দুত্ব হায়বা ৱাহৈ অসি মচা খায়দোক্কে হায়না হোৎনবা পুস্বা অরেম্বা তাই। অথোই অহেনমক নত্রবসু য়ামদ্রবদা চহী কুমজা নিফুদগী হৌদুনা হৌজিক ওইরিবা মওংসি তানবা হোৎনরকখ্রবনি। তুং উবা মীওই কয়, থৌনাফবশিং, ইতিহাসকার কয়া কয়ানা খল্লমই, হিংলমই, লাম্থেংনরমই অমসুং পুন্সি লোমখি, অসুম্না শুঙ্কাৎনিঙাই ওইবা ৱাহৈ অসি ওইরক্কবা হোৎনবদা থাঙ্গেশেংবমক্তি, মসি মশিং থীঙমদ্রবা থবক থানা কয়া, অমুক্তা য়েৎনবা, অমুক্তা তিনশিন্নবা, অমুক্তা মতেং পাংনবা, মদুগী ফলনা অপুনবা জাতি অমা ওইরকখিবা হিন্দুত্ব হায়বসি ৱাহৈ অমা নত্তে, ইতিহাস অমনি। অধ্যাত্মিক অমসুং ধর্মগী ইতিহাসতা নত্তনা ঐখোয়গী জাতিনা মতম পুম্বদা লান্দুনতা লাকলিবসে হাইফেৎ মান্নবা মরী লৈনবা ৱাহৈ হিন্দুইজম হায়বা অসিগা হিন্দুত্বগা মান্ননা লৌবা অসিনি। হিন্দুত্বদি মপুঙ ফাবা ইতিহাসনি অদুগা হিন্দুইজম হায়বা অসিদি শুপ্নগী হিন্দু ৱাহৈদগী লৌরকপা ওইরবসু হিন্দুত্বগী শরুক অমত্তনি। হিন্দুত্ব করিনো? হায়বা শেংনা খঙদ্রবদি হিন্দুইজমসু ময়েক শেংনা খঙলোই। ৱাহৈ অনিসিগী খেন্নবা খঙদ্রবদি ঐখোয় হিন্দু কাংলুপ মশেলগী মনুংদা ভাব তানদবা, অমনা অমবু চিংনবা হেনগৎলক্কনি মদুনা হিন্দু সভ্যতাগী ঐখোয়না ফংজরিবা শিংথাবা ঙল্লরোইদবা অপুনবা লনগৈ

অসি মাঙখিগনি। ঐখোয়গী যুক্তি অসি অসুম চখ্থ চখ্থরগা ব্রাহৈ অনিসিগী অর্থ চপ চাবদু করিনো হায়বা খঙলক্কনি। মতাং অসিদদি হিন্দুত্ব হায়বসি হান্না অর্থ মুন্না খঙদনা হিন্দুইজমগা মান্ননা লৌবা চুমদে। 'ইজম' হায়বা অসিনা সাধারণ ওইনা খঙনরিবদি আধ্যাত্মিকতা য়ুম্ফম ওইবা ধর্মমত নত্রগা সিষ্টেমবু খঙনৈ। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়ন হিন্দুত্বগী মরু ওইবা অর্থ খঙননবা থিবা মতমদা অহানবা ওইনা অমসুং তশেংনমক করিগুম্বা ধর্মমত অমত্তগা মরী লৈননা খন্নদে। লোনগী ব্রাহৈ শিজিন্নবদা ঐখোয়দা অপনবা পীরমদ্রবদি 'হিন্দুনেস' হায়বা ব্রাহৈ অসিনা হিন্দুইজমদগী হিন্দুত্বনা হেন্না মান্নবা ব্রাহৈ ওই। হিন্দুত্ব হায়বা অসিনা হিন্দু জাতিগী ওইরিবা ফিবম পুম্নমক্কী মরী লৈনবা হায়বা থবক পুম্নমপু কোনশিল্লি। মরম অদুনা হিন্দুত্ব হাযবা ব্রাহৈ অসিগী অর্থ খঙননবা ঐখোয়না অহানবদা হিন্দু হাযবা ব্রাহৈ অসিমক্কী মরু ওইবা অর্থ খঙবগী দরকার লৈ। মীওই কোটি কয়াগী, খ্বাইদগী থৌনা ফবশিংগী মরক্তগী হেন্না থৌনা ফবা, অফবশিংগী মনুংদা হেন্না ফবা থম্মোয় কয়া মথক্তা নিংথৌরেল ওইদুনা পানখ্রবা মঙোন্দা নুংশিবগা লোয়ননা রাজভক্তি উৎখ্রবা হিন্দু হায়বা ব্রাহৈ অসি ঐখোয়না মুন্না খঙবা তাই। মদু তৌবা ঙমদ্রিঙৈদা হিন্দুইজম হায়বা হেন্না ঙমথৈ নাইবা ধর্ম কাংলুপ অমগী ওইবা ব্রাহৈসিগী অর্থ হন্নবা হোৎনদবা য়ারি। ঐখোয়না চঙশিনগদৌবিবা অসিদা কয়া য়াম্না মায় পাক্কদগে হায়বদু চঙশিন চঙশিন্না য়েংবা তারি।

## হিন্দু হায়বসি কনাবুনো?

মকোক থোংবা আর্য্য কাংলুপশিংনা সিন্ধু তুরেলগী তোর্ব্বান্দা অহানবা যজ্ঞগী মৈ হৌগৎপা মফম অদুদা মখোয়না ময়ুম ওইদুনা খুন্দারকপা অসি করম্বা মতমদনো হায়বসি নোংপোকলোমগী মরমদা থি-হুমলিবা অখঙ-অহৈশিংনা ফাওবা হৌজিক্কী মতাং অসিদা হায়বা য়াম্না লুরগনি। অদুম ওইনমক থাইনগী ইজিপসিয়ানশিং বেবিলোনিয়ানশিংনা মখোয়গী চীংলেন্নবা সভ্যতাশিং অদু শাগৎপগী মতম কুইনগী মমাঙদা সিন্ধু তুরেলগী অশেংবা ঈশিংদা আর্য্যশিংনা নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোকপা যজ্ঞগী কাখৎলকপা খোই-খোইবা ধুপকী মৈখুদা উদুনতা লাকই।

নোংপোকলোম্নগী মরমদা থি-হৃত্বশিংনা অহানবা লাকপা থৌনা ফরবা আর্য্যকাংবু অদু করম্বা মতমদা ভারত্তা খুন্দারকপনো, সিন্ধু তুবেলগী তোর্ব্বান্দা মখোয়গী অহানবা যজ্ঞগী মৈদু চুখৎখিবগে হায়বা চপ চানা হায়বা ঙমদে। সিন্ধু 'ডী ইন্দজ' গী তুরেল খোংবান্দা আর্য্যশিংনা খুন্দাবসি থাইনগী ইজিপসিয়ানশিং অমসুং বেবিলোনিয়ানশিংনা মখোয়গী চীংলেম্বা সভ্যতা অমা লিংখৎখিবা অদুগী য়াম্না কুইনগী মমাঙদনি হায়বা অসিমদি শোয়দ্রে। নুমিৎ খুদিংগী সিন্ধু তুবেলগী অশেংবা ঈশিংনা মাগী তোর্ব্বান্দা ধুপকী মনম নুংশিবা যজ্ঞগী তক তকবা খোই খোইবা মৈখু পরেং কাবা অদু নুমিৎ খুদিং উখি। তম্পাকশিং অদু বেদগী লাইশোল ঈশৈ শোনবনা ইনিল নিনখি। অসুম্না আধ্যাত্মিক্কী পুন্সিদা থরাই য়াওবনা মখোয়গী আত্মাদু মথৌ শঙলমই। থৌনা ফবগী থবক খুদিংদা মথৌ হাপলিবা, মখোয়গী রাখলবু অরাংবা থাক্তা রাংনা থাঙৎলম্বা, অচৌবা, কুইনা মবা তাগদবা সভ্যতা অমা লিংখৎনবগী হান্না লাইবক্তা তম্নম্বনা মখোয়শিংদো পুন্নমক্তগী তেপ তোপ্না মওং উরমই। মতম অদুদা মখোয়না নক্রবা য়ুমলোন্নবা লৈবাক মরু ওইনা পার্সিয়ানশিংগা মরী পুন্নমক ককনখ্রে। আর্য্যশিংনা মখোয়গী মরমদম ওইনা অথাপ্পদা সপ্তসিন্ধুগী লমদম যৌনা শন্দোকখ্রে। মখোয়না জাতি অমা ওইবগী রাখল লৈবতা নত্তনা মখোযগী লৈফমদুগী মমিং অমসু থোনবা ঙমখ্রে। হরা পানি ফবা, নুংঙাইরবা লমদমসি ঈশিংগী লম্বীদা মফম পুন্নমক্তা য়ৌবা য়াবা, শিংলীগী লংলানা থরাই পানবা অমগী হৃকচাংদৌনা ওইবা লমদম অসি সপ্তসিন্ধু হায়না মমিং থোনখ্রে। মসি ঋগবেদগী মতমগী ভাবতপু মমিং অদুনা খঙনবমই। পৃথিবীদা খ্বাইদগী কুইরবা মতমগী রেকোর্ড ওইববা মমিং থোনখ্রে। পৃথিবীদা খ্বাইদগী কুইরবা মতমগী রেকোর্ড ওইরবা মমিং অসি ঋগবেদগী মতমগী ভারতপু মমিং অদুনা খঙনরমই। আর্য্য হায়না কৌবা লৌ-ইংখোল তৌবনা মশিল ওইবা মী কাংলুপ অসি সিন্ধু তুরেন্না অথোইবা তুরেল ওইরগা তুরেল তরেৎনা কোনবা লমদম অসি আর্য্যশিংনা লাইরৈপাক্কী নুংশিবগা লোয়নননা ভক্তি সম্মান উৎলমই অমসুং মখোয়না অপুনবা সংস্কৃতি অমসুং জাতি অমগী ওইবা অপুনবা খুদম লৈরমই।

আর্য্যশিংনা মাঙদা অসুম চৎশিল্লকপদা হরাপানি ফবা লৈহাও চেনবা তুরেল কয়া অমা থেংনখি, তৌইগুম্বসুং মখোয়না সপ্তসিন্ধুদা থমখিবা ভক্তি,

সম্মান অচেৎপা থম্মোয়গা লোয়ননা নুংশিখিবা পুম্নমক অদুদি কৈদৌঙৈদসু কাওবা ঙমলমদে, সপ্তসিন্ধুনা মখোয়বু জাতি অমা ওইনা পুনশিলহনখিবা, মপা মপুশিংদুনা জাতি অমাওইবগী অপুনবা সংস্কৃতি অমগী ব্রাখল পীরম্বা অদু মতম পুম্বগী ওইনা ঙাক্তুনা চৎলমই। হৌজিক্কী মতম ফাওবদা, সিন্ধু অমা, হিন্দু অমা জাগা অমদা হেক্তা লৈরম্বা য়াই অদুবু মখোয়না তৌবিমনগা লোয়ননা নিংশিংদুনা মখোয়গী আত্মা শেংদোক্নবা তুরেলশিং অসিবু নিংশিংদুনা প্রাথনা তৌনৈ।

इमं मे गंगे यमुने सरस्वति शतद्रु स्तोमं सचता परुष्या।
असिवन्यामरुदवृघे वितस्तयार्जीकीय श्रुणुहचा सुषोमया।।
गंगे च यमुने चैव गोदावरि सरस्वति।
नर्मदे सिंन्घु कावेरि जलेस्मित् सन्निघि कुरु।।

মী-শিং অসিনা মখোয় মশামকপু সিন্ধু হায়না খঙনরম্বতা নত্তনা মখোয়শিং অদু মখোয়গী অকোয়বদা লৈরম্বা জাতিশিংনা মখোয়বু সপ্ত সিন্ধু হায়না খঙনরম্বগী মতিক চাবা রেকোর্ড য়াম্না লৈ। সংস্কৃত লোন্দা 'স' হায়বা ময়েক অসি প্রকৃত লোন্দা ভারতবু, ভারত্তসু মপাল লমদসু 'হ' ওইনা উচ্চারন তৌদুনা হোংলকপা য়াম্না থেংনৈ। মরু ওইনা 'সপ্ত' হায়না ব্রাহৈশিংনা 'হপ্ত' ওল্লকই, মসি ভারতকী প্রকৃত লোন্দতা নত্তনা ইউরোপকী লোনশিংদসু অসুম্না তৌই। ঐখোয়না 'হাপ্তা' হায়বদি চয়োল , ইউরোপিয়ান লোন্দা হেপ্তারকী (Heptarchy) সংস্কৃততা 'কেসরীনা কোহরী' ওইরকপা, 'স্বরস্বতীনা'না হরহবতি পার্সিয়ান লোন্দা 'অসুর'না 'অহুর' ওইরকই। তশেংনা সপ্তসিন্ধু হায়রিবা ঐখোয়গী বৈদিক মমিং অসি থাইনগী পার্সিয়ানগী মীশিংনা অভেস্তা' (Avesta) দা হপ্ত হিন্দু হায়না পল্লমই। অদুনা ইতিহাসকী মিকপ থোরকপা অঙনবা মতমদা ঐখোয় সিন্ধু নত্রগা হিন্দু হায়বা মী কাংলুপকী মনুং চল্লমই, মসিগী অচুম্বসি পৌরানীক যুগকী মতমদা ঐখোয়গী মহৈ-মশিং হৈরবা মীশিংনা খঙলমই। মত অসিবু শুগাইনা তাকুনা ম্লেচ্ছ লোল পুম্নমক অসি সংস্কৃত লোন্দগী মশা-মরেং শন্দোকখিবনি হায়না ভবিষ্য পুরানদা ফজনা তাক্লি।

संस्कृतस्यैव बाणी तु भारत वर्ष मुहयतान
अन्ये खंडे गता सैव म्लेच्छा हयानंदिनोभवन॥
पितृ पैतरमरता च वादर: पतिरेव च:
सेति सा यावनी भाषा हयश्वश्चस्यस्त पुन:॥
जानुस्थाने जैनशब्द सप्तसिन्धुस्त यैव च।
हप्त हिन्दुविनी च पुनर्ज्ञेया गुरुण्डिका॥

(প্রতি সর্গপর্ব অ০ ৫)

পার্সিয়ানশিংনা বৈদিক আর্য্যানশিংবু হিন্দু হায়না কৌরমই হায়বা শেংনা খণ্ডলবা মতুংদা ঐখোয়না মীতোপ অমবু অমসুং খণ্ডনদবা মীশিংবু মখোয়বু খণ্ডবা মীশিংনা মখোয়বু কৌবদা শিজিন্নবা মমিং অদু কৌবা হায়বসি সাধারণ ওইনা য়াম্না চৎনবনি। মসিদগী ঐখোয়না খণ্ডবা ঙম্বদি মতমদুদা লৈরম্বা খর থাপ্নবা জাতিশিংনা ঐখোয়গী লৈবাকপু হিন্দু হায়বা মমিংসি শিজিন্নদুনা কৌখিবসি থাইনগী পার্সিয়ানশিংনা ঐখোয়বু মমিং অদুমমকনা কৌরম্বননি। মদুতসু নত্তনা সপ্তসিন্ধুগী মনুংদা লৈবা লন্না চাইনা খুন্দারম্বা জাতিশিংনসু আর্য্যশিংবু হিন্দু হায়না কৌরমগনি। মসি চপ মান্নবা লোনগী চৎনবী নিয়মগী মতুং ইন্ননি। মখা অসুম চখরকপনা বৈদিক সংস্কৃত লোন্দগী কায়থরক্লুনা থোরকপা ভারতকী প্রকৃত লোন্না সিন্ধু অমসুং মসিগা তিন্ন-তোৎনদুনা নত্রগা য়ানশিন্নদুনা পোক্লকপা মচাশিংসু মীরৈপাক্কী ঈথিল য়াওদনা মখোয় মশামকপু হিন্দু হায়না কৌনরক্লমগনি। মরমদি সংস্কৃত লোনগী 'স' অসি প্রকৃত লোনশিংদা 'হ' হায়না খোম্হোকপা অসি নন-ইণ্ডিয়ানশিংতা নত্তনা ইণ্ডিয়ান প্রকৃত লোন্দসু অসুম্না চৎনখি। মরম অদুনা অরেপ্পা রেকোর্ডগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা ঐখোয়গী জতি অসিবু নাউশুম মমিং ওইনা সপ্ত সিন্ধু নত্রগা সপ্ত হিন্দু হায়না মিং থোনরিম্বনা, মতম অদুগী পৃথিবীগী জাতিশিংনসু ঐখোয়বু অসুম্না সিন্ধু নত্রগা সপ্ত হিন্দু হায়না খণ্ডনরম্বনি।

# মমিংসিনা হেন্না কুইরব্রা?

হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না হান্নগী রেকোর্ড কয়াদগী অচুম্বা খরদা নৈনদুনা লাক্লি, হৌজিক অমুক ভাবনা শাবা, ওইরম্বা য়াবা থৌদোক্তা য়ুম্ফম ওইবা লম্বী অমদা ঐখোয় অমুক চঙশিন্দবা য়াদ্রে। আর্য্যশিংগী অশেংবা হৌরকফম কদায়দনো হায়বসি ঐখোয়না চপ চানা থাজবা ঠিওরী অমত্তা হৌজিক ফাওবা লেপ্লা ঙমদ্রি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না ভারত্তা চঙলকপগী য়াম্না পাকশন্না য়ানরবা ঠিওরি অমদা ঐখোয়না থাজবা থম্লবদি, মখোয়না খুলহোংলকপদা মখোয়গী অনৌবা ময়ুমদুগী অনৌবা মমিংদা খন্ননিঙাই ওইবা কয়ামরুম থোরক্লে হায়বসিনি। অনৌবা শাইদাংলবা লম অদুদা লৈবম্বা পোৎ খুদিংমক মখোয়গী মরোন্দা মমিং থোনখিব্রা? মদু তৌবা ঙমগদ্রা? অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না অনৌবা থৌদোক থোকফম অমদা নত্রগা অনৌবা লৈবাক অমদা চঙবা মতমদা ঐখোয়গী খোঙ্হোক্কা চানবা খর হোংদোকপা মওংদা মখোয়বু খঙবা লৈবাক অদুদা হান্না লৈরম্বা মীশিং অদুনা কৌরম্বা মমিং অদু শিজিন্নরম্বা য়াবগী থাজবা লৈ। থাঙ্গৈশেংবনি, অয়াম্বা মতমদা অনৌবা লৈবাক অমা নত্রগ লমদম অমদা খুন্দারুবদা মফমদুগী থাইনগী নিংশিংনিঙাই ওইবা কাউবা ঙম্লরোইদবা মমিং খন্দুনা মিংথোন্নে। ঐখোয়না মসি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াই মরমদি সপ্ত সিন্ধু হায়রিবা লমদম অসি চাইনা চাইনা লন্না তাবা উপজাতি কযানা খুন্দারম্লবসু মখোয় অয়াম্বদি অনৌবা লাকপা মীশিং অদুগা য়াম্না মরুপ মপাং ওইবা মওংদা লোইনরমই। মখোয় কয়ানা আর্য্যশিংবু অনৌবা লমদম অদুগী মমিং, মহৌশাগী ওইবা ফিবম অসিনচিংবা অসি খঙহন্দুনা আর্য্যশিংবু লমলানবা ওইহনখিদে। বিদ্যাধর আপ্সরা, যক্ষ, বক্ষ, গর্ন্ধব অমসুং কিনারানচিংবা জাতি মচাশিং আর্য্যশিংগা য়েংথিনবা ৱাখল লৈরমদে, মখোয়শিং অসি পীনহৈবা অফবা শাজৎ চৎপা মীশিংনি হায়না লাইরিক কয়াদা পনবা থেংনৈ। মতৌ অসুম্না হান্না লমদমসিদা লৈরম্বা মীশিংনা তুরেল অচৌবশিংগী মমিং লৌদুনা থোল্লম্বা অদু অনৌবা খুন্দারবা আর্য্যশিংগী সংস্কৃত লোল ওইনা শেমদোকুনা লৌশিনখিবা ওইববা য়াই। ঐখোয়না অসিগুম্বা মওংগী প্রমান কয়ামরুম পুথোকপা ঙমই। মখোয়গী লোল অমসুং মীশিং অদুগা তিন্ন-তোৎনবা হেনগৎলকপদগী ৱাহৈ কয়ামরুম

থোরকই। শকাল্টকটা, মালয়, মিলিন্দ, অলসদা (Alexandrica) সুলব (Selucus) অসিনচিংবা। মখোয়শিং অসিনা অচুম্বা ওইরবদি ঐখোয়গী অচৌবা সিন্ধু তুরেল অসি মফম অদুদা হান্না লৈরম্বা মীশিংনা হিন্দু হায়না কৌরম্বা যাবগী ওইথোকপা লৈ। খোম্থোক খেন্নবদগী আর্য্যশিংনা তুরেল অসিবু 'সিন্ধু' হায়না মমিং হোংখিরম্বা য়াই। ব্রাহৈসিনা 'স' গী খোম্থোক অসি সংস্কৃততা ওম্থোকলগা 'হ' গা মান্নরকপা লোলগী নিয়ম অদু চৎনখিরম্বা য়াই। মতৌ অসুম্না হিন্দু হায়বা ব্রাহৈসিনা লৈবাক অসি অমসুং লৈবাকসিদা লৈবা মীশিং পূন্না কৌনরম্বা লৈরক্লমগনি, অদুনা সিন্ধু হায়বা বৈদিক মমিং অসি ইতিহাসকী মমি শামি উবা মতমদগী লাপথ্রবা কুইরবা মতমদগী হৌনা লৈরম্লে হায়না থাজনৈ। কয়া কুইনদগী করম্না মমিং অসি হৌরকপনো হায়না থি-হুম্বদা লাই-তিনগী ব্রারী অমসুং পুবাণ ফাওবনা খোঙ্গুল লীবা ঙমদ্রে।

# হিন্দু জাতি অমত্তনি

সিন্ধু কৌরবসু হিন্দুবু কৌরবসু অসুপ থৌনা ফবা জাতি অমগী থবক থানাশিং অদু পঞ্চনাদ নত্রগা পঞ্জাব কৌবা লম অসিগী অখুবা ঙমখৈ মনুংদা কুইনা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমলমদে। পাক চাউরবা, লৈহাও চেনবা লৈতেম মান্নবা লমদমশিনা কনথৌরবা লিংজেল পানবা জাতি অমবু কৌশিনবগুম থোকপ্রে। হিন্দু উপজাতি অমগী মথংদা অমা মখোয়গী হৌরকফম লমদগী থোরকলমই অমসুং মখোয়শিং অদু অচৌবা থবক্কী পান্দম অমনা লমজিংবা ব্রাখলগা লোয়ননা মখোয়গী যজ্ঞগী মৈ অদুনা মশাগী শকতাক খুদম ওইদুনা পাকচাউরবা লম্দাং, মী লন্না লন্না তাবা মখোয়গী খুন্দাফম লমদগী থোরকনরকখি, শেমগৎ-শাগৎপা চাউথোরকলমই, সহব কয়া শেমগৎলক্লমই অমসুং নিংথৌ পানবা লৈবাক কয়া চোংখৎলক্লমই। মীওইবগী খুৎনা শোকপদা অমোৎপা লম্দাং তুহাং কয়া শকফম হোংখিরমই। তৌইগুম্বসুং অচৌবা থৌদাং কয়াপাঙথোক্লবা আর্য্যশিংনা মীওই অমখক্তগী ওইবা ঈহুলগা চাননা, অনৌবা অকোয়বগী ফিবম অদুগসু চুননা, য়াম্না কোমনা পূনবা লৈঙাকলোনগী কেন্দ্র নাইবা সাসননীতি অমা চাউখৎহল্লক্লমই। মতম অসুম কুইরক্লবদা অথাপ্লদা লৈবা মখোয়গী কোলোনি মশিং হেঙ্গৎলক্লমই অমসুং

তোঙান তোঙানবা চাউখৎলবা মীশংনা মখোয়গী সংস্কৃতি অদুদা তিল্লক্লমই, অনৌবা তোঙান তোঙান খুন্দারুবশিং অদুসু মখোয়দা কেন্দ্র ওইবা রাজনীতিগী পুন্সি অমা লেনবা হৌরকখি। অসুম্না নৌনা য়াওশিল্লকপা কয়া অসিনা হন্নগী অদুবুদি পুম্মুং মুখৎপা ঙমদ্রবসু পাকথোক চাউথোকপদি অসুম হেঙ্গৎলক্লমই অমসুং মপাঙ্গল কনখৎলক্লমই। অসুম্না তৌরকপা অসিনা মমাঙগী মমিংশিং অদুগী মথক্তা অনৌবা মমিং কয়া থোরক্লমই। খরনা মখোয় মশাবু কুরু হায়না কৌরমই, অতোপ্পা খরনা কাঁশি নত্রগা বিদেহ নত্রগা মগধ কৌরক্লমই। মতম অসিদা অরিবা জাতিগী ওইবা মমিং অদু কাওথোনরকই। অদুবু জাতি অমগী সংস্কৃতিগী অপুনবা ব্রাখন্দু মাঙখিরমদে, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মিং অমসুং অতোপ্পা শকওং শকফম লৌরকখি, খ্বাইদগী মরু ওইবদি রাজনীতিগী শকওংদা 'চক্রবর্তিন'গী চৎনবী লিংখৎলকপা অদুনি। মমৈদা হিন্দুশিংনা জাতি অমা, লৈবাক অমা লিংখৎনিংবগী লৌখিবা থৌদাং অদু ফংগ্রে অমসুং মদুগী ভুগোলগী পাকচাউবগী ঙমখৈ অদুসু ফংগ্রে অযোধ্যাগী থৌনা ফরবা নিংথৌমচা রামচন্দ্রনা মায়পাক্লা লঙ্কাদা চঙখি অমসুং তশেংনমক হিমালয়দগী খাদা সমুদ্র য়ৌবা ফাওবসি অযোধ্যাগী শক্তিগী মখা পোলহনখি। মায়পাকপগী শগোল অদুনা অযোধ্যাদা শীঙনবা অমত্তা য়াওদনা হল্লকপদা অচৌবা অঙৌবা মচুগী নিংথৌগী শক্তি চেল্লবা পে অদু রামচন্দ্রগী সিংহাসন মথক্তা খনগৎলমই। আর্য্যগী নিংথৌমচাশিংতা নত্তনা হনুমান সুগ্রিব, বিভিষন-নচিংবা ভারতকী খা থংবা লৈবাকশিংগী নিংথৌশিংনা রামচন্দ্রবু নুংশিনা রাজভক্তি উৎখি। নুমিৎ অদু হিন্দুজাতিগী অশেংবা মপোক নুমিৎনি। মদু আর্য্য অমসুং অনার্য্যশিং অমত্তা ওইনা পুন্দুনা জাতি অমা ওইনা পোকখিবা অশেংবা জাতিগী নুমিৎনি। মাঙদা চৎখিবা মীরোল কয়ানা হোৎনবা পুম্না অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা রাজনীতিগী ওইনা মহৈ য়াম্দুনা মদুনা অমুক থাংথরক্তুনা অপুনবা মথৌ, অপুনবা ফিরাল, অপুনবা পম্বুং, মদুনা তুংদা মীরোলশিংনা ভাব তানা নত্রগা তাদনা লানফম কয়া থেংনখি অমসুং জাতিসি কম্লনবা হোৎনবদা থৱাই থানখি।

# অতৈ মমিংশিং

মচেৎ কয়ানা মপুম অমা শাগৎলক্কুনা মপাঙ্গল লৈরে, অর্থ থোকপা ৱাহৈ অমা পীদুনা ফোংদোরকই আর্য্যবর্ত্ত নত্রগা ব্রহ্মবর্ত। মমিংশিং অসিনা সিন্ধু তুরেন্দগী সমুদ্র ফাওবা কোল্লিবা পাক চাউরবা মহাদেশ অসিগী চুনবা মমিং অমদি ওইদে। আর্য্যবর্ত হায়বা অসি থাইনগী অইবশিংগী ফোংদোকপা মতুং ইন্না হিমালয় অমসুং বিন্ধ্য চীংশাংগী মরক্তা লৈরিবা লমদম অসিবুনি। আর্য্যবর্ত হায়বা মমিং অসি লমদম অসিবুনি। আর্য্যবর্ত হায়বা মমিং অসি, মমিং অসি পীখিবা ফিবম মতমগা চুনরবসু আর্য্য অমসুং আনার্য্য অনি পুন্দুনা অপুনবা জাতি অমা ওইরক্লবা মতমদদি মখোয়গী সংস্কৃতি সম্রাজ্য শেমগৎখ্রবা মরমনা বিন্ধ্যাদ্রি চীংশাং অসিগী ৱাংমা লানখ্রবনিনা হান্নগী আর্য্যবর্ত হায়বা মমিং অমা ভারত জাতিগী ওইনা দরকার ওইরকপদা চানবা মিং অমা ফোংদোরকপসি ভারত শাগৈগী নিংথৌ অমনা পানবা হাক্তক্তনি। ভারত নিংথৌনা মতমদুদা খণ্ডনবা পৃথিবী শিনবা থুংনা হাইহুমদুনা সাসন তৌরমই। ভারত নিংথৌ কনানো হায়বা খঙ্খবা তৌদনা, হায়বদি বৈদিক ভরতলা নত্রগা জৈন ভরতলা, করম্বা মতমদা নিংথৌ অসিনা লৈবাকসিদা সাসন তৌরম্বগে হায়বা থিরুদনা, ঐখোয়না মতাংসিদা খঙবদা মতিক চাবদি আর্য্যবর্ত অমসুং দক্ষিনাপথগী মীশিংনা মমিং অসি য়ানবতা নত্তনা, পামজনা মখোয়গী অপুনবা মমা লৈবাক অমসুং অপুনব সংস্কৃতিগী সম্রাজ্য অসিবু ভরত হায়না কৌনবা পামখিবা অদুনি। অসুম্না লৈবাকসিগী ওমখৈ অসি খা-থংবা লমদম য়ৌনা শন্দোকখ্রে, মতমসিদা ঐখোয়না ফংবদি মহৌশা ওইনা সপ্তসিন্ধুদগী গঙ্গা তুরেলগী ঈচিল অমসুং সপ্তসিন্ধু নত্রগা আর্য্যবর্ত নত্রগা দক্ষিনাপথদগী বাজনীতিগী ওইবা হেন্না চাউবা মমিং ভারতখণ্ড কৌদুনা হিমালয় চীংশাংদগী হৌদুনা খা-রোমদা সমুদ্র য়ৌবা লমদম অসিবু খঙনখি। ঐখোয়গী জাতিসিবু শকতাকপা মমিং অসিনা নিংথিজনা উৎলিবদি মতমদুগী ৱাখল লৈবশিংনা পাকশন্না নৈনদুনা মমিং অসি পুথোক্লবা হোৎনখিবা মতমনি। বিষ্ণুপুরাণদা অতেনবা শৈরেং অমদা অসুম্না ইরমই, মদুদি সমুদ্রগীনা অৱাংদা হিমালয় চীংশাগীনা খাদা কোল্লিবা লমদম অসি ভরত হায়না মিংথোল্লি অদুগা ভরতকী মচা মশুশিংনা খুন্দারমই।

উত্তরে যত্সমুদ্রস্য হিমাদ্রেশ্চৈব দক্ষিণম।
বর্ষে তদভারত নাম ভারতী যত্রসংততিঃ (বিষ্ণুপুরাণ)

## মমিংশিংসি করম্না থোনখি

ভরতবর্ষ হায়বা অনৌবা ৱাহৈ অসিনা হান্নগী নাউশুম মমিং সিন্ধু নত্রগা হিন্দু হায়বা মমিং অসি পুম্মুৎ মুথৎপা ঙমখিদে অদুগা তুরেল অসিদা থমখিবা মখোয়গী নুংশিবা অদুবুসু কাউথোকপা ঙমখিদে, মখোয়গী জাতিগী নুংশিবা অদুবুসু কাউথোকপা ঙমখিদে, মখোয়গী জাতিগী মপা মপুশিং অদুনা তুরেল অসিগী মথাদা পুন্সি খোল্লাং থকখিবা অদুবুসু কাউঙমখিদে। ঙমখৈদা তাবা রাজ্যশিং, সিন্ধু তুরেনগী খোংনুংদা মখোয়গী ঙমখৈ ওইবা রাজ্যশিং মতম অদু ফাওবা হান্নগী মমিং অদু থাদোকপা ঙমদনা সিন্ধুরাষ্ট্র হায়না কৌদুনা লৈরমই। সংস্কৃত সাহিত্যগী শাংলবা যুগতা মখোয়না সিন্ধুসৌবীর হায়দুনা মখোয়গী লৈঙাকলোনগী মরু ওইবা মপুঙ ফাবা অমা ওইনা শকখঙনরমই। মহাভারতকী লানফমদা সিন্ধু সৌবীরগী নিংথৌনা অথোইবা মহারথী অমা ওইবম্বগী ৱারী লৈরি। নিংথৌ অদু ভরত শাগৈগা য়াম্না নকুবা মরী লৈনরমই হায়বা মহাভারতকী ৱারীদগী ফংই। 'সিন্ধুরাষ্ট্রগী ঙমখৈ অসি মতমগী মতুং ইন্না হোংদোক হোংজিল নাইরবসু, মীশিংনা ঙাংবা লোল মতা অদুনা মখোয়বু তোঙানবা জাতি অমা ওইনা অদুম শক খঙনরমই। সিন্ধুরাষ্ট্র হায়বা লৈবাকসি মুলতানদগী সমূদ্র ফাওবনা কোনবা লমদমসিদা সিন্ধী লোল লোনবা মীশিংনা তাবা লমদমসিনি। ভুগোল অমসুং রাজনীতিগী শরুক অমা ওইনা লমদম অসি সিন্ধু হায়না কৌদুনা ভারতকী শরুক অমা হৌজিকসু ওইরি। ভারত জাতিগী পোকপদগী লোয়নরকপা মমিং অমা 'ভাবত খন্দ' হায়বা মমিং অসিনা মতম খর শিল্লুরবসু মীরৈপাক্কী জাতশিংনদি মিং অসি ইশি শিজিন্নবমদে অদুগা ঙমখৈগী রাজ্যশিংদসু হান্নগী মমিংদুনা হেন্না পাম্না শিজিন্নরমই। যুমলোন্নবা লৈবাকশিং মরু ওইনা পার্সিয়ানশিং, ইহুদির্শিং গ্রিকশিং অমসুং অতৈ লৈবাক কয়ানা থাইনগী মমিং সিন্ধু নত্রগা হিন্দু হায়বা মিংদু অদুম কৌনদুনা লৈরমই। অদুগা হায়রিবা গ্রিকশিং অদুনা মরম ওইদুনা ইউরোপ অপুম্বা মমৈদা আমেরিকা ফাওবা হিন্দু নত্রগা ইণ্ডিয়ান হায়না

কৌনরকখি। চাইনিজ লমকোয়বা হিউয়েনশাং (Huen Tsang) ভারত্তা মতম কুইনা লৈরম্লবসু জাতি অসিবু 'শিনতু' নত্রগা 'হিনতু' হায়না কৌবা থেংনৈ। আফগানিষ্টানবু শ্বেতা ভারত হায়না পার্থিয়ানশিংনা কৌরম্বা অতাংদা খুদম খরসু ঐখোয়না খংই। মীরৈপাক মচাশিংনা হান্নগী হৌরকফম মমিং কাউথোক্তুনা 'ভারত' হায়না কৌনবা য়াম্না তাঙনা থোকপা মিংগৌনি। হৌজিক মতম ফাওবদা ভারতপু হিন্দু, ঐখোয়গী লৈবাকপুনা হিন্দুস্তান' হায়রগা খঙনদুনা লাকই। বৈদিক ইপা-ইপুশিংনা অহানবা ওইনা খন্দুনা থোনবিরম্বা মমিং অসি ঐখোয়গী মতম চুপ্পগী ওইনা খোয়দাজবা মমিংনি।

অসুম্না মিং অম কনাগুম্বনা মশানা পামজদুনা থোনববুদি অতোপ্পশিংনা পাম্না কৌবা মিংনা হেন্না তুংকোইনা চৎনরকই। অচুম্বনি, মমিং হায়বসি অসুম্না কৌনখিবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পগা মরী লৈনরকপ, নত্রগা মুক্করকপা মতমদা মিংগী দরকার ওইরকই, অতোপ্পগা ঈ-পাউ ফাওনরকপা মতমদা মিংনা নাকল অনিমক্কী ওইবা কান্নবা ওই। পৃথিবী পুম্বনা য়ানরবা মমিং অমা, মদু ঐখোয়গী অপাম্বগী ওন্ন-তৈনবসু নত্তবা অদু ওইরবদি মিং অদুন অতৈ মিংশিংবু লুমশিনখিবা হায়বসি মশানা তাবনি। ঐখোয়বু মীনা খঙনরিবা মমিং অদুনা ঐখোয়গী হৌখ্রবা মতমগী নুংশিবা অমসুং চাওথোকচনিংঙাই ওইবা মমিং অদুনা ঐখোয়গী অতৈ মমিংশিংদুবুসু হিংগৎহল্লি। হান্নগী অচুম্বা অসিগ, ওইরক্লিবা ফিভমগা অনি পুন্দুনা ঐখোয়গা অতৈ জাতিশিংগা নক্না তিন্নরকপা নত্রগা লাম্ছেংনরকপা মতমদা হিন্দু হাযবা মমিং অসিনা হেন্না ময়েক লারকই, অদুগা হান্নগী নুংশিবা মমিং ভারত তুংওইননা ইম্ঘোক্তুনা থমলকখি।

## আন্তর্জাতিগী পুন্সি

বৌদ্ধ ধর্ম হৌগৎলক্লিবৈগী মমাঙদা ভারতবাসিশিং অসি মপানগী সংসারগা মরী পুম্নমক কক্করম্বদি নত্তে। মখোয় মপাল লৈবাকশিংগা পাকশন্না শম্নদুনা মখোয়না পৃথিবীদা তৌগদবা থবক থানাশিং পাকশন্না তৌরমই। মরৈপাক নীংবা কবি আইন শেম্বশিংনা অসুম্না শৈথারকই।

"এতদ্দেশপ্রসুতস্য সকাশাদগ্রজন্ডন : ।
স্বং স্বং চরিত্রং শিক্ষেরন্ পৃথিব্যা সর্বমানবা:" (মনু)
(পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্তা লৈবা মী-শিংনা মখোয়গী থবক
থৌদাংশিংগীদমক্তা লৈবাকশিদা পোকপা
অহল লমনশিংদগী তমগদবা ওই)

খন্নফম থোকপা মতাংদি, বৌদ্ধ ধর্ম্ম হৌগংলক্লবা মতুংদা ভারতকী আন্তর্জাতিকী ওইবা ফিবম করম তৌরম্বগে হায়বসিনি। মতম অসিদা ভারত্তা লৈবাক ঙাকলোন্দা থৌনা ফন থৌদাং লৌরম্বশিং অদু মরাই চাইথম্রে, ঙাকপি শেনবিবা ৱাংলে অমসুং শোম্বুম্রে। লৈবাক মনুংদা পাকথোক চাউথোকপগী ওইথোকপা য়াবা অমত্তা লৈরমদ্রে অমসুং মমাঙদা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা রাজনীতিগী থৌনা ফবা থৌদৌ পুম্নমক দেশকী ৱাংমা লানম্রে, মপাল লমগা ফাওনবা ঈ-পাউনা য়াম্না হৌন-খণ্ডবা মওংদা মখোয়গী থোংজিন্দা থেংলুরে। অসুম্না রাজনীতিদা চাউনা অহোংবা লাকপা অসিগী মথক্তা ধর্ম্মতত্ত শন্দোক্লবগী মতম অমসু ওইরকখি অমসুং ভারত মতমদুদা খণ্ডনরম্বা পৃথিবীগী থম্মোয় অমসুং থৱাই ওইরকখি। মসি The Wheel of the law of Righteousness পাওজেল ভারত্তগী শন্দোরকপদগীনি। মশিং থীডমদবা মী কোটি কয়ানা সিন্ধুদেশপু মখোয়গী লাই অমসুং লাইওইরবা মীশিংগী লৈবাকনি হায়না লৌনরমই। অথাপ্পা সমুদ্র খোংবান্দগী মী লিশিং কয়ানা লৈবাকসিদা তির্থজাত্রিক ওইনা লাক্লমই অমসুং লাইরিক লাইশু হৈবা, ধর্ম শন্দোকপা, মুণি ঋষি কয়ানা লৈবাকসিদগী মতমদুদা খণ্ডনরবা পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা চৎনরমই। তৌইগুম্বসুং মপানগী সংসারনা সিন্ধু নত্রগা হিন্দু হায়না শক খণ্ডনরমই। লৈবাকসিদা লাকপা, লৈবাকসিদগী চৎখিবা, চথোক চৎশিন তৌনবা অদুনা ঐখোয়গী জাতিগী মপুঙ ওইবা মমিং অদু শিজিন্নবদা হেন্না মতেং ওইখি। রাজনীতি অমসুং কূটনীতিগী দরকার ওইবা অতৈ লৈবাকশিংগা ঈ-পাউ চৎনবদা মখোয় ঐখোয়বু হিন্দু নত্রগা ইন্দো হায়না খণ্ডনরম্বনিনা ঐখোয়নসু মমিং অদুমকনা হনবা তাবনি। হান্নগী ভারত খণ্ড হায়বা মমিং অসিগা হিন্দু হায়বা মমিং অসিগা অয়াম্বা মতমদা লোয়ন লোয়ননা শিজিন্নরমই, মমৈদা হিন্দু হায়বা মিং অসিনা পুমশিন শিনম্রে।

বুড়িজম হৌগৎলকপদগী হিন্দু হায়বা মমিং অসি পৃথিবী শীনবা থুংনা থোইদোক্লা খঙনরকখ্রে, অদুগা ঐখোয়সি হিন্দুনি হায়না অসুম খঙনখ্রে। বৌদ্ধ ধর্ম লৈখা তাখিবা মতমদসু মপান লৈবাকশিংনা লৈবাকসিদা লৈবা মীশংবু হিন্দু হায়না অদুম কৌনখ্রে।

## বুড়িজম লৈখা তাখিবা

বৌদ্ধ ধর্ম্ম লৈখা তাখিবগী মরম কয়ামরুমগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা মবমশিং অদু মহৈ মশিং হৈবশিংনা ব্রাখল চঙনা কুপনা নৈনব চঙই। বিষয় অসি য়াম্না থাপ্পা মতমগী মনুংদা থোকখিবা ওইবনা মপুঙ ফাবা মবমশিং থিগৎপদি খরা ব্রাগনি। মতাংসিদা ঐখোয়না সাধারণ ওইনা হিরমসিদ ফংলিবা মতশিংদি মপুঙ ফানা শুগাইনা খঙনবা হোৎনবদি মতাংচাবা মতম অমা ঙাইগদবা মঙাইরে। দর্শন শাস্ত্রদা খেন্নবা লৈবনা মবম ওইদুনা জাতি অসিনা মায়োক্তা লৈখিবা নত্তে। খেন্নবশিং লৈনা-লৈনা ভাবত্তা মতম কুইনা নিংথিজনা চাউখৎলম্বনি অমসুং অতৈ ধর্ম্মগা লোয়ননা হিংমিন্নরম্বনি। বুড়িজম ভাবত্তগী লৈখা তাখিবসি ধর্ম্ম অসিমক্কী মশাগী ওইবা অহোবা খরা লৈবা নত্রগা লাইশঙমত্তুদা লমচৎ নাইদবা মওং কয়া চত্থরকপদগীসু ওইবা য়াই। পুম্নমক্কী নত্রবসু বিহারাদা চঙজফম লৌদুনা লৈবশিংদু, লমচৎ মাঙলবা, অতনবা, জাৎশুরবা নুপা-নুপীনা অয়াম্বনি। মখোয়শিং অদু, অতোপ্পগী মপাল তাংদুনা চাবা, ইকাই খুম্ননিঙাই ওইদবা পুন্সি মরেল অমা ফংননবা হোৎনবদা মশাগী নত্তবা লম্থুম চাদিং তৌবা কাংবুনি। অদুগা অমরোমদা 'অরহাৎ' অমসুং 'ভিক্ষুশিংগী মরক্তা আধ্যাত্মিকক্কী জ্ঞান মপুঙফানা লৈরবশিংগী শাগৈ অমা লৈরম্বা অদু পুম্মাঙ মাঙখিবসু নত্তে। অসিগুম্বা অরাংপা কয়ানা মরম ওইদুনা বুড়িজম ভারত্তগী লৈখা তাখিবগী মরম অমা ওইগনি। খ্বাইদগী মরুওইবা বুড়িজম ভারত্তগী লৈখা তাখিবগী মরমদি বুড়িষ্টশিংগী শক্তিনা পৃথিবী শিন্থুংনা শন্দোক্লুবা অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা রাজনীতিগী ওইবা অহোংবা ফিবম অমা লাকখিবা অদুনা মরমনি হায়বা তাই। 'হুন'শিংনা লায়না মায়থীবা পীবা ঙমখ্রে। অশেংবনি, জ্ঞান মপূঙ ফারবা নিংথৌদো ফিবম অদুদাকরি অমত্তা তৌদনা

লৈথোক্লমই। অমরোমদা হিন্দুশিংদি রাজনীতিদা মীনাই ওইবগী মতৌ অমসুং শাথিবা ফিবম অদুদা পুক্লিং লৈতানা নিংঙাইদনা লৈথোকপা ঙমখিদে। অদুগুম্বা য়াম্না চাউখৎতবা জাতিশিং অদুগী তমথীরবা হিংসাগী থবকশিং অদু অহিংসাগী নীতিনা, আধ্যাত্মিকী মচিন-মনাও ওইবগী ব্রাখন্না ইঙথহনবা ঙমগনি হায়বদু ওইথোকলমদে। ঐখোয়না স্বর্গগী পাউজেল অমসুং পুম্নমকপু মচীন-মনাও ওইবগী থৌওংবু হম্বনা লৌবা, অশোয়বা কয়াবু মরাল শীরুবগী ব্রাফম ঙাক্তা নত্তে। ঐখোয়না খঙজিলহৌবা পামলিবদি ইতিহাসগী য়াম্না ময়েক শেংনা থোকপ্রবা অমসুং লোয়নরকপা থৌদোক কয়াবু উহৌ তাহৌদনা নাম্থোকখিদনবা হোৎনবনি। ঐখোয়না খঙই, মথক্তা পনখ্রিবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা থোকখিবা ঙাক্তনি। মতম অদুগী পানখিবা নিংথৌ নিংথৌরোলশিং অদু কনানা শকখঙবিখি। ইউরোপিয়ান জাতিশিংনা খঙলম্বা? ঐখোয়গী জাতি অসি করম্বা পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা শীংথানরম্বগে? মতম অমদা স্কুলদা তম্নরম্বা ইতিহাসকী লাইরিক্তা মুসলিমশিংনা ভারত্তা লান্দারকপা মতমদগী হৌনরমই। মতমদুগী ইতিহাস ইবা ইংলিস মচাশিংনা ভারতকী য়াম্ন ঙল্লিবৈ মতমগী মরমদা করিসু খঙলমদে। মতুংদা ইউরোপকী জেনেরেল নোলেজ ওইনা বুদ্ধিজম হৌগৎলকপগী ব্রারীদগী হৌদুনা ভারতকী মরমদা খবা হেন্না পাকথোক চাউথোকনা খঙলক্লমই। ঐখোয় ভাবত মচাশিংনসু বুডিজম হৌগৎলকপগী ব্রাবীদু ভারতকী খ্বাইদগী অহানবা মায়পাকপা মতমনি হায়না শিংথানবকখি। তশেংবদি মসি অমত্তা নত্তে। সন্ধ্যবু য়ানিংখিবা অমসুং ব্যবহার উৎখিবা লৈতে। তৌইগুম্বসুং বৌদ্ধ ধর্ম্মগী পুম্নমক ঐখোয়গীদি ওই। নিংথৌরেল আশোকা, দেবপ্রিয়ানচিংবা অচৌবা মতীক মগুণ লৈবা ঙাক্তনি। হেন্না চাউবদি বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ভিক্ষুশিং অদুনি। মখোয়না পাঙথোক্লম্বা থবকশিং অচৌবা ঙাক্তনি। পোৎশিংদু অশেংবা ধর্ম্মগী ঙাক্তনি।

মৌর্য্য নিংথৌরেলশিংনা ভারত্তা পানবা মতমদা সম্রাজ্য পাকথোক চাউথোকহন্নবা লাল কয়া তৌখিবগী ব্রারীদি ঐখোয়না তাই অদুবু রাজনীতিগী ওইবা নুপা থোকপা মরৈপাক কনবগী লিংজেল অমসুং পুকচেল চাউবা গুণ পুম্নমক্তি খোৎ খোৎপা মাঙখ্রে। বৌদ্ধ ধর্ম্ম লৌরুবদগী ভারত্তা মরৈপাক কন্নবগী ব্রাখল লিংজেল থৌনাদি মাঙখি।

বুড্ডিজমনা লৈবাক জয় তৌবকখি হায়বা ঐখোয়সু যাই অদুবু ধর্ম্মদু চৎপা মীশিংদুদি সংসাবসিগী অচুম্বা অওইবা বিয়েলিটিজশিং অদুদগীদি থাপনা লৈখ্রবা মীওই ঙাক্তনি। কবম্বা মফম মতমদনো হায়ববু, লৈতাম্না শাবা মখোংনা কুইনা লেপ্পা ঙমদবা, ইস্পাটপু লায়না ফেংবা যাদবগুম, 'ত্রিষণা' থৌবাংবা হায়বসি অসুপর্কী মতিক শক্তিশালি ওইখ্রে, অচুম্বা ওইখ্রে, মদুদি স্বর্গদা মতম পূম্নমক্কা ওইনা অতৎ অথম নাইদনা চেল্লিবা অযেকপা তুবেলগী ঈচেলনা থৌবাংর্বাস কোকহনবা ঙম্লোই।

অশেংবা তাংদাংবা মতমদি খণ্ডদ্রবসু বৌদ্ধ ধর্ম্মনা মপান ফবিঙে মতমদা ভাবত্তা তমথিববা শাহিং ঙাহিং চাবা চাউখৎতবা জাতিশিং 'হুন' অমসং 'শাক'শিংনা ভাবত্তা লান্দাবকখি। মৈগী চাঁঙগী মহী চেল্লবা ঈচেলগুম্না যুমলিংদবা লাম্মী মপৈ মপৈনা ভাবতকী লৈমাযদা চঙশিল্লকখি। ভারতবাসীশিংগী পামজবা ফিদম, জাতি, সিংহাসন, ইমুং মনুং, মখোযনা পামজনা ঈবাংচবিবা লাইশিং যেক্লবশিংনা মখোঙনা নেখৎলমই, অমসুং মীবৈপাক লান্দাবকপাশিংনা মাঙহন-তাকহল্লমই অমসুং লুট পাট তৌরমই। যুমলিংদবা যেক্লবগী লাম্মীশিংদু লোল, ধর্ম্ম, দর্শনশাস্ত্র, সৌভ্যলনাশিংবা মীওইবগী ... অমত্তা চেল্লমদে। অমবোমদা পাঙ্গলগী শক্তি যম্না হেনবনা বাহে ... নিংগী ওইবা মখোযগী ধর্ম্ম 'মৈ অমসুং থাংশাং' শিজিন্নদুনা ভাবতপু কাং-থোং চাইহনখি।

বৌদ্ধধর্ম্মগী দ্বৈতবাদ ওইবা ন্যায় শাস্ত্রনা অনৌবা মতিক চাবা যুক্তি কবি পীনিঙাই লৈগদগে। মবম অদুনা ঐখোযগী জাতিগী ব্রাখল অমসুং থবক থৌবমগী লুচিংবশিংনা যজ্ঞগী মৈ অমুক নৌহৌনা চুখৎনবা, লাই, লাইশঙশিং মাংথোকপা থিংননবা, বৈদগী ইস্পাটকী খনি পুম্নমক হাংদোক্লবা মাঁকালিগী পুজা তৌফমদা থাঙ ফেংবা, মহাকাল' স্পিরিট অফ টাইম'বু পেলহনবা অসিনচিংবা থৌবম কয়া লৌখৎলমই। হিন্দুগী লালগী খুৎশু খুৎলাইশিং নৌহৌনা শেমগৎপা তঙাইফদ্রে। বিক্রমাদিত্যনা ভাবত্তা লান্দাবকপা মীতোপশিংবু ভাবত্তগী তাম্থোকখিবা অদুগা ললিতাদিত্যগী মতমদনা টাবটাবদগী মোঙ্গোলিযা ফাওবগী মনুংদা লৈবা চীংঙনুংহুত্তা লৈবা লান্দাবকপশিং ফাদুনা দণ্ড তৌখিবনা অমনা অমবু মপুঙ ফাহনবা ওইহনখি। সুত্র নিয়ম কযানা পাংথোকপা ঙম্লবোইদবা থবক থৌনা ফবশিংনা

পাঙথোকই। লৈপাক প্রজাদু অমুক হন্না পুন্সিগী লম্বী খুদিংদা অরংবা মঙাল শন্দোরক্লমই। কাব্য, দর্শন-শাস্ত্র, কলা অমসুং য়ুমশাকৈশা, লৌউশিংউবা অমসুং লল্লোন ইতিক পুন্নমক খোঙজেল য়াংনা চাউখৎলমই। নীংঙতম্বগী শক্তি অমসুং মায়পাকপগী নিংথিজনা মপুঙ ফারে। অপ উইথ বৈদিক ধর্ম্ম। 'বেক টু দি বেদজ' হায়না জাতিগী খোল্লাউ অদু হেন্না হেন্না কন্না লাউখৎলকই, মরমদি মদো মতমদুগী রাজনীতিদা তঙাইফদ্রবনি।

## বুডিজম পৃথিবী পুম্বগী ওইবা ধর্ম্ম অমা

বৌদ্ধধর্ম্মনা অহানবা ওইনা পৃথিবী পুম্নমক্কী ওইবা ধর্ম্ম অমা শন্দোক্লবা কন্না হোৎনখি। "হে ভিক্ষুশিং, পৃথিবীগী মাইকৈ তরা থুংনা চত্তুনা ধর্ম্মগী নিয়মশিং শন্দোকউ"। তশেংবনি মদু অচুম্বা ধর্ম্মগী নিয়মনি। রাখন্দ, পুক্লিংদা অপাম্বা অমত্তা লৈরমদে,লম্ভুম লৈবাক মিহৌবা লৈতে, ওইজবা পাম্বদগী খোঙকাপ য়াংশনবসু লৈতে, তৌইগুম্বসুং অচৌবা মায়পাকপা কয়া লৈন-লৈন মদুনা মীওইবগী মশাদা য়াওরিবা শারমচৎকী পুক্লিং ঈহুল, রাজনীতিগী অচাউরম কাবা, মী খুদিংগী থম্মোয়দা মরন্নাই চাউনিংবা অসিনচিংবা রাখল ঈথিল অসিদি কোকহনবা ঙমখিদে। মীশিংগী থম্মোয়দা ভারতকী য়ৈখায় থিঙ্গায় অমসুং তেক্ত কাইদনবা জপমালাগী মহুত্তা থাংশাংনা মহুৎ শিনবা তারবনি খুৎলাইনা জয় তৌবগী মহুত্তা শান্তি অমসুং অচুম্বনা জয় তৌননবা ভারতনা লাউথোকখিবনি অদুবু অপাম মিহৌনা থল্লবা ওইজবা থিবশিংগী মমিত্তা লৈবাক অসিবু করেম্নফম ওইখিবা নত্রা? ভারতনা নিংথৌগী য়াথং লাউথোক্লুনা শগোল শামুদা পিথক্লবা ঈশিং ফাওবা মহিক মতাই জীব পানবা য়াওদনবা চুমথোক্লুনা পিথক্লম্বনি। পুন্নমক অসি অপিকপা জীব কয়া ঈশিংদা য়াওদুনা খুদক্তা শিদনবা হোৎনখিবনি। ভারতনা সমুদ্রগী ঙাশিং মচিঙ্গাক পীজনবা মরু মরাং হুম্বুবা মফম কয়া হাংদোকখিবনি। পুন্নমক অসি তৌদুনসু ঙাশিংদু মশেল ফাদুনা চানবদি তোকহনবা ঙমখিদে। পুকচেল চাউনা হাৎপা তুপ্পা তৌদবদু শিবগা মায়োক্লদুনা তোকখি, মমৈদা কোনা মনাদা ইবা লাইরিকশিং অদু য়াম্না শোনবা কায়গন তেক্কনবা অমা

ওইখি। পৃথিবী পুম্নমক অসি শাহিং ভাহিং চাবশিংনা মাগী মাগী জাতিগী অমসুং কাংলুপকী খেন্নবদা অসুপকী মতিক লুপ্লদুনা শারমচংকী ৱাখল্লা অসুপ শাথিনা কনখ্রবা, আধ্যাত্মিক অমসুং রাজনীতিগী পুক্নিদা ভারতনা মরোমদোম ৱাখল্লা অসুপ কুইনা হিংজরক্লবদা মাগী লৈবাক অমসুং মজাতিগী ৱাখল্দগী পোকলকপা পাঙ্গল শক্তি করম্না মাঙহনগদৌরিৰনো। অদুনা, ৱাখল অমসুং থবক্কী লুচিংবশিংনা পৃথিবী অসি মচিন মনাও ওইবগী ৱাখল্লা মখোয়গী থম্মোয়বু অমুক খুদুম চনবা ঙমখিদ্রে অমসুং থম্মোয় শোকনা অসুম্না তেংথারকই।

"যে ত্বয়া দেব নিহতা অসুরাশ্চৈব বিষ্ণুনা।
তে জাতা ম্লেচ্ছরূপেণ পুনরদ্য মহাবলে॥
ব্যাপাদয়ন্তি তে বিপ্রাণ্ ঘ্নন্তি যজ্ঞাদিকা: কিয়া।
হবন্তি মুনিকন্যাশ্চ পাপা; কিকি ন কুর্বতে॥
ম্লেচ্ছাকান্নে চ ভূলোক নির্বষট্কারমংগলে।
যজ্ঞয়াগদি বিচ্ছেদাদ্দেবলো কোবসীদাতি॥ (গুণাঢ়্য)

১। হে ঈশ্বব, হে বিষ্ণু ভগবান; নহাক্না লানবিখিবা আসুরশিংদো মালেমসিদা ম্লেচ্ছশিং ওইনা শায়োন্দুনা পৃথিদা অমুক পোক্লরে।

২। মখোয়না ব্রাহ্মনশিং হাৎলি, ধর্ম্ম কর্ম, পুজা, যজ্ঞনচিংবা পুম্নমক মাঙহল্লি. মুণিশিংগী মচানুপীশিং ফাদুনা পুখি; মখোয়না তৌদবা পাপপু অতৈ করি লৈরিবগে।

৩। মালেম অসি ম্লেচ্ছশিংনা খুদুম চনখ্রবদি যজ্ঞ অমসুং ধর্ম্ম থিংখ্রগনি, লাইরৈপাক্কী লমদম ওইরবা লৈবাকসি মাঙখ্রগনি।

শক অমসুং হুনশিং, সভ্যতা মশক খঙদবা, য়ুমলিংদবা জাতিশিংগী লাম্মী মপৈ মপৈনা লৈবাকসিদা লুঠ-পাৎ তৌদুনা মাঙহন-তাকহল্লক্লবদি ভিক্ষুগী ফিজেৎ শেত্তুনা লৈরবা লৈবাক অসিনা জপমালাগী মহুত্তা থাংশাংনা মহুৎ শিনবা তাবনি। অহিংসাগী ৱাশকপু সিন্ধু তুরেন ৱাংমদা তাম্থোকখিগদবনি অমসুং অকনবা মরা চেৎপা রাজ্য অমা লিংবা তাবনি, মতমদুদা ঐখোয়গী জাতিনা খঙলক্কনি, অনৌবা লিংখৎলকপা ন্যাশন ষ্টেট কয়া য়াম্না শক্তি শালি ওইবগে হায়বদু।

পূম্নমক্কী মথক্তা ঐখোযগী য়েক্লবদুগা ঐখোয়গা মরম খুদিংদা ইমান মান্নরবদি ঐখোয়না মখোযগা মায়োক্লবগী শক্তি অদু শোনগনি হায়বসি মশানা তাবনি। য়েক্লবশিং অদু ঐখোয়গা করিমতা মান্নবা লৈতবা ওইরবদি মখোয়বু থিংবদা লায়না থোক্কনি। মরুপ অমা, ঐখোয়না লেমই, ফজে হায়না ফনা অমসুং ব্রাংনা থাঙ্গৎপা য়াবা গুণ পূম্নমক মঙোন্দা লৈরবা মহাক অদু ঐখোযগী থাজবা য়াবা মরুপ অমনি হায়না লৌবা য়াই। ভারতপু পৃথিবী পূম্নমক অমত্তনি, অহিংসানা অথোইবা ধর্ম্মনি হায়ব ব্রাখন্দা পঙথহন্দুনা, পাপ, মীহাৎ মীপুন অমসুং মীবৈপাক্লা লান্দাবক্লবা ফাওবদা মাইয়োং যাদুনা শীঙনবা ঙম্বগী পাঙ্গল শক্তি মাঙহনখ্রবনি। অবানবা তৌবগী মাযোক্তা লেপ্পা, অরোই অথম লৈতনা শীঙনবা ঙমজনবা প্রার্থনা তৌঙ্গনবা শক্তি ফাওবা লৈত্রবনি। পূম্নমক অসি থবক্তা ওম্থোক্কে হায়ববদি অপূনবা লাইশোন-তিনশোন, মপান্থোংগী মান্নবা মতৌ, অপুনবা লাইশঙ পূম্নমক্কী মবী ককথৎনগদবনি। অসুম্না তৌববদি ধর্ম্ম তিন্নবা ঐখোযগী যেক্লবশিং, ভাবতপু খুদুম চন্নিংবশিং লাকশিনবা ঙমগনি। শাবমচৎকী ব্রাখল চেনবা, মশাগী অপাম মিচৌবনা দেশপু ঙাকপী শেনবীদনা থাদোক্লম্ম মখোয অদুগীদমক্তা বিশ্বধর্ম্মনা কবি কান্নবা ফংগনি। ভাবতকী অমত্তা ঙাইববা তুংগী মশা ঙাকথোকচনবা পান্বেদি থৌনা ফবা জাতিয়বাদী ওইদুনা মথন্তু ভাব তাজবকপদগী থোরকপা শক্তিনা ওইগনি।

## অদুদগী অয়েৎপা অমা লাক্লে

বুডিজমগী পৃথিবী পুম্বা অমত্তা ওইবগী মায়োক্তা অযেৎপা অমা কন্না হৌগৎলক্লমই। মসি ভাবত্তা বুডিষ্টশিংনা মখোযগী বাজনীতিগী মপাঙ্গল অমুক নৌহৌনা কনখৎনবা হোৎনবকপদগী থোবকপা বিয্যাকশন অমনি। জাতিযবাদীশিংনা মখোযগী জাতিগী নীংখা-তম্বা যোম্থোক্লুনা মীবৈপাক্কী লোইলম শাসন তৌবা পাম্লমদে। অদুনা লান্দাবকপা মীবৈপাকমচাশিং অদু বুডিজম চৎপা জাতি ওইরবদি অমুক্লা হেন্না খুদোং থীহল্লি। মীবৈপাকমচা বুডিষ্টশিংনা ভাবত্তা লান্দাবক্লবদি ভাবতকী বুডিষ্টশিংনা অবোনবা মওংদা লাশ দারকলিবশিংবু মীনুংশি উৎপা অমসুং মতেং পীবকপা য়াই। খুদম ওইনা

ক্যাথোলিক ধর্ম্ম চৎপা স্পেননা ইংলণ্ডদা ক্যাথোলিক শাগৈনা নিংথৌ ওইনবা হোৎনরকপদা ইংলণ্ডগী ক্যাথোলিক চৎপা মীয়াম্না শৌগৎলকপা অদুগুম্বনি। মসি ধর্ম্ম তিন্নবদগী থোরকপা লীচিংনি। মপাল লৈবাক্কী বুডিষ্টশিংবু মতেং পাংখিবগী থৌদোক কয়া লৈখি। অসিগুম্বা থৌদোক্কা মরী লৈনবা মতমদুগী ইতিহাসদু মতাংসিদদি মপুঙফানা নৈনবা ঙম্লরোই, অদুবু পুরান্দা য়াওবা অশেংবা থৌদোক অমা ঐখোয়না নিংশিংবা য়াই। আর্য্যদেশতা ন্যানপতি কৌবা হুনশিংগী নিংথৌ অমনা মহাক্কী বুডিষ্ট অ্যালাইশিংগা লোয়নননা ভারত্তা লান্দারকখি। মরী ওইনা তৌবা থৌদোক অদুনা তাকপা মতুং ইন্না অচৌবা লানফম অমা 'হাহা' কৌবা তুরেল অমগী তোর্ব্বান্দা লাম্থেংনখি বুডিষ্ট লাম্মীশিংনা চিনাদা লালগী শেমশাবা মফম ওইবমই অমসুং মতমদুগী বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা লৈবাকশিংনা লানফম অদুদা মখোয়গী লাম্মীশিং থাবকখি। "শ্যামদেশতগী লাম্মী লিশিং কয়ামরুম, জাপদেশ অমসুং চিনাদগী লাম্মী মিলিয়ন কয়া লালগী থৌবাং তৌবা উখি।"

অকনবা লানফম থেংনববা মতুংদা বুডিষ্টশিং মায়থীবা নংখি অমসুং শাথিনা অৱাবা ফংখি। বুডিষ্টশিং অদু মরন্নাই ওইনা ভাবতপু কিগদবা মবম অমত্তা লৈবমদে, মবমদি ভাবত মতম অদুদগী হৌদুনা মশাগী ধর্ম্মতবু কনখৎপা, ধর্ম্মদা মিচং মীখায নাইবা লৈবাক অমা ওইরমদে। তৌইগুম্বসুং বুডিষ্টশিং অদু ভাবতকী জাতিগী পুক্সিদা খুদোংথীবা থোকহনগদবা, নীঙতম্বা মাঙহনগদবা থবক পূম্নমক থাদোক্কদবনি হায়না ভারত্তা অমুক হন্না চঙলক্করোই হায়না থাজবা পীখি।

সর্ব্বৈশ্চ বৌদ্ধবৃন্দৈশ্চ তত্রৈব শপথে কৃতভ
অর্থেদেশ ন যাস্যাম কদাচিদাষ্দ্রহেনপে

(বৃডিষ্ট পূম্নমক্না মতমদুদা মফমদুমক্তদা ৱাশকখি, মদুদি -মখোয় আর্য্যদেশতা লৈবাক, লম পাম্বগী মিহৌবগা লোযনননা অমুক লাক্করোই)

(ভবিষ্য পূরাণ, প্রতিসর্গপর্ব)

## ন্যাশন্যালিটি লিংখৎপদা মতেং ওইবা প্রতিষ্টানশিং

মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী জাতিবু নৌনা শেমগৎপদা তোপ-তোপ্পা লক্ষ্য ওইরিবা প্রতিষ্টান খন্দোক্কুনা হিংগৎহল্লে। অদুনা বৃডিষ্টশিংগী শাসন ফাওবনা মুথৎপা ঙমলমদ্রবা বর্ণ মরিগী কাংলুপ মখায় অদু য়াম্না পাম্বনা হৌগৎলক্লমই।বর্ণ খায়বগী অপাম্বদু অসুপকী মতিক কন্না হৌরক্লমই মদুদি মদুমকনা ঐখোয়না ন্যাশন্যালিটি অদু শক্তাকপা ঙমহল্লমই। মসিনা ঐখোয়না মীরৈপাক্কী মীশিংগগী মরক্তা লৈই অমা চিংনবা হোৎনরকপদু নাখৈ শেংনা উবা ঙমখ্রে।

"চাতুর্বর্ণ্যোবস্থানং যস্মিন্দেশে ন বিদ্যত।
তং ম্লেচ্ছদেশং জানীয়াদায়বির্ত্তস্তত: পবম॥"

মসিদগী মশানা তাজবা খোংফম অমা লাক্লে, মদুদি -ঐখোয়গী মীশিংনা থব্রাইনা পামদবা, শাথিনা য়েক্লবিবা লৈবাকশিং অদুগী সমুদ্র তোর্ব্বান্দা চৎপা য়ৌরুবা পুমথিং থিংলে। লৈবাকশিং অদু ঐখোয়গী মীশিংবু কনবিগনি হায়বগী থাজবা চপ চানা লৈতবা, ঐখোয়গী 'থাজবা' অদুবুসু মখোয়না থব্রাই য়াওনা শৌগৎপিরোইদৌবা অদুগুম্বা লৈবাকশিংদুনি। খুমুক হল্লকপা অদু রাজনীতিগী মিংয়েংলোমদা য়েংবদা লাইনসু খঙবা ওই, মরমদি হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না মরৈপাক নীঙবা ব্রাখল লৈবশিংগা উন্নদুনা অতোপ্পা লৈবাকতা চৎকদবা মীশিংদু থিংননবা আইন শেম্বসু লৈত্রি, অদুনা লৈবাকশিং অদুদা চৎলুরবদি জাতিগী ওইনা থবক ঙমহন্দবা, মিংচৎ থীহনবা, মীখা পোলহনবা তাগনি।

ভারত্তা বুডিজম লৈখা তাখিবসি বাজনীতি অমসুং ন্যাশনাল নেসেসিটিনা মরমসু ফলসু অনিমক ওইখি। বুডিজমগী ভৌগোলিক ওইবা মরু ওইবা মফম অমত্তা লৈরমদে অদুনা ভারতসি বুডিজমগী শকতাকফম ওইবা মফম অমা ওইরমদে। লৈবাকসিগী ঙমখৈগী ফিবম য়েংলগা খা-থংবা শরুক অসি মহৌশাগী ওইবা লানঙাকফম ফবা ঙমখৈ হান্না য়ৌদুনা লৈখ্রে, নাখৈ শেলে। ঐখোয়গী খা-থংবা উপদ্বীপ অসি অরুবা মপান মখৈ নাইদ্রবা সমুদ্রনা কোইশিন্দুনা লৈরে। লৈবাকসিগী অব্রাং-নোংপোক থংবা মায়কৈ অসিদা জাতি কয়ামরুমনা পুন্না লৈমিন্নরি, হৌনলোনচং য়াওদবা ঙাক্তনি,

ঙমখৈসু তোইনা পংহোং হোংনবদগী য়েখায় থিংগাই লৈতবা হায়বদু ওইদে। অদুনা মতমদুগী ঐখোয়গী মরৈপাক নীঙবশিংনা ময়েকলাবা কান্ননিঙাই ওইবা ঙমখৈগী লাইন অমা লৈবগী দরকার লৈবদু কন্না ফাওরমই। মদুগী অরাং-নোংচুপকী ঙমখৈগী পরিং অদু মশা খীংলবা শক্তি লৈরবা তুরেলশিংগী মরক্তগী অথোইবা তুরেল ওইরবা সিন্ধুনদী নত্তনা অতে করিনা ওইবা য়াবগে। ঐখোয়গী জাতি অসিগী ইপা ইপুশিংদুনা সিন্ধু লাম্থোরক্তুনা মখোয়না হান্না লৈরম্বা লমদম অমসুং হান্নগী জাতি থাদোরক্লে। মখোয়না লমদম অসিদা অনৌবা জাতি অমগী অহানবা য়ুম্ফম থোনখি। অচিকপা থবানমিচাক্কী মখাদা অনৌবা আশা, অনৌবা থৌদাং অমগী মরাইবক লেপখি, জাতি অমা ওইনা হৌগৎলক্তুনা পাকথোক চাউথোরকপনা অনৌবা শাসনতন্ত্র অমা লিংখৎতুনা, চপ চানা, পুক্নিংদা অথুকপগা লোয়নননা সিন্ধু নত্রগা হিন্দু হায়না বর্ণনা তৌরমই।

## বেদদা অমুক হল্লসি

সিন্ধু নদীনা ঐখোযগী অরাং নোংচুপকী ঙমখৈ ওইবা অসি অনৌবা থোইদোকপা অমা নত্তে। তশেংবমত্তিং জাতি অসি নৌহৌনা অমুক হৌগৎলকপসিদা অচৌবা 'রারক্রাই' অমগা লোয়নননা মশানা তাজরকপা ফলনি। 'বেক টু ডি বেদ' হায়বা লাল্লাউ লাউরদুনা বৈদিক ষ্টেট অমা বৈদিক লাইশঙশিংনা শৌগৎপা বৈদিকতা য়ুম্ফম ওইবা রাষ্ট্র অমা শেমগৎলকপনি। ওইথোকপা য়াবা খুদিংদা বৈদিক ওইবা লম্বীদা রাষ্ট্রদু শকতাকনফম ওইনবা হোৎনরমই। ইতিহাসকী খোঙচৎ ওইথোকপা থৌদোকশিংদু হান্না উবা ঙমহৌদনা থাঙ্গেশেংনা থোকখ্রে। মরৈপাক্কীদমক্তা লেপ্লা পুরান অমদা মতিক মগুণ লৈরবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মশুনুপা শালিবাহননা মীরৈপাক মচাশিংনা অনিরক শুবা ওইনা লৈবাকসিদা ফুজিল্লকপদা সিন্ধু তুরেনগী রাংমা লান্না তাস্থোকখিবগী রারী য়াওরি। নিংথৌ অদুনা সিন্ধু তুরেল অসি মতুংদদি ভারতকা অতে ভারত নত্তবা জাতিশিংগগী মরক্তা খায়দোক্লবা ঙমখৈ ওইগদবনি হায়ন য়াথং লাউথোক্লমই।

১। এতস্মিন্নন্তরে তত্র শালিবাহন ভুপতিঃ।
বিক্রমাদিত্য পৌত্রশ্চ পিতৃরাজ্য পঅপেদিরে।।

২। জিত্বা শকান দুরাধর্পণ চীনতৈত্তিরিদেশজোন।
বালিহকান্ কামরুপাংশ্চ রোমজান সুরজাণ শঠান।

৩। তেপাং কোশান্ গহীত্বা চ দংডয়োগ্যানকারয়ত।
স্থাপিতা তেন মর্য়াদা ম্লেচ্ছার্য়ানাং পৃথক পৃথক।।

৪। সিন্ধুস্থানমিটি জ্ঞেয়ং রাষ্ট্রমার্য়সা চৌত্তসম।
ম্লেচ্ছস্থান পরং সিধোঃ কৃতং তেন মহাত্মনা।।

১। মতুংদা বিক্রমাদিত্যগী মশু শালিবাহননা মহাক্কী মপুবোক্কী সিংহাসন কায়।

২। লাকঙম ফাঙমদ্রবা শাক, চিনা টীরটার, বালহিকাস কামরুপ, রোমান, খোবাজা শাথাশিংবু খুদুম চনখি।

৩। মখোয়গী মরল মথুর্মশিং ফাজিল্লগা মরাল লৈবশিংবু দন্দি তৌদুনা মহাক্কা আর্য্য অমসুং ম্লেছশিংগী মবক্কী ঙমখৈ য়াংথোক্লমই।

৪। আর্য্যশিংগী খ্বাইদগী ফর্বনি হায়না খঙনরিবা লৈবাক্কু সিন্ধুস্থান কৌই, ম্লেছগী লৈবাক্কা সিন্ধু তুরেনগী রাংমদা ওইরমই। ঙমখৈ খায়বা অদু অচৌবা নিংথৌ অদুনা তৌরমই।

ভবিষ্য পুরাণ, প্রতিসার্গ-পর্ব

## সিন্ধুস্থান

ঐখোয়গী লৈবাকসিগী খ্বায়দগী লিরবা, বেকোর্ডতা ফংবা মমিংদি সপ্তসিন্ধু নত্রগা সিন্ধু হায়বসিনি। ভারতবর্ষ হায়বা মমিং অসি ফাওবা মী অমগী মমিংদগী লৌরকপা ওইবনা মতুংদা থোক্লকপা মমিংনি। মী অমগী মঙাল মশা হায়বসিমক্তবু ফন য়াম্না চীংলেম্লম্লবসু মাগী শুমহৎযাইগী মগুণ অদু মতমগী মতুং ইন্না মাঙখি। মীওই অমগী মতিক মঙাল অমসুং পুক্নিদা

মায় পাক্লা পাংথোকখিবা থবক কয়ানা মিং অদুবু ব্রাংনা শকতাক্লবসু, মদুগী চাউথোকচবা অমসুং তৌবিমল উৎপনচিংবগী ব্রাখন্দা তুংলম্ব অদু মতম কুইনা লেংদবা অমসুং মপুঙ ফাবা মিংগী হৌরকফম ওইরক্কে। সম্রাট ভারত মতম পুম্নমক্কী ওইনা চংখদুনা লৈহৌরি, সিন্ধুনা মতম পুম্নমক্তা পুক্লিং থৌগত্তুনা, ঐখোয়গী তৌবিমল খঙবা ব্রাখলবু লৈহাও চেলহন্দুনা, ঐখোয়গী জাতিগী থাইনগী নিংশিংনফম ওইবদু নৌহন্দুনা-ঐখোয়গী ভাগ্যবিধাতা ওইনা মতম খুদিং ঙাকশেনবিবি। মসি জাতি অসিগী থাইনগী থাপখ্রবগী থাপখ্রবা তুংগী লাক্কদবা কয়াগী অনিগী শম্লবা য়াংলেন শক ওইবিরি। ঐখোয়গী জাতিবু মশকতাকলিবা লোয়নরিবা অসিগুম্বা তুরেল অসিনা প্রকৃতিনা ঐখোয়বু ঙাকপিবা য়াওহল্লি, জাতিগী পৃক্সিবু য়ুম্ফম অমদা থম্বীরমই। মীওইবা জাতিগী হিসাব-কিতাব কয়াগা মরী লৈননা তুরেল অসি লোইবা নাইদবা মতমগী খোংলৈগা শাগোম্নরগদবনি। খন্নরিবা পূম্নমক অসিনা ব্রাখলগী অমসুং থবক্কী লুচিংবশিংনা মঙলানগী মৈরা চুখৎপীদুনা লৈগনি অমসুং থাইনগী লৈবাকসিগী বৈদিক্কী মমিং সিন্ধুস্থান, খ্বাইদগী ফবা আর্যশিংগী লৈবাক অসি য়োকখত্তুনা থমগনি।

'সিন্ধুস্থান' হায়বা মমিং অসি বৈদিক মমিং অমা ওইবতা নত্তনা অঙকপা তাংনা ফংবা খুদোংচাবা অমসুং ওই, মসি লাইবক ফবা অমা কৌবসু য়াই, য়াম্না মরম চাবা ওইবনা থৌশাদনা ইস্থোকপসু য়াদে। 'সিন্ধু' হায়বা মমিং অসি সিন্ধুনদীবুতা খঙনবা নত্তনা খা-থংবা উপদ্বীপ অসিবু কোইশিল্লিবা সমুদ্রশিং অসিবুসু খঙনৈ, মরম অদুনা সিন্ধু হায়বা ব্রাহৈ অসিমতনা ঐখোয়গী ঙমখৈ লম পূম্নমপুসু কোনশিল্লি। ব্রহ্মপুত্র তুরেল অসি সিন্ধুগী মশা অমনি হায়বা হান্না থাজনরকপা ব্রাফম অসিবু ঐখোয়না লৌদ্রবসু তুরেল অনি অসিনা হিমালয়গী নোংচুপ অমসুং নোংপোক মায়কৈদা চেম্থদুনা নোংপোক নোংচুপ অনিমক্কী ঙমখৈ পূঙকোয় কোয়শিল্লি। অদুনা সিন্ধুস্থান হায়ব মমিং অসিনা অপূনবা ইমা লৈবাকসিগী মূর্ত্তি অমা ঐখোয়গী ব্রাখন্দা তাহল্লি, সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা সিন্ধুদগী সমুদ্র ফাওবগী মনুংদা তারিবা ঐখোয়গী লৈবাকনি।

## আর্য্য কনানো

সিন্ধু হায়বা মমিং অসিনা ঐখোয়গী ইরৈপাকনীঙবশিংদা- ভৌগোলিক ওইনা খ্বাইদগী চানবনি হায়বা খন্ননবা হায়বতা নত্তে; মরমদি ৱাহৈ অসিনা ফোংদোকলিবা ৱাখল্লোন অসিনা ভৌগোলিক ওইবগী ৱাফমতা নত্তনা ন্যাশনাল ওইবা অম্না কনশিন্না ফোংদোকলি। সিন্ধুস্থান অসি চুম্নগী লম মচেৎ অমাওইবতা নত্তে, মসি 'রাষ্ট্র' অমনি, অশেংবমক নত্তবসু ৱাখন্দা লৈবা 'রাজ্ঞ: রাষ্ট্রম' অমনি। সিন্ধুস্থানদা হৌগৎলক্লিবা কলচর অদুগা মদুগী নাগরিকশিং অদু সিন্ধুনি, বৈদীককী মতমদগী লৈরকলবনি। সিন্ধুস্থান আর্য্যশিংগী খ্বাইদগী ফবা, ম্লেচ্ছ-স্থানদগী খেন্নবা জাতিনি। ম্লেচ্ছস্থানদি মীবৈপাকমচাশিংগী লৈবাকনি। অদুম ওইনমক সংজ্ঞা অসি ধর্ম্ম তত্ত্বগী নত্রগা ধর্ম্মদা য়াম্না হকচিনবা মওংদা যুম্ফম ওইরমদে। "আর্য" হায়বা ৱাহৈসিনা খঙনরম্লিবা অর্থদি মচেৎ মচেৎ ওইবা শককশিং পুনশিন্দুনা মপুঙ ফাবাঅমত্তাওইবা রাষ্ট্র অমসুং জাতি অমা সিন্ধু তুরেনগী ৱাংমা সোমদা হৌগৎলকপনি, বৈদিক, অবৈদিক, ব্রাহ্মণ নত্রগা চণ্ডাল ওইববসু অপুনবা সংস্কৃতি; অপুনবা ঈ মবী, অপুনবা লৈবাক, অপুনবা শাসনতন্ত্র অমগী মখাদা হিংলকপা অমসুং মপা মমাদগী লৌরকপা পুম্নমক তিন্নবকই। অমরোমদা ম্লেচ্ছশিংসু তশেংনা সিন্ধুস্থানগী মায়োক্তা রাষ্ট্রগী ওইনা অমদি জাতিগী ওইনা লেপচরবসু ধর্ম্মগী ওইনদি করিসু যেৎনবা লৈবমদে।

## হিন্দু অমসুং হিন্দুস্থান

নিংথৌ যাথং, সিন্ধুস্থানদা অতৈ নিংথৌ যাথং ঙম্না চৎনরমই, অকনবা মীয়াম্না পাম্নবা ইচম চম্না লৈঙাকলোনগী থবক পাংথোক্লবা যাথং ওইনা তৌই। 'অটক' পু থাঙ্গৈশেংনা ভারতকী লমগী অরোইবা ঙমখৈ ওইনা লৌনবা চৎনবীদু অদুম ইল্লমই। 'অটক' হায়বা ৱাহৈ অসি লৈরমদ্রবা অমসুং মমিং অসিবু ঙাক্ল চৎনবমদ্রবা, মসিনা জাতিগী ৱাখন্দা ঈথিল পীরমদ্রবদি মসি অর্থ চেনবা মমিং অমা ওইরমলোইদবনি। অসিগুম্বা চেৎনা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা, নিংথৌরেলশিংনা লৌমী-শিম্মীশিংনা মীওই মিলিয়ন কয়ানা

ঙাকনা চৎথ্রবা কষ্টম অসিনা অসিগুম্বা রোয়াল ইডিক' অসি কন্না শৌজৎলমই হায়বগী অফবা প্রমান ওই। ঐখোয়গী ঙমখে শেংনা খণ্ডননবা তাক্লমলিবা, থাইনগী সিন্ধু অমসুং মদুগা লোন্নরিবা অতৈ লম অমসুং জাতিশিং ফজনা তাক্লম্বা অসিনা লৈবাক অসিগী বৈদিক মমিং ওইরিবা সিন্ধুস্থানগী অশেংবা মশক খণ্ডহল্লে। চহী চা কয়া হৌখিগনি, নীংশিংনিঙাই ওইবা থৌদোক কয়া থোবক্কনি মদুনা দেশকী মওং লেপ্লক্কনি, সিন্ধু অমসুং সিন্ধুস্থানগী ভাগ্য বিধাতা শেমলক্কনি। হৌজিক মতমদা ঐখোয়না ফংলি মদুদি আর্য্যাবর্ত নত্রগা ভারতবর্ষ হায়বা মমিংশিং অসিনা চপ চানা করিবু তাকলিবগে হায়বা অয়াম্বা মীশিংনা খণ্ড্রি তৌইগুম্বসুং হিন্দু অমসুং হিন্দুস্থান হায়বা মমিংশিং অসিদি লৈবাকসিগী ইচম চম্বা মীশিংনা ফাওবা মখোয়গী ওইনা শকখণ্ডই।

## হিন্দুশিং পুন্নমক অমত্তনি অমসুং জাতিসু অমত্তনি

ঐখোয়না মমাঙদা সংস্কৃত রেকোর্ডতা যুস্ফম ওইদুনা সিন্ধু হায়বা ব্রাহে অসিগী হৌরকফম থিদুনা লাকপনি, ভারত জাতি অমা ওইরকপগী হৌগৎলকপা ব্রাখল্লোনগী মতাং অমা য়ৌরকপদা সিন্ধুস্থান হায়বা ব্রাহে অসিনা ভারত জাতি অমা ওইবগী খ্বাইদগী ফবা মফোংদোক অমা ওইনা ফংলবে। সিন্ধুস্থান হায়বা ব্রাহে অসি ভারত জাতি অমা ওইরকপদা অতৈ ব্রাহে পুন্নমক্কগী খ্বাইদগী ফবা চানবা ব্রাহে ওইবকপনি। মসিনা অখুবা ব্রাখল অমসুং লমদম অমগীতা ওইবা জাতিগী মমিং অমা ওইবদগী ঙাকথোকই। আর্য্যশিংনা খুন্দাবা বর্ণ মরিগী চৎনবী ঙাকপা অসি য়াম্না তুং কোইবা যাবক্তে। লিংদুনা লৈরবা আইন অমসুং রুহি অমা লৈবসি সমাজগীদমক্তনি, সমাজ অমসুং ফিদমনফম ওইবা চৎনবী লিংদুনা লৈরবা আইননা রুহী ওইবা য়াবোই। বর্ণ মরিগী পথাপ অদু মতম লোইরগা মাঙখিবা য়াই নত্রগা চৎনরকতবা য়াই অদুনা ঐখোয়গী লৈবাক অসি বর্ণ চৎনদবা লৈবাক ম্লেচ্ছদেশ ওইরকপা য়ারোই। মরমদি সন্যাসী, আর্য্যসমাজী, সিখনচিং অতৈ কাংলুপ কয়ানা বর্ণ মরিগী পথাপ অসি ইন্দে, চৎনদে অদুবু মখোয়শিং অসিবু ম্লেচ্ছ কৌবা য়াগদ্রা? মখোয়শিং অসি ঐখোয়গী ঈ অমত্তনি, জাতি অমত্রি, লৈবাক অমত্তগী মচানি, লাইনিং

লাইশোল তিন্নৈ। মসিগী মমিংবু ঐখোয়না ভারত কৌরমই, মীশিং অসিনা ভারতীনি। ঐখোয় হিন্দুনি, পূম্নমক অমত্তনি, মরু ওইনা অপুনবা ঈ মরী অমসুং ভারতী সন্ততি ওইবা জাতি অমনি।

অঙম্বগী য়াথং অমনা বর্ণগী মরমদা অসুম্না লাউথোক্লমই-

চাতুর্বর্ণ্যব্যবস্থানং যস্মিন্দেশে, ন বিদ্যতে।
তং ম্লেচ্ছদেশং জানীয়াদা র্যাবর্ত্তস্তত: পরম।।

(বর্ণ মরিগী চৎনবী লৈতবা লৈবাক অদু ম্লেচ্চগী লৈবাকনি হায়না খঙনগদবনি। আর্য্যবর্তদি মদুগী মপান্দনি)

## হিন্দুস্তানী লোল

ঐখোয়গী ইতিহাসকী মতম অমদা, বুডিজম হৌগৎলকপা অমসুং লৈখা তাখিবা মতম অদুব্রাইদা ভারতকী মমালোলশিং হৌগৎলকপা অমসুং শন্দোরকপগী ঈহৌ অমা লোয়নরকখি। সংস্কৃত অরিবা লোন অমা ওইবগী চৎনবীগী মখাদা ফাওদোকপা য়াদবা লানবল অমগুম চেৎনা লোন্দুনা থমখিবা মতমনি। অসুপকী মতিক চেৎনা থমখ্রে মদুদি অনৌবা ভাব, অনৌবা মমিং পূম্নমক য়ানরবা লাইরিকশিংদা হাপচিন্দুনা শিজিন্নর্দ্রিবঙৈ মমাঙদা পুম্নমক সংস্কৃততা ওম্হোকখিরমই। অদুনা মশানা লেপ্পা লৈতনা নুমিৎ খুদিংগী ওইবগী পুক্নি, মতমগী মতুং ইন্না লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা জাতিগী অমদি সমাজ থবক থানা পূম্নমক, অসুম অসুম মীয়াম্না শিজিন্নবা প্রাকৃত লোনদা শিজিন্নরকই। প্রকৃত লোল, হিংবগী, থম্মোইগী ঈথিল ফোংদোকপগী তরু তকবা লিংজেল থৌনা, সাধারণ মীশিংগী ব্রাখল ফোংদোকপগী চপ চাবা লোল অমা ওইরকলমই। মতুংদা সিন্ধু অমসুং সিন্ধুস্তান হায়ব ব্রাহৈসি সংস্কৃতকী লাইরিকশিংদা মরক মরক্তা থেংনরবসু, সংস্কৃত অইবশিংনা সাধারণ ওইনা ভারত হায়বা ব্রাহৈ অসি পাম্লনা শিজিন্নবা থেংনৈ। অমরোমদা মমাবোলশিংনা লেংদবা ওইনা মীয়াম্না পাম্লনা চৎনরিবা প্রাকৃত লোননা হিন্দুস্তান (সিন্ধুস্তান) হায়বা মমিং অসিনা নম্না শিজিন্নরকখি। মমাঙগী অরিবা মমিং ভারত নত্রগা আর্য্যবর্ত হায়বা নুংশিনা কৌনরম্বা

মমিংশিং অসুম অসুম থাদোক্লরকখি। মতৌ অসুম্মা ঐখোয়না মতমদুদা চৎনরম্বা মমারোলশিংগী ভারতকী সাহিত্যশিংদা হিন্দুস্তান অমসুং হিন্দু হায়বা মমিংশিংসিতা ওইনা শিজিন্নরকপা থেংনখি। সংস্কৃত লোল য়াম্না পান্নবা জাতিগী অশেংবা লন ওইদুনা শক্তি লৈনা জাতিবু অমত্তা ওইনা পুনশিনবা, পুক্নিবু মহৈ যালহনবা, পুকচেল চাউহন্নবা ঈথিল অদু প্রাকৃত লোলশিংনা মহুৎ শিল্লকখি, লোয়ননা জাতিগী অমসুং সংস্কৃতিগী থাইনগী সভ্যতা অদু পুথবকনবা লোল অমদি অদুম ওইদুনা লাকখি। হিন্দুস্তানী লোন সিন্ধুস্তান নত্রগা হিন্দুস্তানগী ফজত্রবা লোল অমনি। হিন্দী লোলবু জাতিগী লোল অমা ওইনবা হোৎনবকপা ঙবাংতগী নত্তে অদুগা নমদুনা ওইহল্লকপসু নত্তে। ভারত বৃটিশ সাসন লাক্লিঙৈগী চহী কুমজা কয়াগী মমাঙদা ভারতকী মনুংদা ব্রাখল ফোংদোক্লবা য়াদবা মফম লৈতে। সংস্কৃতনা পণ্ডিতশিং অমসুং নিংথৌশিং অমসুং অঙম অথৌশিংগী লোল ওইবগা হিন্দুস্তানী লোলনা বাজারদা লল্লোন ইতিক অমসুং মীয়ামগী রাজভাষা ওইনা শিজিন্নবদা থাজনঙাই ওইবা, শোযদবা লোল ওইবমই। নানক, চৈতন্য অমসুং রামদাস লৈবাক শীন-থুংনা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লোল অসিদনা মশাগী বাজ্যদা ভৌবদৌনা মনিং তম্মা ভক্তী-তাকপীরমই অমসুং ধর্ম্মগী পাউজেল পীবমই। ঐখোযগী অশেংবা জাতিগী লোলসি চাওখৎপা অসুম হেনগৎলকপগা লোয়ননা লৈবাক অসিগী থাইনগী মমিংশিং সিন্ধুস্তান নত্রগা সিন্ধু নত্রগা হিন্দুস্থান নত্রগা হিন্দু হাযবা মমিংশিং অসি নৌনা হৌগৎলকপা অমসুং মীযাম্মা শিজন্নবকপা হেঙ্গৎলকখি। লোল হায়বসি জাতিগী অপূনবা লন ওইবনা হিন্দুস্তানী নত্রগা হিন্দী লৈবাক অসিগী মশাগী লোল ওইরকই।

হুন অমসুং শকনচিংবা জাতি কয়া লৈবাকসিদগী তাম্থোকত্রবা মতুংদা মশাগী থৌনাফবতনা সিন্ধুস্তান্দা কনা অমত্তনা অয়েৎপা পীদনা চহী কুমজা কয়া নিংতম্মা পাল্লম্বা লৈবাক অসি অমুক হন্না শান্তি অমসুং মবাং কায়বা লৈবাক ওইরমই। নীংতম্বগী যাইফবা, নিংথৌ অমসুং প্রজাশিং চপ মান্নবা শকক ফংলমই। মবৈপাক নীংবা অইবশিংনা ইতিহাসকী অসিগুম্বা তাংকক আসিগী নুংঙাইবদু ফোংদোক্কুনা হেননা শাংলবা ইতিহাসকী তাংকক অমা অসুম্মা লেপলমই।

"খুঙ্গং খুদিং লাইশঙ লৈরমই, প্রান্ত খুদিংদা লাইশোন তিনশোন অমসুং যজ্ঞনচিংবা তৌনরমই, ইমুং খুদিং অৱাং-অপা লৈরমদে অমসুং মীশিংদু ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্না ঙাক্তা ওইরমই।

শ্রীলঙ্কাদগী কাশ্মীর ফাওবগী পাকচাউখ্রবা লমদম রাজপুত ইমুং অমত্তনা সাসন তৌরমই, চারৌ মৌরৌনবা সংস্কৃতি অমসুং অপূনবা চৎনপথাপশিংনা মখোয়শিংদু চেৎন পূনশিল্লমই। জাতিগী অপুনবগী পুক্নি অদু মত তিন্নদুনা স্বর্গগুম্না মরাং কায়রমই। জাতিগী ওইবা অপুনবা লোল অমা মপান্দা থোরকখিবা অসি, জাতিগী মনুংমক্তদা অপুনবা ৱাখল লৈবদগীনি।

## অপঙবা ৱাখলশিং চৎখ্রসনু

অসুম্না হিন্দু অমসুং হিন্দুস্থান হায়বা ৱাহৈশিংগী পন্দুপ নাইনা চৎথরক্লিবা ইতিহাস খোঙ্গুল লীগে হায়না হোৎনরকপসি য়াম্না ঙল্লিঙৈ বৈদিক যুগতগী হৌরগা, ইং ১৮১৮ দা ইকোন কোনবা হিন্দু সম্রাজ লৈখা তাখিবা মতম ফাওবগী তাঙ্কক অসি ফাওবনি। হৌজিক ঐখোয় হিন্দুত্বগী থাদোকপা য়াদ্রবা মরুশিং মুন্না খঙনবা হোৎনবনা মক ওইবা থবক ওইরক্লে। ঐখোয়না থিগৎলকপগী ফল ওইনা ঐখোয়না থেংনগদবসি ঐখোযগী ভাবতারবা মীশিংগী ৱাখন্দা হিন্দু অমসুং হিন্দুস্থান হায়বা ৱাহৈশিংসিগী হৌরকফমসি মুসলিমশিংনা য়েংথিবা ৱাখলগা লোয়ননা হিন্দুশিংদা কৌথিবা ৱাহৈদগী থোরকপনি হায়না চিংনবা লৈরিবসি কোকহনবনা ওইগনি। মমাঙগী তাঙ্ককতা ৱাহৈ অনি অসিগী হৌরকফমগী ইতিহাস নৈনখ্রে, অদুনা মসিগী চিংনবা অসি মতা অমগী ওইবা অপঙবগী মতৌনি, মসি পনবতদা অরানবা হায়বদু ওইরবনি। মহম্মদ পোক্ত্রিঙৈ, য়াম্না কুইববগী মমাঙদা, অরাবিয়ানশিং জাতি অমা ওইনা মমিংফাওবা তাদ্রিঙৈগী মতমদা, ঐখোয়গী থাইনগী লিরবা জাতি অসি ঐখোয় ইশামক্রুসু খঙজরকই অদুগা মীবৈবাক্কী জাতিশিংনসু খঙনরকই। ৱাহৈশিং অসি অরবিয়ানশিংনা পুথোকপা ঙম্বা পোৎ নত্তে, মখোয়দি মতমদুদা সিন্ধু তুরেল ফাওবা খঙলমগদবা নত্তে। মখোয়না সুপ্নগী থাইনগী ইরানিয়ান, জিউ অমসুং অতৈ অতোপ্পা জাতিশিংগী খুত্থাংদা খঙলমগদবা মঙাই। ইতিহাসনা শাথিনা লাল্লে হায়রফাওবদা ঐখোয়গী

য়েক্লবশিংনা ঐখোয়দা উশিত্তবা মিংগৌ অদু ঐখোয়গী থৌনা ফরবা জাতি অসিদা হায়বা ঙম্লমগদ্রা? থাঙ্গে শেংবনি, ঐখোয়গী মীশিংনাঅরবিক অমসুং পার্সিয়ান লোলশিং ইখঙ খঙলমলোইদবা নত্তে। মহম্মদনশিংনা ঐখোয়দা 'কাফর' হায়না কৌবগী হৈনবী লৈ অদুবু ঐখোয়গী মীশিংনা মদু তোঙান খন্দোক্লবা খুদম অমা ওইহনব্রা নত্রগা মিং অদুবু ঐখোয়না লৌরুবা লৈব্রা?

ঐখোয়গী মীশিংনা হাযদুনতা লৈবা ব্রাফম অমগা লৈ, মদুদি হিন্দু হায়বা ব্রাহৈসি সংস্কৃত লোনদা ফংদে হায়বসিনি। করিগীনো ব্রাহৈ সিমতবু হায়বিবা সংস্কৃত সাহিত্যদা, কিশন-বনাবস-মথুবা-শিখ-গুজরাট-পাটনা-সিয়া-যমুনা অমসুং অতৈ ব্রাহৈ কয়া অমা, মদু ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী শিজিন্নবিবা। তৌইগুম্বসুং ব্রাহৈশিং অদু অতৈ মরৈপাক্কী লোনশিংদদি ফংব্রা। বনাবস হায়বা ব্রাহৈ অসি সংস্কৃত লোন্দা ফংদ্রবসু মসি ঐখোযগীনি, মবমদি 'বনাবসি' হাযবসি সংস্কৃত লোন্দা ফংলিবা অদুগী প্রকৃত ব্রাহৈনি। অশেংবনি, প্রকৃত ব্রাহৈ অমবু অবিবা লোন্দা ফংবা হৌনদে। হিন্দু হাযবা ব্রাহৈসি সংস্কৃত লোনগী প্রকৃত ব্রাহৈনি, অদুনা সংস্কৃত লোন্দা ফংগনি হায়না খনবা যাদে। অদুম ওইনমক প্রকৃত লোন্দা সংস্কৃত সাহিত্যগী ব্রাহৈ থেংনবা য়াওই, খুদম ওইনা 'ভেরুতন্ত্র' দা সংস্কৃত ব্রাহৈ হিন্দু অসি শিজিন্নবা থেংনৈ। মমিং চংলবা সংস্কৃত অভিধান লেংবা মহাবাষ্ট্রগী 'অপটে' অমসুং বেঙ্গলগী তারানাথ টর্ক বচাস্পতিনসু মসি পল্লমই।

হৌজিক মতমগী মহম্মদনাইজ তৌপ্রবা পার্সিযাদা হিন্দু হাযবা ব্রাহৈ অসিগা লোযনবদা উশিং থৌওইদবা অর্থ ফোংদোকপা ব্রাহৈ খব লাকখি, তৌইগুম্বসুং মদুনা হিন্দুগী হৌবকফমগী মরু ওইবা অর্থ চেনবা তাথিবা 'ব্লেক' হায়না কৌই হাযর্বিসিদা থাজনিঙাই কবি লৈ। হিন্দ নত্রগা হিন্দু হায়বা ব্রাহৈসি পার্সিযানশিংনা য়াম্না শিজিন্নৈ, তৌইগুম্বসুং মদুনা 'ব্লেক' হাযনা অর্থ লৌনবদি তৌদে। পার্সিয়ানশিংসু হিন্দুশিংগা মান্ননা হিন্দু হাযবা ব্রাহৈ অসি 'ব্লেক' নত্রগা 'সিন্ধ' দগী হৌবকপনি হাযবসি খঙমিন্নবকই হিন্দ হাযবা ব্রাহৈ অসি 'ব্লেক' হাযনা অর্থ লৌদুনা ঐখোযবু খঙনববদি, মখোযনা 'হিন্দ' অমসুং 'হিন্দী' ব্রাহৈশিংদগী 'ব্লেক মেন' গী অর্থগা লোয়ননা শিজিন্নদে। অচুম্বদি অসিনি হিন্দু হায়বা ব্রাহৈ অসি হৌবকপগী মতমসি

মহম্মদনাইজ পার্সিয়াদগী হৌরকপা নত্তে, থাইনগী লিরবা ইরানগী লোল 'জেন্দ' (Zend) গী মতমদগীনি, মতমদুদা 'সপ্তসিন্ধু' অসি 'সপ্তসিন্ধু' হায়না ঙাত্তনা খঙনরমই। ঐখোয় কুচু মুবা কাংবুনি হায়বগী লোনগী অর্থদা শিজিন্নরমদে। মসিগী অচুম্বা মরমদি থাইনগী সপ্তসিন্ধু হায়বসি অবেস্টিক (Avestic) পিরিয়ডকী হিন্দুশিংদু ইরানিয়ানশিংগা চপ মান্ননা ঙৌবা, কুচু কুমেন ফজবা ওইরমই অদুগা ইরোল লোন্নসু লৈমিন্নরকপনি। খৃষ্ট কুমজা চঙলকপা মতুং ফন কুইরবদা পার্সিয়ানশিংনা ঐখোয়গী ফ্রোন্টিয়ার প্রোবিন্সপু 'শ্বেত্তা ভারত' নত্রগা 'হোৱাইট ইণ্ডিয়াজ' হায়না কৌনবমই। অদুনা হিন্দু হায়বসি ইচম চম্বা ৱাহৈগী অর্থ ওইনা অমুবা মী হায়না খঙনরম্লোই।

মমাঙগী শরুকশিংদা হিন্দু অমসুং হিন্দুস্থান হায়বা মমিংশিং অসি চাউথোকচনিঙাই ওইবা লৈবাক অমসুং জাতি অমা ওইরমই হায়বসি শেংনা ফোংদোকখ্রে। মতম অদু মহম্মদনশিং, নত্রগা মহম্মদন ওনখ্রবা পার্সিয়ানগী মমিংসি তাবা ফাওবা তাদ্রিবঙৈ মতমগী ৱানি। হিন্দুগী মতিক মঙাল, ফন হায়বা থীনা হায়বা, ঐখোয়না নুংশিজবা, পুন্নমক অসি ধর্ম্মদা ময়াই কাবা মকোক চাউবশিংনা পাওথোংশিনবা কান্নদবা ঙাক্তা ওই। মতম অমা লৈরমই, মতমদুদা ইংলণ্ড হায়বা মমিংসি অসুপকী মতিক হন্থনা থন্নখ্রে, মদুদি মখোয় মশেল ৱাশক্লবদা, ঐবু ইংলিসমেনদু মঙাইরে' হায়রবদি ৱাশকলিবা মী মশামক্তুনা মশাবু থীনা হুঞ্জব ৱাহৈগী খমথেংবা ওইনবমই। অদুগা নোর্মান অমবু ইংলিশমেন হায়রুরবদি ঙাকপিফম থোক্লবা ইকাইবা পীবনি হায়না লৌনরমই। তৌইগুম্বসুং অসুম্না তৌই হায়দুনা ইংলিসনা মখোয়গী লৈবাক অমসুং জাতি মমিং হোংদোকখিবা তৌখিব্রা, নত্রগা মখোয়গী লৈবাক্তু ইংলণ্ডগী মহুত্তা নোর্মাণ্ডী হায়না কৌনখিব্রা? নত্রগা মখোয়গী লৈবাক্তা নোর্মাণ্ডী হায়না মিংথোল্লগা মখোয় অচৌবা লৈবাক অমা ওইখিব্রা? ওইখিদে, মখোয়গী থাইনগী ঈ অমসুং শাগোন্নরকপা মখোয়গী লৈবাক্কী মমিং হোংখিদে, ঙসিদি ঐখোয়না উরিবসিনি 'নোর্মাণ্ডী' হায়বসি ইতিহাসকী 'ফোসিল' অমা ওইনা লৈহৌরে অদুগা নোর্মাণ্ডী পৃথিবীগী মেপতা মফম লৈত্রে। থৌওই-উশিংপিরমদবা ইংলিসনা অমসুং মখোয়গী লোলনা পৃথিবীগী অমুক্তা উখিদ্রিবা চাউখ্রবা সম্রাজ অমগী মপু ওইবা ঐখোয উখ্রে। ইংলিশ ৱার্ডদু কয়া চাউখ্রে কয়াগী মতিক মঙাল লৈখ্রে, পুন্না লৌরবদা লৈবাক অদু হিন্দু ৱার্ডগী মতিক মঙালগা লাম্বা তৌনবা য়ারিব্রা।

জাতি অমনা অৱা অনা খুদোং থীবা থেংনরিঙৈদা মখোয়গী ৱাখল্দা ৱাখলগী খল কায়বা য়াই, পার্সিয়ানশিং অমসুং অতোপ্পা জাতিশিংনা মতম অমদা হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসিবু 'থীফ' নত্ৰগা 'ব্লেক মেন' কৌনরম্বা লৈরবসু, মখোযনা নিংশিংগদবদি মতমদুদা 'মহম্মদন' হায়বসিসু হিন্দুশিংনা ফন হায়নরমদে। মহম্মদন অমবু মুসলমান নত্ৰগা মুসাল্দা হায়না কৌরবদি শা-ঙাদগী হেন্না তোম্বনা কৌরবনি। অসুম্না য়েংথিনদুনা মহৈ মহৈ মরাল শীনবা, নিন্দা তৌনবা অসি হিংনবগী লানফম থেংনরিঙৈ মতমদা হায়নখিবা তৌনখিৱা ঙাক্তেনিনা, অশাউবগী মৈরিশিংদু মুৎথ্ৰবা মতুংদা জ্ঞান তারুদবা অদু কাউথোক্লদুনা পুকচেল চাউবগী মতৌ উৎনগদবনি। অদুগা, থাইনগী জিউশিংনা হিন্দু হাযবা ৱাহৈ অসিবু পাঙ্গল থৌনা খঙনবা ৱাহৈ ওইনা শিজিন্নরম্বা অদুবুদি কাউথোক্লবোইদবনি, মরমদি মখোয়শিংদু ঐখোয়গী লৈবাক অমসুং জাতি অসিগা লোয়নরকপা গুণশিং অদুবুনি। আরবকী মহাকাব্য 'সো হব মো অলাক্ক' (So hab Mo Alakk) কৌবা লাইবিকশিংদা মবী মতানা ওৎ-নৈবনা হিন্দুগী থাংগী থাংহাই অমদগী হেন্না শাথি অমসুং খুদোংথীনিঙাই ওই হায়নৈ। থাইনগী বেবিলোনিয়ানশিংনা খ্বাইদগী নানবা অফবা ফিবু সিন্ধু হাযনা খঙনবমই মবমদি অদুগুম্বা মখলগী ফিশিংদু সপ্তসিন্ধুদগী লাকপা ঙাক্তা ওইরমই, চৎনবী অমা লৈরমই মদুনা তাক্লিবদি মখোয়সু থাইনগী সিন্ধু হাযবা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মমিং অসিগী তোপ তোপ্পা গুণশিংগী অর্থ ফোংদোকপা হৌজিক ফাওবদি তাখিবা লৈতে।

হিন্দু অমনা চিনগী লম কোয়বা যুৱান চুৱাংনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী থাইনগী মমিংসিগী হরাওনিঙাই ওইবা অঙকপা ৱাহম্বোক অমা পীবমই, মশামক চাউখৎলবা মতমদুগী যুমলোন্নবা লৈবাক চিনদেশকী মীনি। ঐখোয়গী জাতিগী মমিং 'হিন্দু' হায়বা অসি সংস্কৃত লোলগী 'ইন্দু' হায়না শকতাক্লমই। মদু অচুম্বা ওইনা লৌদুনা লৈবাক অসিবু যাম্না চুম্না 'ইন্দু' হায়না কৌবম্বনি মবমদি লৈবাকসিগী সভ্যতা অসি থাগী মতৌগুম্না নুংঙাইবা অমসুং হকচাং তেকখৎনবগী হৌরকফম ওই হায়না ব্যাখা তৌই, মীওইবগী চোকথববা অমসুং ৱারবা আত্মাবু অরেপ্পা লৈতবা নুংঙাইবগী হৌবকফম ওইহল্লি। পূম্নমকসিনা ঐখোয়দা উৎলিবসি করিনো, মীশিংগী ৱাখল্দা ঐখোয়গী মমিং অসিবু ব্যবহাব তৌনবগী ঈথিল পীবা থৌগৎনবনি,

মমিংসি হোংদোক্লবা নত্রগা য়ানদবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী খুৎশু-খুৎলাই, পান্দম, পম্বুংফম ময়েক শেংবা, থৌনা অমসুং অৱাংবা আত্মাশিং অদুবু শকখঙলকপা অমসুং মদুদা সম্মান উৎপা অদুখক্তগীনি।

হিন্দু অমসুং হিন্দুইজম হায়বা মমিং অসি য়ানদবা, কন্না য়েংথীবদগী মমিং অসি হৌরকপনি হায়বা অপঙবা ঠিওরীসি য়ারবদি ঐখোয়না ইচম চম্বা ৱাহং অমা হংবা য়াই, মদুদি ঐখোয়গী জাতি অসিবু খঙনবা অনৌবা ৱাহৈ অমা শেম্বা নত্রগা হান্নগী মমিংসি য়াদবা অসিবু ওইথোকপ্রা। হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসিনা ঐখোয়গী জাতিগী ফিৱাল ওইনা হৌজিক লেপলি, অতোপ্পা অচৌবা দান অমনা জাতিগী অমত্তা ওইবা অপুনবসু মপাঙ্গল কলহন্নবা, ৱাংনা থাঙ্গৎনবা 'কৈপ টু কাশ্মীর', 'অট্টক টু কট্টক' কী অপুনবা ওমখৈ পীবমলিবা অসি থোইদোকপা অমা নত্তবরা? টুপী অমা হোংদোকগুম্মা মসিবু ইরাই লাইনা হোংদোকপা য়ানি খনব্রা? মত্তম অমদা ৱাখল লৈববা, মবৈপাক নীংবা ভদ্রলোক অমা মীখলগী সেন্সস রেকোর্ডতা 'হিন্দু অমা' হায়না রেজিষ্টার তৌগে খল্লমই, মরমদি মহাক যাম্না পাক-শন্না ঙাংনববা ৱাফম ঐখোয় হিন্দুবু হিন্দু হায়না কৌখিবসি পার্সিয়ান মহম্মদনশিংনা উশিৎতনা কৌবা মমিংদগী হৌরকপনি হায়বসি থাজরুবদগিনি। মহম্মদনশিংনা হিন্দু হায়রগা 'লুরানবা' নত্রগা 'অমুবা' মী হায়না অথিবা ৱাহৈ ওইনা লৌনরম্বদগীনি। ভদ্রলোক অদুদা হংই, অদোমগী মিংবু করি কৌবিবনো, মহাক্না খুল্লকই 'তক্তাসিংহ' অদুদি মরুপ, হিন্দু হায়বা মমিং অসি মসিগী হৌরকফম অদু য়েংলুরগা খন্নফম থোকপা য়াম্না লৈরে অদোমগী মিং অসিগী হেন্না খন্নফম থোকপা 'মুকশন' গী মমিংনি, মসি থাইনগী আর্য্যগী মমিং অমনি হায়বদি 'মৌদগলায়ন'গুম্বা অমনা শিন্দোকপগী দরকার লৈরে, নত্রগা সিংহাসন সিংহ হায়না ওনবসু য়াই। ঙাইহাক য়ানিংদবগুম্বা তৌরম্লগ, অদুম হায়না মিং ওল্লগা মহাক্না অরুবা কয়া মায়োক্লগদবা, মাগী শেম্বুমগী ফিবমদা শাখিনা শোক্লদবা, পুমনমক্তুগী মথক্তা পৃথিবী অসিনা মাগী অনৌবা মমিং অসিনা মাবু খঙনরক্কদবা, নত্রগা সিংহাসনসিংহ হায়না মশাবু কৌজবগী খুদোংথীনঙাই ওইবা চাংয়েং অদুনা কান্নগদৌরিবদু করিনো, অতৈ অতোপ্পশিংনা হান্নগী মমিং তাক্তসিংহ হায়না অদুম কৌদুনা লৈরবদি কমদৌবা, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না মখা শমথরুই, নংগী নশাগী মমিং অসি

ওনবদা অসুপকী মতক লুরবা অসিনদি, লুবতা নত্তনা য়াম্না মাঙনিঙাইসু ওইরিবা, অদু ওইরবদি, মীরৈপাকনা হৌদোকপসু নত্তবা জাতি পুম্নমক্কী মমিং অসি হোংদোকপদি কয়া লুফম থোক্লবগে। মসি কয়াদ কান্নদবা অরেম্বা অমসু ওইগদৌরিবা। অসিগুম্বা য়াম্না লুনা মরা তাপ্লবা মমিং অমবু হোংদোক্লবা হোৎনরুবা অসি কয়াদ অরেম্বা ওইদৌরিবা। লনাই মীওই অমগী ভাব তানিঙাই ওইবা খুদম অসি পঞ্জাবকী শিখ ইচিল ইনাওশিংদা পীরিবা মতিক মগুণ লৈববা গুরু অদুনা খল্লম্বা হিন্দু জাতিগী মনুংদগী খ্বাইদগী ফবা, খ্বাইদগী থৌনা ফবশিং অদুনা মায়পাক্লা লানঙম ফিরাল থেত্তুনা লাউরক্লমই, 'নীল বস্ত্রকে কপডে ফাডে তুরক পঠানো অমল গয়া'। অশংবা ফিশিংদু শেগাইবে, টর্ক অমসুং পাঠানশিংনা ঐখোয়বু খুদুম চল্লম্বদু লোইহ্রে। ধর্ম্মবু মতম পুম্নমক্তা ঙাকশেন্নবা, মুণি ঋষিশিংবু কনবা, ফত্তবশিংবু মাঙহন্নবগীদমক্তা ঐহাক মালেম অসিদা পোকই। লান্দ থৌবশিংনা মথৌ থাদোকলে অদুগা মেচ্ছশিংনা ঙাংগদবা ব্রাঙাং শাঙাং শিজিন্নদুনা লৈবে। পুম্নমক লৌচা-নাই ওইবগী ফিবমদা হন্থখ্রে। মীশিংগী মশাগী 'থাজবা' পুম্বা মাঙখ্রে। মতিক মগুণ লৈরবা গুরুনা নুমিৎ খুদিংগী ব্রাহৈশিংসি হায়দুনা খুকমই, 'বাহ গুরুজীকী ফতে"। "বাহগুরুজীকা খালসা।" দরবার, দিবান-বাহাদুব হায়বা ব্রাহৈশিংনা হুরানবশিংগুম্না শিৎ-শিত্তুনা হরিমন্দিরগী থম্মোয়দা চঙশিল্লক্লে। মখোয়শিংসি হান্না অশোকপা লৈখিবশিংগী অশোকপা ফখ্রবা মতুংদা লৈহৌবা দাগনি। অশোকপশিং অদু তাইশিনখ্রে তৌইগুম্বসুং অশোকপা মফমগী দাগ অদুদি অদুম লৈহৌরে অদুগা মওং মতাদি ঐখোয়গা অদুম তিন্নবি। অসুপ কুইরবসি ঐখোয়না মখোয়বু খোত্তোকসি হায়দুনা হোৎনৈ অদুবু মদুদগী কান্নবা অদু মাঙবনা হেন্না হেল্লি, অদুনা ঐখোয়নাতৌবা ঙম্বসি মখোয়দুদা করি অমত্তা তৌরুদনা খাঙবা তাবনি। অদুম ওইনমক, মখোযশিংসি ঈখেং তৈবা লানফমদা শোকখিবশিং অদুগী মুৎত্রবা দাগনি, লানফম অদুদা ঐখোয়না জয় ওইখিবগী নিংশিংহনবা থৌদোক ওইহল্লি। ঐখোয়গা য়াম্না নক্লবা অশেংবা পোৎশিংগা মবী য়াম্না লৈনবা ব্রাহৈশিংদু মীবৈপাক্কী জাতি লম্লানবশিংনা মবম ওইদুনা হৌবকপনি হায়দুনা পোৎশিংদু মমিং ওল্লসি নত্রগা ঐখোয়গী ওইরনুসি হায়রবদি ঐখোয য়াম্না পুকচেল শেংদবা তাগনি। ঐখোয়গী জাতিগী নাউশুম মমিং ওইরিবা হিন্দু

অমসুং হিন্দুস্থান, ঐখোয়গী জাতিগী কোকহল লাইহনশিংনা খল্লম্বা মফমনি, খ্বাইদগী লিরবা ভক্তি তৌনফম ওইরিবা বেদশিংদগী রেকোর্ড তৌনরম্লবা ইতিহাসনি। মসি চাউথোকচবগা লোয়ননা সিন্ধু তুরেলগী নাকল অনিমক্তা খুন্দারম্বা ইমা লৈবাকসিগী মচা মিলিয়ন কয়াগী ব্রাখন্দা পুদুনা লৈখ্রবনি। অথোই অহেনমক খণ্ডদ্রবসু, হৌখ্রবা চহী কুমজা নিফু চুপ্পা মতমগী মতুংদা লৈবাকসি পাকথোক চাউথোরকখি, কাশ্মীরদগী অন্তরীপ (কেপ) ফাওবা, অট্টকতগী কট্টক ফাওবা কোনশিনখিদুনা ঐখোয়গী জাতি, ঐখোয় লৈবাক অসিগী ভুগোলগী ওইবা মওং লেপখি। সিন্ধু নত্রগা হিন্দু কৌদুনা আর্য্যানশিংগী খ্বাইদগী ফবা ন্যাশন অমা ওইরকখি, পূম্নমক্কী খেন্ননা তোঙান চোংথোরকখি। লৈবাক অসি য়েক্লবশিংনা কল্লক মিহৌবগা লোয়ননা য়েক্লবা ওইনা লৌরকই, শালিবাহনদগী হৌরদুন শিবাজী ফাওবা ঐখোয়গী থৌনা ফরবা লাশ্মীশিংনা কুমজা অমদগী কুমজা অমা লান্না লাল চখ্থরকই। 'হিন্দু' হায়বা ব্রাহে অসিদগী পদ্মিনি অমসুং চিতোর তাংগোই তাহনখিবগী ঐখোয়গী থম্মোয়দা হৌজিক ফাওবা মমি তাদুনা লৈরি। 'হিন্দু' হায়বা মমিং অসিগীদমক তুলসিদাস, তুকারাম, রামকৃষ্ণ অমসুং রামদাসনা মখোয়গী ওইনা শাগোন্নখি, হিন্দু পাদ পাদশাহি না মখোয়গী পুক্নিগী মঙলান ওইখি, মখোয়শিং অদুনা শিবাজী থৌদাংদুগী দুত ওইহল্লকখি, শিবাজী ধ্রুব তারা ওইনা লমজিং লমতাক্লগা বাজীবাও, বন্দা বাহাদুর, ছুত্রসাল অমসুং নানা সাহেব, প্রতাপ অমসুং প্রতাপাদিত্যদা উৎসাহ পীরম্বনি। পানিপট কী লানফমদা হিন্দু থৌনাফবা লিশিং লিশিং, নোংমতগী মনুংদা শিদুনা তাখিবা অদু জাতিসিগী ফিরান্দা ময়েক শেংনা ইদুনা লৈরি, সদাশিব ভাউনা লুচিংখিবা নুমিত্তুগী লানফমদা হিন্দু লাশ্মী লিশিং কয়া মখুত্তা থাংশাং থাদনা লানফমদা তাদুনা লৈবা উখি। নানা সাহেব, মহাদজী সিন্দীযানা চীংদুম অমসুং ঈশিং মখাদা লৈবা লৈঙোই পুঙ কয়া শেংদোক্লনা মিংনা উবা ঙম্বগী মনুংদা অপাম্বা তোর্ব্বান তানা পুশিল্লকখি। ঙসি ফাওবা হিন্দু অমসুং হিন্দুস্তান হায়বা মমিং অসি নেপালগী সিংহাসনদগী লম্বীগী চাকনিবা ফাওবদা মী মিলিয়ন কয়ানা নুংশিবগা লোয়ননা রাজভক্তি উৎনরি। মমিং অসিবু থাদোকপা হায়বসি ঐখোয়গী মীশিংগী থম্মোয় ককথত্তুনা হুন্দোকখিবগা অম্মানি। থাদোক্কে খনবগী ব্রাখন্তদা নহাক শিবগা

পাংখক ওইগনি। মদু শিবা য়াবা অমা ওইবতা নত্তনা কান্নসু কান্নরোই। লৈরিবা ফিবমসিদগী ব্রাহ্মেশিংসি লৌথোকখিবা হায়বসি মখোয়গী লৈবাকসিদগী হিমালয় চীংশাং হুন্দোকখিনবা হোৎনবগা চপ মান্নগনি, মদুদি অচৌবা যুহারাবগুম্বনা অকিবা ফংনা থুগাইখিবা নত্রগা তম্বা ঙমদবা অকিবা থৌদোক অমনা ঙমগদবা মঙাই।

হিন্দু অমসুং হিন্দুস্তানগী মীশিং অসিগী মায়োক্তা অয়েৎপা লৈরিবশিং অসি, ব্রাহ্মেশিং অসি মীরৈপাক্তগী হৌরকপনি হায়বা অরানবা ব্রাখন্দগী থোরকপনি হায়বসি য়েৎনফম লৈত্রবা ইতিহাসকী অচুম্বা কয়াদগীনি হায়বা খঙলে। তৌইগুম্বসুং অয়েৎপা অসি থৌদোক খরদা, মমিংশিং অসি লৌশিল্লুরবা অমসুং ব্যবহার তৌরুরবদি অরোনবা অকিবাঅমা মনুংদা লৈবদগীনি হায়বসি খঙলে। পূম্নমক অসি হিন্দুইজম'গী মমিংদা ধর্ম্মসি চৎপা, ধর্ম্মমত' অসিবু থাজবশিংদা মরাল থঙজিল্লক্কদবা অদু কিবদগীনি। অসুম্না কিবা অসি, মপান থোক্লদি য়াদ্রবসু হিন্দু অমনা তঙাইফদবা ওইনা হিন্দুইজম' থাজবা ওইরমগনি হায়না লৌবদগীনি। তৌইগুম্বসুং অকিবা অসি লৈবা মীওইশিংনা হিন্দু হায়না শকখঙবশিংদা য়েৎলিবসিগী মরমদু ফোংনা মীমাঙদা পুথোরকপনা হেন্না পুকচেল শেংবা ওইগনি, অরানবা, থাজবা য়াদবা ব্রাফমগী মরুমদা ফোংনা মীমাঙদা পুথোরকপনা হেন্না পুকচেল শেংবা ওইগনি, অরানবা, থাজবা য়াদবা ব্রাফমগী মরুমদা লোত্তুনা থম্বনা করি কান্নগনি। 'হিন্দুত্ব' অমসুং 'হিন্দুইজম' হায়বা ব্রাহ্মে অসিগী মপাম্বোংগী মান্নবা ওইনা উবা অসিনা, ব্রাখল লৈরবা হিন্দু ইচিল ইনাওশিংগী মনুংদা মরক মরক্তা শেৎন-খাইনবা, কাথোক্লবগী মরম ওইহল্লি। ব্রাহ্মে অনিসিগী খেন্নবা অসি খুদকসিদা শেংদোকপা তাবনি। মপান্দগী হৌরকপা ব্রাহ্মেনি হায়বগী ব্রাফম থাঙ্গশেংনা লৈরবদি 'হিন্দুইজম' হায়বা ব্রাহ্মে অসিতদা ওইগদবনি। অনি লোঙবা ব্রাহ্মেসিদা ঐখোয়গী ব্রাখন্দা চয়েৎনবা থমলোইদবনি। মী অমনা বেদগী ধর্ম্মগী ওথোরিটিদা থাজবা থমদ্রবসু অশেংবা হিন্দু অমা ওইবা য়াই হায়বসি খুদম কয়ামুক্তগী শেংনা খঙলে, জৈন ধর্ম্ম চৎপা মীওই লাক্ষ কয়ানা, অতৈ অতোপ্পা কয়া পল্লুদ্রবসু মীরোল কয়া লান্না মখোয় মশামক হিন্দুনি হায়না কৌনরকই। হৌজিক্কী মতমদা মখোয়বু অতোপ্পা ওইনা কৌরবদি মখোয় নুংঙাইতে। মসি ঐখোয়না য়াম্না

থি হুন্না তৌরুদনা, চুমই হায়না লেপ্পসু তৌরুদনা অচুম্বা ফেক অমা ওইনা পল্লুবতনি। ঐখোয়না আশা তৌই, ঐখোয়গী পাবিরিবশিংনা ঐখোয়গী আর্গুমেন্ট অসিগী ব্রারোইশিনবগী মতাংদা ব্রাহৈসিগী শাগোন্নবা মতিক মগুণ হান্না ফত্তনা খন্দোক্তুনা অকিবা পোকপিরোইদবনি। ঐখোয়না ব্রাখন্দা পুগদবসি, মমাঙদা ঐখোয়না করিগুম্বা ইজম অমত্তদা নৈনবা তৌখিদে, ঐখোয়ন মরু ওইনা নৈনরক্লিবসি ন্যাশনাল অমসুং কলচরেল ওইবা মওংদা 'হিন্দত্ব' তবু মপৃঙ ওইনা নৈনরক্লিবনি।

হৌজিক ঐখোয়না মীওইবগী লৈয়েংদা পল্লিবা খ্বাইদগী পাক-শন্না খোল্লিবা, ঙাওহল্লিবা 'সিনথেটিক কন্সেপ্ট' অমা ওইরিবা 'হিন্দত্ব' হায়বা ব্রাহৈসিগী হৌরকফম ওইরিবা ব্রাহে 'হিন্দু' হায়বসিগী মচাক ওইবা পোৎশিং অদুগী হিরম পরেং অদু খণ্ডননবা হোৎনরিবনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী জাতিগী খ্বাইদগী লিরবা য়াম্না শেংবা রেকোর্ডকী মতুং ইন্না ঐখোয়গী জতি অসিগী মমিং নত্রগা হপ্তুহিন্দু হায়না লমদম অসিবু খণ্ডনরকপনি অমসুং বৈদিক ন্যশন অসি চাউখৎলকখিবনি। ভুগোলগী ব্রাখন্না অহানবা ওইনা থম্নগা লৈবাকসি অমুক পিকথ অমুক পাকথোক তৌদুনা চাউরাক্লা চহী লিশিং মঙা চুপ্পসি হিন্দু অমসুং হিন্দুস্থান হায়বা মমিংশিংসি লোয়নদুনা অসুম চত্থরকপনি। হিন্দুস্থান হায়রগা সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা, 'ইন্দজ' তুরেন্দগী সমুদ্র ফাওবা অচৌবা 'কন্টিনেন্টেল কনট্রি ওইনা খণ্ডনরকই। জাতি অমা ওইবগী অমত্তা ওইবগী ব্রাখল, পাঙ্গল অমসুং তিন্ন-লোয়নরকপদা পামজনা মতেং ওইখিবদি, লৈবাক মনুংদা নিংথিজনা শম্নরকপা, মপানগী ওইনা শেংনা ঙমখে নাইরকপা, অমসুং মমিং অমা, অসিনা ওইরকখি, মমিং অসিতা পনবদা মমা লৈবাক্কী পামজবা শক্তম, হৌত্রবা মতমগী থৌদোকশিংবু নুংশিনা পামজবা শক্তম, হৌত্রবা মতমগী থৌদোকশিংবু নুংশিনা নিংশিংজবা ব্রাখল পোকহল্লি। ঐখোয় অসিগুম্বা অকনবা, অপৃনবা জাতি অমা ওইবগী দবকাব ওইবশিংদু নুঙাইনা ফংজখি। ঐখোয়গী লৈবাকসি অসুপকী মতীক পাক চাউখ্রে, অসুপকী মতীক ফজনা পুনশিলহনখ্রে, অতৈ লৈবাক্তগী ময়েক শেংনা খায়দোকখ্রে, অসুপকী মতীকচানা অকোয়বসি ঙাকখ্রে, মদুদি পৃথিবীগী লৈবাক অমত্তসু ভুগোলগী তোপ-তোপ্পা শরুক অমা ওইনা তোঙান্না তাবা অতৈ লৈবাক লৈতে। অসুন্না প্রকৃতিনা শেম্বা লৈবাক অসি হিন্দুস্থান নত্রগা হিন্দু

হায়না অসুম মমিং কৌদুনা লাকলিবনি। ইমা লৈবাক্কী থম্মোয়দা হৌবকপা মুর্ত্তি অদু মসিগী ভুগোল অমসুং প্রকৃতিগী শকফম মওং ওইনা হেন্না ময়েক শেংবা অহিংবা অমা ওইনা ফোংদোকই। হিন্দুস্থান হায়বদি হিন্দুশিংগী লৈবাক হায়বনি, হিন্দুত্বগী অহানবা মচং ওইবা মচাক্তি ভুগোলগী ওইবা মওং অসিনা, অমা ওইগদবনি। হিন্দু অমা হায়বা অসি অহানবা মশামক্কী ওইনা লৈবাকসিগী নাগরীক অমা ওইগদবনি, নত্রগা হিন্দুস্থানদা লৈবা মপা মপুশিংনা মবম ওইদুনা হিন্দুস্থান অসি মমা লৈবাকনি হায়না দাবী তৌবা যাই। আমেরিকা অমসুং ফ্রান্সনচিবা লৈবাক্তা হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসিনা ধর্ম্মগী অমসুং সংস্কৃতিগী ৱাখল্দা পুদনা শেংনা সাধারণ ওইবা মওংদা ইণ্ডিয়ানশিংবু খঙনৈ। হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসিনা সিন্ধু হায়বা ৱাহৈ অসিদগী লৌবকপা কমন ওইবা ৱাহৈশিংনা ইণ্ডিয়ান অমা নত্রগা হিন্দুস্থানী নাগবিক অমা ওইনা অর্থ পীবা ঙম্লবদি 'হিন্দি' (ইণ্ডিয়ান) হায়বা ৱাহৈগী অর্থ লৌবা য়াই।

## মীরৈবাক্কগী লান্দারকপশিং

যৈখাই-থিঙ্গাই লৈতনা ঈংনা শান্তি ওইনা নুংঙাইনা মঙলান্দা তাউবা খুদোংথীবা থোক্কনি হায়বগী অকি-অখং লৈতনা, অবানবা ৱাখল্দা সিন্ধুস্তান মতম কুইনা তুমদুনা লৈবমই। মমৈদা লৈবাক অসি গজনীগী মহম্মদনা সিন্ধু তুবেল লাম্ছোক্লুনা সিন্ধুস্তানগী ঙমখৈদা লান্দাবকপা নুমিৎকী পাউ অদু তাবদা মিকপ খঙথোক থোকলমই। নুমিৎ অদুমক্তদা শিব অমসুং চঙবগী লানফম হৌবে। মসিগী মমাঙদা কবিগুম্বা থৌদোক অমত্তনা লৈবাক অসি মশানা মশাবু জ্ঞান তাজবা থৌদোক অমত্তা থোকখিদ্রি। কবিগুম্বা থৌদোক অমত্তনা মীযাম অসিবু জাতি অমা ওইনা; জাতি অসিবু রাষ্ট্র অমা ওইনা শাফু পীদুনা পুন্নমকপু তাইশিন্নবগী অপূনবা যেক্লবা অমত্তা থোকখিদ্রি। শাথিনা পামদ্রবা যেক্লবনা অমগা অমগা খাইদোকই অমসুং পুনশিল্লি হাযবা পাউবৌ লৈ। সিন্ধুস্তান অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবা অসিগুম্বা শক্তি লৈববা ঈথিল অমত্তা মমাঙদা থোকখিদ্রি। মমাঙদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা পুনশিন্নবা তাঞ্জা অদু ফংবদা অকিবা ফংলবা নুমিৎ অদুদা লাইশঙ, লাই মুর্ত্তি থুগাইবতনা মখোয়গী থৌদাং ওইববা মহম্মদনশিংনা সিন্ধু তুবেল লাম্ছোবকপদা সিন্ধুস্তান পুন্নমক

অমত্তা ওইনা লেপখি। কাশিমগী লুচিং মখাদা মহম্মদনশিংনা হান্নসু তুরেল অসি লাম্ছোরকখিরম্লবনি অদুবু থৌদোক অদুনা সিন্ধুস্তানদা লুনা শোকখিদে। মরমদি মতমদুদদি লান্দারকপশিংদুনা মীচম প্রজাদা ওনশিল্লকখিদে অমসুং মীশিংগী থম্মোয়সু ইশোক শোকখিদে। মহম্মদকা অকিবা ফংনা থেংনবা লাল লোইখ্রে, আবদালিগা অমুক, অসুম্না চহী অমদগী চহী অমা, কুমজা অমদগী কুমজা অমগা মহম্মদনশিংনা লেপ্তুনা লান্দারক্লমই। লানফম কয়া থেংনখ্রে -আরাবিয়া হান্না ওইরম্বা আরাবিয়া ওইখিদ্রে। ইরান খুদুম চনশিনখ্রে, মপূঙ ফানা মাঙহন তাকহনখ্রে। ইজিপ্ত সিরিয়া আফগানিস্তান, বেলুচিস্তান, টারটারী, গ্রামাদাদগী গজনী জাতি কয়া সভ্যতা কয়া 'ইস্লাম অফ পিস' গী থাংহাইদা অমাঙ অতা কয়াগী মপৈ ওলহনখ্রে। অহানবদদি থাংশাংদুনা হাইথরক্লুনা য়ানবদি ঙমখি অদুগা হাৎপা-তুপ্পদি ঙমখিদে। য়াম্থরুবা থাং য়াম্থরুবা খুদিং ময়া অসুম অসুম কুম্লকখি। য়াম্থরকপা খুদিং অশোকপা অদু লুথনা চঙবা হেল্লকখি অদুগা থাংদু হাইগৎতুনা অমুক য়াম্থগে তৌরকপদা হান্নগী অশোকপদু হেক্তা তাইশিনখি। থৌদোক অদুনা লেঙদ্রবা প্রমান ওইখি মদুদি লান্দা মায়থীরবশিংদুনা মায় পাক্লবশিং অদুদগী জীবনী শক্তি য়াম্না হেন্না লৈরমই। মায় পাকপগা মাঙথীরবগী মরক্তা খেন্নবা অসি অসুপকী মতীক শাথিখ্রে অমদি মান্নখিদ্রে। ভারতনা জাতি অমত্তগা রাষ্ট্র অমগা লাল তৌনখিবা নত্তে, ভারতীয়শিংনা এশিয়া পূম্নমক্কা লাম্ছেংনবনি, হায়বা য়াই, মতম ইকান কান্নদনা ইউরোপ পূম্নমক্কা লাল তৌবা তারকপনি। আরবশিংনা সিন্ধদা চঙলকখি, মখোয় মতোমতনা করি তৌবা ঙমখি। মখোয় মখোয়গী লম অদুগী নীংতম্বা ঙাকপা ঙমখিদে অমসুং মতুংদা মখোয়গী মরমদা করি অমত্তা তাখিদ্রে। তৌইগুম্বসুং ভারত মথন্তনা আরবশিং, পার্সিয়ানশিং, পাঠানশিং বেলুচিংশিং, টারটারশিং টর্কশিং মোগোলশিং, পুম্নমক্কা মায়োক্ল দুনা ভারত থাঙ্গৈশেংবা 'হ্যমেন সাহারা' ওইদুনা নোংলৈ নুংশিৎকী মশক ওইবা লাম্নীগী মপৈ মপৈনা অকিবগী মশক ওইরবা পৃথিবী ওইহনখি। ধর্ম্মনা অচৌবা য়াখলগী শক্তি ওইখি। লুট পাটনা থবক তৌহন্নবা পাঙ্গল পীরকই। লুটপাট তৌবনা ধর্ম্মদা তোংদুনা থৌরবা অদুগা লুটপাট তৌবনা মীনাই নুপীগুম সেবা তৌরবা, ধর্ম্ম অমসুং লুটপাট তৌবনা পুল্লগা ওইরকপা

থবক তৌবগী শক্তি ওইরবদি হায়নিঙাই লৈতনা মীওইবা জাতি পুম্নমকপু অৱা অনাদা লংথবা, মখোয়না য়ৌরুবা মফম খুদিং মাংহন তাহনবা, কাংখোং চাইহনবা ঙাক্তা থনম্বা মশানা তারবনি। স্বর্গ অমসুং পাতালনা অপূনবা মবম ওইদুনা অশাউবনা থুমহত্তুনা অঙাওবগী শক্তম লৌদুনা মহম্মদনা সিন্ধু তুরেল লান্দুনা ভারত্তা খঙহৌদনা লান্দারকখি। নোংমগী মতুংদা নোংমা চহী তরাগী মতুংদা অতোপ্পা চহী তরা অমসুং কুমজা অমগী মতুংদা কুমজা অমা অশিবগী শক্তম লৌরবা লানফমশিংদু লেপ্পা নাইদনা চথরমই। ভারত মথন্তনা মশাগী ৱাখলগী অমসুং লানগী শক্তি অনিমক শিজিন্নদুনা লান চথরমই। অসুম চথরকপনা অকবরনা দিল্লীগী সিংহাসন কারকপা অমসুং দাবাসুকোহ পোক্লবা মতমদা ভারতনা নৈতিক সম্বন্ধীদা মায় পাকপা ফংখি। অরঙ্গজেবনা মোগোলগী মাঙখ্রবা মরাইবক অদু হঞ্জিন্নবা কন্না হোৎনখি অদুবু মোগোলগী মায় পাকপা ফংগদ্রা হায়রগা লানফমদা লানগী শক্তি যাওনা পুম্নাঙ মাঙখি। মমৈদা সদাশিব ভাউনা মোগোল সম্রাজাগী সিংহাসন মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইখি। পানিপঠকী অরোইবা লানফম লাক্লে, হিন্দুশিংনা লানফমদা মায়থীখি, অদুবু কুমজা কয়া শোক্লরকপা লান্দদি মায় পাকখি। মাধোবশিংনা পুবিবা মায়পাক্লবা হিন্দুগী ফিরান্দু অট্রোক ফাওবা পুবক্লগা শিখশিংদা শিন্নখ্রে, শিখশিংনা অমুক সিন্ধু তুরেল লাম্না পুখিদুনা কাবুল তুরেলগী তোর্বান্দা থুংখি।

## হিন্দুত্ব থবক ওইনা পাঙথোরকপা

মতম শাংনা মতৌ অসুম্না লাচ্ছেংনরক্লবা মতুংদা হিন্দুশিংনা মখোয় মশামক হিন্দুশিংনি হায়বা ফজনা ভাব তারকখি অমসুং ইতিহাসতা অমুক্তা উখিদ্রিবা মওংদা মখোয় অপুনবা রাষ্ট্র অমা ওইনা পুনশিল্লকখি। হিন্দুগী ঈহৌগী চাউখৎলকপা অসি কবিগুম্বা ধর্ম্ম নত্রগা ধর্ম্মমত অমগা মরী লৈনবা হৌবকপা নত্তে, হিন্দুত্ব-গী য়ুম্ফমদা হিন্দু পুম্নমক অমত্তা ওইনা হৌবকপনি, হিন্দুইজমদা নত্তে। সনাতনিষ্টশিং সাতনামিষ্টশিং, শিখশিং, আর্য্যশিং অনার্য্যশিং, মারাঠাশিং মাদ্রাসিসশিং, ব্রহ্মণশিং পঞ্চমাসশিং পুম্নমকশি হিন্দু ওইনা অৱাবা নংখি, হিন্দু ওইনা মায় পাকপা ফংখি। মরুপসু য়েক্লবসু

হিন্দু অমসুং হিন্দুস্তান হায়বা ৱাহৈশিং অসিনা ঐখোয়গী লৈবাক, ঐখোয়গী মীশিং অসিবু খঙনবা অতৈ ৱাহৈশিংবু কম্বোকখি। আর্য্যবর্ত, দক্ষিনাপথ, জম্বুদ্বীপ অমসুং ভারতবর্ষ হায়বা মমিংশিং অসিনা হিন্দুস্তান হায়বা ৱাহৈ অসিগা মান্ননা, মরু ওইবা রাজনীতি অমসুং সংস্কৃতিগী ৱাফম ময়েক শেংনা ফোংদোকপা মমিং অমা ওইবা ঙমখিদ্রে। সিন্ধু তুরেলগী অশোমথংবা মাইকৈ, সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা লমদমশিং খারোমদনা সিন্ধু তুরেলগী সমুদ্র থেংবা লমদম হিন্দুশিংগী পোক্লফম লমদম ওইবনা হিন্দুস্তান হায়বা খঙনখ্রে। য়েক্লবশিংনা মখোয়বু 'হিন্দু' হায়না কৌদুনা য়াম্না তুকৎচনা মিংগৌরমই, মী মখল খুদিং, জাতি খুদিং, কাংলুপ খুদিং তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপশিং অট্টকতগী কট্টক ফাওবা অথুবা মতমগী মনুংদা হকচাং অমত্তগী মতৌগুম্বা মীওই অমত্তগুম লেপখ্রে।

ইং ১৩০০ দগী ১৮০০ ফাওবদা কাশ্মীবদগী সিলোন ফাওবা সিন্ধদগী বেঙ্গল ফাওবা কোয়না য়েংবদা হিন্দুশিং অসি অমত্তমক ওইবা মীওই অমগী মতৌগুম্না লেপখৎলক্লমই। মবমদি পৃথ্বমক্লা মখোয়গী মমাঙদা তারিবা অচৌবা ইশু, হায়বদি হিন্দুস্তানগী নীংতম্বা অমসুং সম্মান ঙাকপা, সংস্কৃতিগী অপুনবা ঙাক্লুনা থম্বা, হিন্দুত্বগী সমাজিক পুনসি কনব অসিনচিংবদা খোংফম চপ মান্ননা লেপমিন্নরকই। মখোয় হিন্দুইজম নত্রগা হিন্দু ধর্ম্মগীদমক্তা লেপলকপা নত্তে। হিন্দুত্ব হায়বা ৱাহৈ অসিমতগী মখাদা মখোয়না লানফম চা কয়া থেংনখি, কূটনীতিগী অচিকপা কাদ শরুক য়ামিন্নবকখি। হিন্দুত্বনা য়াংলেন শরু ওইদুনা ঐখোয়গী শাসনতন্ত্র লিংখৎখি। কাশ্মীর ব্রাহ্মণশিংগী অৱাবা মতৌদা মালাবারগী নায়ারশিংনা মমিত্তগী ঈরা চেনখি। ঐখোয়গী দরবারগী শৈশকপশিংনা হিন্দুশিংনা মায়থীবদা তেংথা নাওইখি, ঐখোয়গী ঋষিশিংনা হিন্দুশিংগী পুক্লিংগী অথুকপা হৌদোকপীখি, ঐখোয়গী থৌনাফবশিংনা হিন্দুগীদমক্তা লাম্থেংনখি, ঐখোয়গী সাধু সন্যাসশিংনা হিন্দুশিংনা হোৎনরিবশিংদু মায়পাক্লবা আশির্ব্বাদ পীবিখি, ঐখোয়গী রাজনীতি খঙবশিংনা হিন্দুগী তুংগী মরাইবক লেপ্লিখি, ঐখোয়গী ইমাশিংনা লানফমদা শোক্লবশিংগীদমক্তা কপখি অমসুং হিন্দুশিংনা মায় পাকপদা চাউথোকচখি।

ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা বিষয় অসিদা ঙাংলম্বা ইরম্বশিং অদু লৌখত্তুনা য়েংশিনবা অমসুং হায়নিংবা হায়বদা লাইরিক্কী ভোলিউম কয়া

চণ্ডগনি। নৈনরিবা ৱাখল পরিংসিদা মদু পাকথোক চাউথোক্লা পুশিন্নবা ঙমদ্রে। মতাংসিদদি ঐখোয়না য়াম্না মরু ওইবা পরেং খরদং লৌখৎচরগা মখোয়দগী ৱাহৈ নত্রগা কলমদগী থোরকপা হিন্দু জাতিগী শকনাইরবা খরদংগী থম্মোয়দা পানবা পন্নবা ৱাহৈ ৱাতা খরা লৌখৎচরি।

হিন্দী লোনদা ইরম্বা লাইরিকশিংগী মনুংদা অচৌবা মহাকাব্য ওইরবা চান্দ বাবদাইনা ইবা পৃথ্বিরাজ রাসো, হৌজিক মতমগী থিন হুম্নবদা খ্বাইদগী হেন্না কুইরবা অমসুং অশেংবনি হায়বা খণ্ডলবা লাইরিক অমা ওই। য়াম্না ঙম্লিগৈ মতমদা শৈরেংগী মওংদা ইবা লাইরিক অমনি। লাইবক ফবা হায়দুনি অৱাং ভাবতকী লোলগী সাহিত্যগী খমথেংবা হান্না ইখিবা মরৈপাক নীঙবগী খমথেংবা মহাও চেন্নবা লাইবিক অসিদা 'হিন্দুস্তান' হায়বা ৱাহৈ অসি কয়ারক হন্না পাল্লমই। শৈরেং ইবা 'বেন' চান্দ বারদাইগী অপোকপা অসিনা আজমিরগী বাজাদা হায়বদি পৃথ্বিরাজগী অপোকপদা চিঠি থারমই।

চান্দ বারদাই হিন্দী সাহিত্যগী ইহান হানবা কবিনি হয়না শিংথাবদা মতীক চায়। কবি অসিনা মহাক্কী শৈরোন্দা 'হিন্দী' 'হিন্দৱান' হিন্দনচিংবা ৱাহৈ মবাং কায়না থিজিল্লমই। মরম অদুনা ৱাহৈশিং অসি তরামাথোইশুবা শতাব্দীদা শিজিন্নবা ময়াম্না য়ানরবা ৱাহৈশিং ওইবমগনি হায়না লৌনৈ। হায়রিবা কুমজা অসিদদি মহম্মদনশিংনা পঞ্জাব অমসুং অতৈ মফম অমত্তদা মখোয়গী খোংফম তাগ্রি অদুনা মখোয়না নীংতম্বা অমসুং চাউথোকনা পাল্লম্বা বাজপুতশিংদা মিংচৎ থীবা লৈখাতাবা মমিংনচিংবা থোঞ্জিনবা ঙমলোই। সহবুদ্দিনবু মতৌ করম্না লানগী বন্দী ওইনা লৈরবা মতমদা পুকচেল চাউরবা পৃথ্বিরাজনা হিন্দুশিংদা অমুক হন্না আক্রমন তৌরক্তবা হায়না য়ানদুনা থাদোকখিবনি। চান্দনা হায়, সাহবুদ্দিন হায়বসি হিন্দুগী অশোনবা অতোনববু ঙাকপিবা গুণ অদুনা লায়ন জয় তৌবা য়াবা অমা ওইরমদে। মহাক্না মায়থীরবা ফাওবদা হন্না হন্না হিন্দুশিংদা খুৎ থারকখি।

তৌইগুম্বসুং মহাক্না হিন্দুশিংবু তকখায়গে হায়না ফন য়াম্না হোৎনরবসু সাহবুদ্দিন লানফমদা মায়থীখি অমসুং অমুক হন্না পাজ্জুরাইনা মহাকপু ফাদুনা বন্দী ওইহনখি। প্রজা মীয়াম্না পৃথ্বিরাজবু তবামনা খুরুমদুনা ওকখি।

অহানবগী চীংলেম্বা থৌওং ওইনা তৌনদুনা ৱাশক থুগায়ম্ভ্রবা মতুংদা

সাবুদ্দিননা হান্দকমুকসু চীংলেম্না মহাকপু থাদোক্লবা য়ানবা অমা ব্রাশক্লবা ফংখি। অদুবু অরোইব ওইনা সাহবুদ্দিন হিন্দুস্তানদা লান্দারকখি, অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোলগা লোয়ননা দিল্লীগী গেটতা লেপ্লরে। হিন্দপতি পৃথ্বিরাজনা ব্রারগী কাউন্সিল কৌখৎলমই অমসুং মচৎ নাইদবা সাহবুদ্দিনবু শীঙনরমই। রাব্রালশিং অমসুং সুসন্তশিং মৈরিনুংদা তাখিরমই। মাঙতক্লবা ওইবা নুমিৎতু চঙশিল্লক্লমই, নাকল অনিমকনা অরোইবা লানফমনি হায়বা খঙনরমই। হামিরনা লানফম থাদোক্কদৌরে হায়বা খঙলবদা চান্দবরদাইনা মাঁ দুর্গাগী মমাঙদা পীখিবা লাইশোল অদু মরৈপাক নীঙবা অমসুং য়াম্না নুংশিনঙাই ওইবা লাইশোল ব্রাহৈ ওইখি।

লানফম অদুগী লাইবক থিবা থৌদোক অদুগী ফল ওইনা পৃথ্বিরাজ লানফমদা লৈখিদবগী ব্রারীদু লীরবা মতুংদা শৈরেং অদু লোইশিল্লি, মায়থীরবা হিন্দু নিংথৌরেল অদুদা অরোইবা সম্মান অমসুং ইকাই খুম্নবা উৎখি।

'রাসো' দা 'ভারত' পল্লিবসি 'মহাভারত'কী ব্রাখল ওইনা পনবগী মওং অমা উরিবসি য়েংন্নঙাই ওই। করিগুম্বদা মসি 'ভারতবর্ষ' গী অর্থদা অব্রাং ভারতকী লোনশিংদা অঙনবা মতমদা শিজিন্নরম্বা অসিনা হিন্দুনা মরাই হাইগৎলকপা, হিন্দুনা মীথা পোনবা কোক্লনবা লাম্বেংনরকপা মতমদসু অসুম্না চত্থরকপ্রা হায়বা থাজনিঙাই লৈ। হিন্দু লিববেশনগী ঈহৌদা প্রোফেট অমসুং পুরোহিট ওইখিবা রামদাসনা ঈশ্বরদর্শনবাদ ওইবা মাঙজৌননা লাইফাউ শন্দোকপা ঙস্ব ঋষি অদুনা, মহাক্লা হান্না মঙলান্দা উখিবা, তুংদা থোরক্কদবা থৌদোকশিংদু অচুম্বা ওইনা থোক্লরে হায়বা উখি। ইমম মন্ত্রা মবত্তা, ঐ মঙলান অমা উখি, য়েংউ মঙলান্দু মঙফাওনরে, হিন্দুস্তানবু য়েংখিবা, ঈশ্বরগী মফমদা পাপ তৌবশিংদু অকনবা শক্তি শিজিন্নদুনা লাকশিনগ্রে, থাঙ্গেশেংবনি লৈবাকসি নুংঙাইরবা পুণ্যভুমিনি।

মসিদগী ঐখোয়না শিবাজী অমসুং মাগী লোইনবা ঈরৈবকমচাশিংবু মাগী জাতি হিন্দুস্তান পুন্নমক্লা অসুম্না য়েংলমই। ভুষন মারাঠা অমা ওইরমদ্রবসু শিবাজীদগী বাজিরাও ফাওবনা তৌরিবা থবকশিং মখোয়গী মায়পাকপশিং অদু য়াম্না শীংথনজরমই। মহাক হিন্দুশিংগী হিন্দুনি, মহাক্কী পুন্সিগী অরোইবা ফাওবদা মহাক্কী মীয়াম্বু মথুম মরাং হৌহনবা ঈশৈশিংদু শক্কুনা লেল্লমই, জাতি, পান-হিন্দুগী ঈহৌদা অচৌবা হিন্দুশিংগী ব্রাখন্দা

লৈরিবশিংদু ফোংদোক্লমই। পুম্নমক্কী মনুংদা থৌনফবা বুন্দেলাগী নিংথৌ ছাত্রশাল মহাক্কী পামজবা অমা ওইরমই। ছাত্রশাল থাঙ্গৈশেংনমক শিবাজী, বাজসিংহ তেগ বহাদুর গুরু গোবিন্দসিনহাবু মহাক্লা হিন্দুত্বগী থৌনাফবা লৈঙাকপা ওইনা শীঙথারমই। শিবাজীনা বুন্দেলখণ্ডগী রাজপুত চিফ সুজনসিনহা উন্নখি, উন্নবা অদুদা সুজন সিনহানা লৈবাক্কী রাজনীতিগী ওইরিবা ফিবমদুগী তশেংবা মুর্ত্তি অমা পীবা ঙমখি।

অহল ওইরবা নিংথৌ সজনসিনহা ছত্রশালদা মাগী থাংশাং অমসুং থম্মোই কখোকখি, মহাক্কী পুন্সিগী থবক থৌদাং পাংথোক্লবা আশীর্বাদ পীখি।

মতিক মগুণ লৈবা অচৌবা গুরু টেগবাহাদুব পঞ্জাবতা হিন্দুগী নিংতম লানগী থৌনাফবা অমা ওইরম্বতা নত্তনা মপুন্সি ফাওবা কখোকখি, অসুম্না হায়নৈ, 'ইসলামগী ওইগেবা নত্রগা শিগেরা' হায়না কাশ্মীর ব্রাহ্মণশিংবু ওৎ নৈবা অমসুং কিহল্লক্লবদা মহাক্লা কাশ্মীর ব্রাহ্মণশিংদা অসুম্না পাউতাক পীখি, হে ব্রাহ্মণশিং, তাবিয়ু নখোয় চৎলু অদুগা টর্কশিং (মহম্মদন) অদুদা অকিবা লৈতনা হায়যু, তুংইনবা মী লাখ কয়া লৈবা হিন্দুগী অচৌবা লুচিংবা অমা লৈ, মহাক্কী মমিং তেগবহাদুর কৌই, মহাক মীওইবা জাতিবু ব্রাংনা থাঙ্গৎপা পাম্বা লুচিংবনি, অহানবদা মহাকপু ইসলাম ওলহল্লু মতুংদা ঐখোয় খোং খোংপা মাগী মতুং ইল্লক্কে'।

মখোয়গী পাউখুম তাববা মতুংদা থৌনাফবা গুরু তেগবহাদুর, হিন্দু ধর্ম্মগী অথোইবা লমজিং পুরেল ওইরম্বা অদুনা অসুম্না পাউখুম পীখি, "ঐগী থম্মোয়দা অসুপ য়াম্না নুংশিজবিবা হিন্দু ধর্ম্ম অসিবু ঐহাক্লা করম্না থাদোকপা ঙমগদৌরিবনো? খালসা পন্থ অসি মফম খুদিংদা হৌগৎলকসনু, অধর্ম্ম পূম্নমক মাঙহন্দুনা হিন্দু ধর্ম্ম কুইনা পুন্সিবা পীনবিসনু।"

ছত্রপতি শিবাজীগী মরমদা ইতিহাস লেংবা অমনা 'শিবছত্রপতিচে' চরিত্র' কৌবা লাইরিক অমা ইরমই, লাইবিক অসিদা শিবাজীনা হিন্দু ধর্ম্ম কন্ননবা তৌবম্বা মপাল নাইদ্রবা পুন্সিগী থৌদাংশিং মপূঙ ফানা ফোংদোক্লমই। য়াম্না চৈশিংলবা থাজরবা দাদাজীনা পাউতাক পীরমই, "দাদাজী তৌরিবা থবক খুদিংমক্কী লমজিংবা খুৎ অদু ওইবমই। ইং ১৬৪৬ তা শিবাজীনা নহা ওইবিঙৈদা অসুম্না ইরমই, ঐখোয় হিন্দুনি, মহম্মদনশিংনা দক্ষিনাত্য

পুন্নমক মাংখোক্লে, তশেংনমক মখোয়না ঐখোয়গী ধর্ম্মবু পুম্মাং মাঙহল্লে, ঐখোয় ঐখোয়গী ধর্ম্ম কনগনি, মদুগীদমক্তা ঐখোয় পুক্নি লোমগনি, ঐখোয়গী শক্তিনা অনৌবা নিংথৌ পানবা লৈবাক লিংখৎকনি।"

দাদাজীনা অসুম্না পাউতাক পীরমই, থৌরাং অদু থাঙ্গেশেংনমক অফবা অমনি, তৌইগুম্বসুং মখোয়বু মপৃঙ ফানা লোইশিনবা হায়বসি য়াম্না লুগনি, অহানবদা নহাক্লা য়াম্না শক্তি লৈবা কেন্দ্র খরা লিংখৎপা তাবনি, হিন্দু নিংথৌশিং, হিন্দু লাম্মীশিং মফম খুদিংদগী মতেং পাংলকসনু, থৌজাল হৈবা ঈশ্বরনা ঐখোয়গী মায়কৈদা লৈবিসনু, সাধু সন্যাসশিংনা আশির্ব্বাদ পীবিসনু, অসুম্না তৌরবদি ঐখোয়ন পাল্লিবা পুন্নমক ওইথোক্কনি।"

মিঃ রাজবাদে কৌবা অমগী মখুত্তা চিঠিসিগী ওরিজিনেল কপি অদু লৈ, মদুনা ফোংদোকই, তরাতরেৎ অমসুং তরানিপালশুবা শতাব্দীদা হিন্দুগী অচৌবা ঈহৌ অদুগী আত্মা ওইরিবা চিঠিনি। ঈহৌ অদু লৈবাক্কী মচি খরতদা হৌবা ঈহৌ নত্তে, মদু 'হিন্দবি স্বরাজ্য', হিন্দু সাম্রাজ্য অমগীদমক্তা হৌবা ঈহৌনি, মদুগী অচৌবা ফিদমনফম ওইবা অদুনা শিবাজীবু থবক্কী রাখব্দা য়াংশিলহল্লমই। মতম অদুদা শিবাজী চহী কুন শুদ্রি, মহাক্লা অসুম্না রাজপুত নিংথৌমচা জয়সিংহনা শিবাজী অমসুং মাগী ঈহৌ নমথনবা হোৎনরকপা মতমদা মশানা তাবা ওইনা শিবাজীগী খাঙবা কনবগী শক্তিবু ময়া কুমহল্লি। থাইনদগী হিন্দুত্বগী চুংগোই ওইদুনা লাকপা রাজপুতশিংনা অসুম্না তৌরকপসি য়াম্না থম্মোই শোক্লবনি। রাজপুতশিংনা হিন্দু মচিন মনাও ধর্ম্ম তিন্নবশিংগীদমক্তা মখোয়গী ঈ শিন্থখিরমই।

শিবাজীনা জয়সিংহদা হায়খি, নহাক্লা পাল্লবদি লানবল পুন্নমক পীথোক্লবা শেম শাদুনা লৈ, ঐহাক ইশামকনা লানবলশিংদা নহাক্কী ফিরাল য়ুংখৎকনি, তৌইগুম্বসুং মহম্মদনশিংবুদি ঙমহনগনু, ঐহাক হিন্দুনি, নহাকসু রাজপুত ওইবনিনা হিন্দুনি। ঐখোয়গী লৈবাকশিং অসি হান্নদগী হৌনা হিন্দুশিংগীনি হিন্দু ধর্ম্ম কনবীবা মী অদুদা ঐহাক্লা চামরক হন্না কোক নোন্দুনা খুরুমজবদা চিংনদে, তৌইগুম্বসুং হিন্দু ধর্ম্মগী ইজ্জৎ মাঙবা অমত্তা ঐহাক য়ারোই।

জয়সিংহনা হায়রকখি, নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেব অসি য়াম্না শক্তি লৈবনি,

মরম অদুনা নহাক্কা মহাক্কা য়াননবা তৌবা কৈ, মহাক্কা অসুম্না য়েংথিনবা মবী চত্থরবদি শান্তি ওইনা হিংবা ঙমলোই, ঐখোয় জয়পুরগী নিংথৌ মচাশিংসিসু হিন্দুনি, নহাকসু হিন্দুনি, অদুনা হিন্দু ধর্ম্মবু মফম চানা হঞ্জিলহন্নবগীদমক ঐখোয় নহাক্কা অমত্তা ওইগনি।

শিবাজীনা মহাক্কী মপা মপুগী তাঞ্জোরদা লৈবা জাগির মনাও নুপা ব্যানকোজীদা অমুক হঞ্জিহল্লবা মতুংদা মনাও নুপাদা মহম্মদনশিংদা নিংথৌগী শক্তি লৈ হায়বা শকখঙবা খক তৌগনু হায়না হায়খি।

যুসুফ অসি যাম্না ফত্তবা মীনি। মহাক্কা নুপী অঙাংশিংদা অসুপকী মতিক তাথি তাওইনা নৈবি অমসুং শল হাৎতুনা য়াম্না নিন্দা তৌনঙাই ওইবা থবক য়াম্না তৌই। ঐখোয় মাগী মখাদা অমুক খাঙবা ঙমদ্রে, নহাক্তি ম্লেছশিংবুসু হিন্দু ধর্ম্মবুসু ঙাকপিবনি, মবম অদুনা ঐখোয়না নঙোন্দা চঙজরি। ঐখোয় মপান্দা থোকপা ঙমদ্রে, ঐখোযগী থোকফম লম্বীদু মখোয়না গার্ড তৌদুনা থিংর্জিনখ্রে। মখোয়না ঐখোয়বু চান-থক্লবা চিঞ্জাক অমসুং ঈশিং ফংহন্দদুনা ঐখোযবু চবা হেন্দুনা কংহনগে তৌবা মাল্লি, অদুনা য়ারিমখৈ থুনা লাকপীয়ু।

বাজাবামনা সান্টাজী অমসুং মাগী মচিল মনাওশিংনা তৌবিবা জাতিগী ওইবা সেবাশিং অদুবু যানিংবা ফোংদোক্লমই।

অৱাংবা অমসুং চাউথোক্লবা 'হিন্দুবাঙ' মিংথোল ফংখ্রবা বাহিবোর্জীগী লুচিং মখাদা 'জিনজি' গী লানবন লাঙ্গোই চন্নবা কন্না হোৎনবকপা মতমদা মোগোল কামান্দাবগী মখাদা সার্বিস তৌদুনা লৈবিবা মাবাঠা লাম্মীশিংদা কন্না তকশিল্লমই। নাগোজী বাজে, মোগোলগী সার্বিসতা লৈবা মাবাধা লাম্মীগী লুচিংবনি। নাগোজী বাজেবু মোগোলগী সার্বিস থাদোক্তুনা মাবাঠাবোমদা তিল্লক্লবা অবোনবা যানবা অমা চত্থবমই, অসুম্না যেক্লবগী শক্তি মাঙহন্দুনা হিন্দু ধর্ম্ম কন্ননবগী লানফমদা অচৌবা মতেং ওইগনি খন্নবমই। নাগোজী মহম্মদনগী সার্বিস থাদোকলমই, মাগী লাম্মী লিশিং মঙাগী বাটালিয়ান অমা মহম্মদনশিং থাদোক্তুনা সহরদা চঙশিল্লক্লমই। সার্কেনা মোগোলগী সার্বিসতা চঙখিবা মতমদা সাম্বুজীনা সার্কেগী ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক মঙক কক্তুনা হাৎখি, অসুম্না মখোযগী ইমুং মনুংগী অহন অহুমবুসু

শামুনা নেৎখায়হন্দুনা হাৎখি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না হিন্দুগী লৈবাক অমা লিংখৎনবা কন্না হোৎনরি, নহাকসু ঐখোয়গী খোঙবু ওইগদবনি, মতুংদদি সার্কেসু থৌশিল অদুদা য়াওশিল্লক্কে অমসুং মারাঠাশিংবু মতেং পাংলকলে, মদুগী ফল ওইনা জিনজিগী লানবল লাঙ্গোই চল্লম্বা অদু থুগাইবা ঙমখি।

সাহুগসু মতম অমদা জয়সিংহনা নুংঙাইনদবা অমা তৌখি, "নহাক্না হিন্দু ধর্ম্মগীদমক্তা করি তৌখিবা অদুগা ঐহাক্না করি তৌখিবা?"

অসিগুম্বা থৌনা অসিনা বাজীরাও অমসুং নানাসাহেবকী মীরোলশিংসু লিংজেল পানবা মীশিং ওইরমই হায়না ইতিহাস লেংবশিংনা হায়রমই।

বাজিরাওনা ইল্লম্বা নত্রগা মতেং পাংলম্বা অদু মহাক্না লৌখৎলম্বা অচৌবা থবক অদুগীদমক অতৈনসু তুংইল্লক্লমই। বাজিরাওনা হায়রমই, হিন্দুপাদ পাদশাহি (হিন্দু মীখা পোন্দবা অৱাংবা শক্তি) ৱাখল অসিনা ব্রহমেন্দ্র স্বামি, গোবিন্দ ডিক্সিট অমসুং অতৈ ঋষিশিংগী থম্মোয়দা লিংজেল হাপ্লমই, মখোয়না মফম কয়া চত্তুনা জ্ঞান তানশিল্লমই, মখোযগী শিষ্যশিং অসিগুম্বা জ্ঞান অসি পীরমই। বাজিরাও মশামক্না হায়রমই, "নখোয়না ঙাইরিবা তপথরিবা করিগীনো? থৌনা ফনা ফুজিল্লু অমসুং লান্দাশিল্লু, হিন্দু পাদপাদশাহি (হিন্দু কিংদম) অদু খুত্তা লৈরে।"

ব্রহমেন্দ্র স্বামি মতম অদুগী ৱাখল লৈবশিংগী মরক্তা থোইদোকপনি, মথুরাবাইনা স্বামিদা চিঠি অমা ইরমই, থৌনা ফববী অদুনা মাগী চিঠিদা শংকবাজী মোহিতে, গনোজী শিংদে খন্ডোজী নালকর, রামাজী খবাডে, কৃষ্ণজী মোড, অসিনচিংবা মরৈপাক নীংবশিংগী মমিং কয়া পাল্লি, মখোয়শিং অদু থৌনা ফবা মরৈপাক নীংবা ঙাত্তনি, হিন্দু জাতিবু অমুক নৌনা হিংগৎহনবা পাম্বা মীওইশিংনা মখোয়গী মতৌ তম্বা তঙাইফদে। স্বামিনা মখোয়গী লমদা হিন্দু ধর্ম্মবু মাংথোকপা কনাগুম্বা অমত্তনা উন্নরোইদবনি, হিন্দুগী লৈবাক্তা লাইশিং অমসুং ব্রাহ্মণবু ওৎ-নৈবশিং অদু কয়াদা ইকাইনঙাইনো।

গোৱাদা লৈবা ধর্ম্মদা য়াম্না হকচিনবা পোর্টুগিজশিংনা ইউরোপতা লৈদুনা ভারতকী মবমদা থিজিন হুমজিনবা খঙনীংবা হৌরক্লমই। মখোয়না ফোংনা পাংথোকপা ধর্ম্মগী থৌ অমসুং পুজানচিংবা তৌবা থিংজিল্লমই।

সমাজগী ব্রাখল চেনবা থৌনা ফবা অন্টাজী রঘুনাথনা হুকুম অদু শীংনরমই, অমসুং মদু তৌননবা হিন্দুশিংদা পুক্লিং থৌগৎলমই। তৌইগুম্বসুং শক্তি লৈত্রবা, পাঙ্গল য়াওদ্রবা নুপা থোকপা ব্রাৎলবশিংনা নাকোইননা মখোয়গা মায়োক্নবা অসি হেন্না অৱাবতা ওইগনি হায়বসি মহাক্না খঙলমই। অসিগুম্বা ওইরক্লিবা অসিদা মায় পাক্কে হায়রবদি বাজীরাও নত্রগা চিমনাজীগুম্বগী থাংশাংশিং অদুনা শৌগৎপিরকপা অমা চঙই। ভারত্তা পোর্টুগিজগী লমদা য়াওনগী অন্দোলন চৎথরকপসি অন্টাজী রঘুনাথকী লমজিং মখাদনি, ঈহৌদু বাজিরাওগী মায়কৈদা লৈবা হিন্দু লুচিংবশিংনা য়ানরকখি, মসিনা হিন্দুগী লমশিং নীঙতম্বা ওমহনখিবা মারাঠাগী লালহৌ অদু পুরকপা ওমখিবনি। চিমনাজী অপ্পাসু হিন্দুশিংগী মায়পাকপা অসি পুরকপদা মরু ওইবা শরুক য়াখিবনি।

তৌইগুম্বসুং বাসিইন (বসাই) লৈখা তাখ্রবা মতুংদা নাদিরসাহনা ভারত্তা লান্দারকখি, দিল্লী মহাক্কী মখুত্তা তাখি, বাজিরাওগী মারাঠা এজেন্টশিংনা নাদিরসাহদা অসুম্না ইখি।

টাহমাসপ কুলিখান (নাদিরসাহ) অসি মপুনা শেম্বা খুৎশেমশিংসি পুম্মাও মাওহনবা ওম্বা লাই নত্তে। ফন কন থৌরে হায়নরম্বশিংদুগা মান্ননা মহাক্কসু য়ানবা টর্ম অমদা পুরকপা তাবনি। মরম অদুনা ইয়োর এক্সেলেন্সি (বাজিবাও)না অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোন অমগা লোয়নননা লাকপিবা তাবনি। ইয়োর এক্সলেন্সিনা রাজপুত লুচিংবশিংগা লোয়নননা পুন্না চঙশিনমিন্নববদি অবোইবা ৱাবেপ অমদি শোয়দনা লৌবা ঙমগনি থাজে। ঐখোয় হিন্দু পুন্নমক পূনশিনগদবনি, বুন্দোলশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পশিংসু। ঐখোয় অকনবা 'ফ্রন্ট' অমা শাগৎপা তাবনি। নাদিবসাহ অসি লায়না হন্দোক্কদবা মান্দে, মহাক হিন্দুগী নিংথৌ পানবা রাজ্যশিংদা হকথেংননা চঙশিল্লক্কদবা মাল্লি। সাবাই জয়সিংহনা উদেপুরগী বানাজিবু সাম্রাজ্যগী সিংহাসনদা থাঙ্গৎপা পামই 'সাবাই' য়াওনা হিন্দুগী নিংথৌশিংনা ইয়োর এক্সলেন্সি থুংলবদু ঙাইনদুনা লৈরি। ইয়োব এক্সলেন্সিনা য়াম্না কনবা বেক্কীং অমা পীবিরবদি দিল্লীগী মায়োক্তা শিবাজীনা লাম্মী তেঙ্গোল অমগা লোয়নননা দিল্লীবোমদা চঙশিল্লগনি। (ধোন্দো গোবিন্দগী বাজিরাওদা পীবা চিঠি)।

হিন্দুশিং অসি খুদোংচাদবা ফিবম অমদা লৈরে, হৌজিক ফাওবা

ঐখোয় 'বাসিইন' খুদুম চনবা ঙমদ্রি, ফিবম অসিদা মারাঠা লাশ্মী পুম্নমক পুনশিল্লগা চম্বাল তুরেল লাম্ছোকপা তাবনি। থৌশিল অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি নাদিরসাহনা মখা তানা চংশিল্লকপা য়াদনবনি।

তৌইগুম্বসুং মহাক্কী লাকশিনবা ঙমলরোইদবা থৌনা অদুনা অপনবা পুম্নমক লাম্ছোকপা ঙমলমই।

বাজীরাওনা অতোপ্পা চিঠি অমদা অসুম্না অমুক ইরমই। ঐখোয় ঐখোয়গী মনুংগী খেন্নবশিংদু থাদোক্লগদবনি (রাঘোজী অমসুং অতৈ খববু দণ্ডি পীখিবা অদুগুম) হিন্দুস্তান পুম্নমক্না ঐখোয় পুম্নমক্কী অপূনবা য়েক্লবা অদুগা লাম্বা তৌনবা তাবনি। ঐহাক্কী ওইনা হায়রবদা, ঐহাক নর্মদা তুরেল লাম্ছোক্লুনা চাম্বাল তুরেল ফাওবা মারাঠা লাশ্মীশিংগা চঙশিনগনি। ঐখোয় য়েংসি, নাদিরসাহ মতৌ করম্না খারোমদা চংশিল্লকপগে হায়বদু।

সৱাই জয়সিংহ হিন্দুত্বগী হিন্দুগী ঈহৌ অমা তৌবিবা অদুগীদমক্তা অচৌবা লমজিংবা অমা ওইনা য়াম্না চাউথোকচবা লুচিংবা অমা ওইরমই। মহাক্লনি, ওৎপি নৈবিরবা হিন্দুশিংগীদমক্তা মালৱা হিন্দু লিবেরেশনগীদমক্তা শোক্লরিবা লানফমদা মতেং পাংবিনবা বাজীরাওদা হায়জরমই, অসুম্না ভারত পুম্নমক শিম্বুংনা শিবাজীগী ধর্ম্মমতকী মিশন মহৈ য়ান্নবা মরু ওইবা খোংথাং লৌখৎখিবনি। 'মিশন অফ হিন্দুপাদপাদশাহি, ভারত্তা নৌহৌনা 'হিন্দু সোবরেন্টি' লিংখৎপনি।

বাজীরাওগী মচানুপা নানাসাহেব অসি তশেংনমক মী মরক্তা অচৌবা লুচিংবা হায়বদু ওইরমই, মহাক্না মরম ওইদুনা হিন্দু লিবেরেশন অমসুং হিন্দুপাদপাদশাহিগী ঈহৌ অসি লেপ্তুনা মাঙদা চঙশিল্লকলিবসি। মহাকমক্তা চৎনরম্বা ঈ-পাউ পুম্নমকসি নৈননিঙাই ওইবা ঙাক্তা ওইরমই।

'নহাক মতম খুদিংদা মায় পাকপা ওইসনু!' নন্দলাল প্রধান অমসুং ভাইজী ঠাকুর অনিমক্তা নোল্লুকনা খুরুমজরি, ইন্দোরগী মহারাজাধিরাজ জয়সিংহ, কেম্প অমরগড়। নঙোন্দা খঙহঞ্জরি মদুদি নিংথৌরেন্না ওপেরেশন চথবা হৌখ্রে। তৌইগুম্বসুং নহাক নুংনাঙবা তৌবিগনু। মতিক চাওরবা ঈশ্বরনা শোয়দনা মায় পাকপা পিবিগনি। বাজীরাও পেসৱদগী নহাক্কী মরমদা চিংলেম্না থৌওংগা লোয়ননা শোয়দ ৱাশক পীখ্রে।

হে অথোইবা, ইকাই খুম্নফম ওইরবা, হিন্দু ধর্ম্মগীদমক মালব্রা অমসুং অতৈ চিফশিং উন্নদুনা হিন্দু ধর্ম্ম চাউখৎনবা অমসুং শন্দোক্লবা খন্নবা তৌফম থোকপনি। পান্দম অসিনা মুসলমানশিংবু মালব্রাদগী তাম্থোকখিগদৌরিবনি অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম তেক্ত কাইদনা ঙাক্নুনা থমনবনি।

## জয়সিংহগী চিঠি ২৬-১০-১৭২১ এ: ডি:

পানিপটগী লানফমদা মাঙবা য়াবা খর মাঙখ্রবসু খোৎ খোৎপদি মাঙখিদে। মীওই অনিখক হিংহৌই, অদুনা মরুদু কলহৌই। নানা ফার্নাবিস অমসুং মহাদাজী সিন্দে, হিন্দুগী শক্তি, থাং-চুঙ্গোই থবক অমসুং ব্রাখলগী লমজিংবনি, চহী নিফু চুপনা ব্রাখল খল্লমই, থবক তৌরমই অমসুং লাম্থেংনরমই পানিপটতা শাথিনা মায়থিখ্রবসু, লান্দা মায়পাকপশিংদু খ্বাইদগী কনবা চৈফু অমা ফংখি, হিন্দুশিংনা হিন্দুস্তান অশেংবা লৈবাক্কী মপু হায়বদু ওইহৌই। জাতিগী ব্রাখল অদু কয়াদা ময়েক শেংখ্রবা, মায় পাকপগী হোংলকলিবা ফিবমদা হিন্দুত্ব অমসুং হিন্দু সম্রাজ্য অমা নেহৌনা হৌগৎলক্লিবাঅদু মতম অদুগী কুটনীতি হৈবশিংনা ইরম্বা চিঠিনচিংবদগী খঙবা ঙমই। গোবিন্দ্রাও কালেনা নানাসাহেবতা ইরম্বা মারাঠা পুম্বনা হরাও তয়াম্বা ফোংদোক্লখিবা অদু তারবা মতুংদা ইরম্বনি। চিঠি অদু নিজামগী কেপিটেলদগী ইখিরম্বনি, মতুংদা নানাসাহেব অমসুং মহাদাজী অনিগী মরক্তা লৈরম্বা ভাব তাদবা অদু তাইশিন্নবা ঙমখি।

(নানাসাহেবনা মহাদাজীদা ইবা চিঠি অমদা অসুম্না ইরমই। মোগোলশিং (নিজাম) অসি হিন্দুশিংগী মরা তারবা য়েক্লবনি, অদুগা নহাক্না মখোয়শিং অদুগা সন্ধিগী ব্রা ঙাংবদু মখা তানা চখ্রবদি ঐঙোন্দা পুকচেল খোয়বনিদি হায়বিগনু।)

ঐহাক নহাক্কী চিঠি অদু পাবদা নুংঙাইবগী মপা লৈখিদে। থাঙ্গেশেংবমক ঐহাক য়াম্না নুংঙাই। ঐগী নুংঙাইবা অদু চিঠি অসিদা মপূঙ ফাবা ব্রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রে। ঐগী পূক্লিং অসি ব্রাখনগী ঈথক হৌখ্রে। 'অটক' তুরেন্দগী ভারত মহাসাগর য়ৌবা লমদম পুম্নমক অসি হিন্দুশিংগী

লৈবাকনি, টর্কশিংগী নত্তে। হায়রিবা ওমখৈ লম অসি মহাভারতকী পাণ্ডবশিংগী মতমদগী বিক্রমাদিত্যনা পানবা মতম ফাওবা অসুম্না ওইরমই। মখোয়না ওমখৈসি ফজনা ঙাকশেল্লমই। মখোয়গী মতুংদা পাল্লকপা নিংথৌশিংদু শোল্লমই অদুনা য়াবনশিং (মহম্মদন) গী শক্তি কনখৎলক্লমই। মোগোলশিংনা হস্তিনাপুরগী কোনুং পায়খিরমই, মতুংদা 'আলমগীর' না পানবা মতমদা ঐখোয় অসুপকী মতীক হন্থবা ফিভবমদা লাক্লমই, 'য়ানদ্যোপবিতা' (নৌগুণ) থাংবা হিন্দুশিং অদু জিজিয়া টেক্স' হায়দুনা লুপা ৩-৮ ফাওবা খজনা লৌরমই।

অসিগুম্বা তানফম অসিদা শিবাজী মহারাজ পোক্লমই কুমজা অসিগী খ্বাইদগী অথোইবা হিন্দু ধর্ম্মবু ঙাকপীবা নিংথৌদু। অদুম ওইনমক মহাক্কী ধর্ম্ম কনবগী থবক অদু ভারতকী মফম খরদা নৈশিন্দুনা লৈরমই। অদুদগী নানাসাহেব অমসুং ভাউসাহেব মতম কুইনা নিংশিংনরগদবা লুচিংবা অনিসি খোঙদারকখি। মখোয়সিগুম্বা থৌনাফবশিং মালেম অসিদা পঙনা খোংদারক্তে। হৌজিক ঐখোয়দা নুংশি হৈবা, শীংথানরবা শ্রীমন্ট (পেসৱা) গী বুদ্ধি থৌবা, অকনবা ব্রত তৌবশিংগী পাঠিল 'বোআ' থৌনা ফবশিংগী লুচিং মখাদা ওইরকপনি। মতৌ করম্না পূম্নমক অসি ফংখিবগে। ঐখোয়না পূম্নমক অসি ইরাই লায়বা পোৎ অমগুম্না খল্লমই। মসি মহম্মদনশিংনা তৌবা ওইরম্লবদি ইতিহাসকী ভোলিউম কয়া কয়া ইরম্লগদবনি। করিগুম্বা কৈসু লেতবা থবক থৌদোক অমা ফাওবা অতিয়া য়ৌনা থাঙ্গত্তুনা ই। হিন্দুশিংগীদি অসুক য়াম্না চাউবা থৌনাফবগী থবক অসি ইপন পন্নদে। থাঙ্গৈশেংবনি ফংবদা ৱাত্রবা পোৎতুগী ফল ঐখোয় ফংলে। মহম্মদনশিংনা খল্লি অদুগা হায়সু হায়, শিরাপ ফংলবা, তুক্কচনিঙাই ওইরবা হিন্দুশিং অসি মখোয়গী 'সুপ্রেমেসি' ফংখ্রে।

পাঠিল বোঅনা হাইগৎলকপা মকোক পুমনমক থুগায়রমই। থাঙ্গৈশেংনমক ফংবা য়াবা পূম্নমক ফংলে। মথং মনাও নাইনা শেমগৎপা কান্নবা পূম্বা লোকপগী থবক্তা অচৌবা নিংথৌ পুম্নমক মাংথানরক্লে। ঐহাক ৱাদবদি ঙমদে, ঐখোয়গী মতীক মগুণ, ঐখোয়গী থবক মাঙহল্লকপা য়াই। মায়পাকপা হায়বসিগী ওমখৈ লৈতে লম খরা ফংবা, ঐখোয়গী লৈবাক হঞ্জিনবা ঙাক্তনা ওমখৈ নত্তে, মসিনা বেদ শাস্ত্র ঙাক্তুনা থম্বা, ধর্ম্ম লিংখৎপা,

শনবী অমসুং ব্রাহ্মণ হাৎপা থিংবা, নিংথৌগী অধিকার লিংখৎপা অমসুং ঐখোয়গী মায়পাকপা অমসুং মিংচৎসু শন্দোক্কদবনি। পূন্নমক অসি তেক্তা কাইদনা ঙাক্কুনা থন্নবা তৌবসি নহাক অমসুং পাঠিল বোঅাগী মখা পোল্লে। নখোয়গী মরক্তা খেন্নবা লৈরবদি য়েক্লবগী মপাঙ্গল কনখৎলকপা তাবনি। হৌজিক ঐগী চিংনবা পূম্বা কোল্লে। মসি থাঙ্গৈশেংনমক চীংলেম্বা থৌদোকনি। য়েক্লবনা ঐখোয়গী মায়কৈ পূন্নমক্তা কোয়শল্লিবনি। ঐহাক ইংথবদি ঙমদে, নহাক্কী চিঠি অসিনা ঐহাকপু অব্রাবা খরদি কোকহল্লে। (১৭৯৩ এ: ডি:)।

## হিন্দুত্বগী থাদোকপা য়াদ্রবা মচংশিং

ঐখোয়গী থিজিন হুমজিনবদা মরী লৈনবা মরম খুদিংমক্তা করি তৌবমগনি হায়বা নত্রগা করি তৌগনি হায়বা ৱাফম অনিসিদা হেন্না থৱাই যাওশল্লি। করি ওইরমগনি, করি তৌবমগনি হায়বশিনবু হেন্না দবকাব ওই মবমদি মসিনা মতম অযাম্বদা হেন্না ঈচং থৌহল্লি, তৌইগুম্বসুং করি ওইরমই হায়বা অসিনা অহানবা ওইনা চেৎনা পায়বনা অমুক্কা হেন্না ফৈ। অদুনা ঐখোয়না ইশা ঙাকচনবা হিন্দুত্বগী চেন্নদবা য়াদ্রবা মচংশিং অদু লেপথোক্লবা হোৎনবা তাবনি, ৱাহে অসিগী থাঙ্গৈশেংবা মদুদা য়াওরিবা মচাকশিংদু লেপথোক্লগা মদুনা ঐখোয়গী লমজিং লমতাক ওইগদৌরিবনি। মতৌ অসুম্না হিন্দু নত্রগা মসিগা লোয়নবা মমিং হিন্দী হায়বা ৱাহৈশিগী মরা তাবা অর্থ অদুনা 'ইণ্ডিযান' হায়বা অসিখক্তবু খঙনরবদি ঐখোয়না ৱাহৈসি শিজিন্নবদা অকুবা শোয়দনা লৈরগনি। ঐখোয়না কিরিবদি মহম্মদন অমবু ভারত্তা লৈবনা মবম ওইদুনা হিন্দু অমা ওইনা কৌরুবা তারবদি মদু অকায়বা অমা ওইবে। মতুংদা হিন্দু হায়বা মমিং অসিনা হিন্দুস্তানগী নাগরীকশিং ওইনা খঙনবা নত্তনা অতৈ ওইররোই, মতমদুদা ঐখোয়গী সংস্কৃতি অমসুং ধর্ম্মগী হকচিনবা শাজৎ পুন্নমক্কী শক্তিং পুন্নমক থুপচিন্দুনা ঐগী হায়বা ৱাখন্দা অতৈ তকশিনবা তোক্কদবনি। ধর্ম্ম পূন্নমক্কী 'ইজম' পূন্নমক লেপ্পুনা মতম পূন্নমক্কী মূলতত্ত্ব ওইদুনা অপুনবা য়ুম্ফম অমা ওইরগা মরা চেৎপা চীঙ লেম্বা 'হ্যমেন ষ্টেট' অমা লিংখৎপা য়াবনি। 'ইজম' খুদিংমক্লা মশা মশাগী

তোপ-তোপ্পা ধর্ম্মমত অদু হেক থাদোক্লিফাওবা, মদুনা য়েংথিনবা ফিবমলোমদা ওনশিল্লক্লবা, কলচরেল অমসুং ন্যাশন্যাল ইউনিটশিংনা অপূনবা মমিং, অপূনবা ফিরান অমগী মখাদা পুরকপা ঙমদ্রবা, জাতিগী কায়াৎ পুম্নমক্কী অপূনবা জাতি হায়বা ৱাহৈ অসি 'জন' হায়বা ৱাহৈদগী লৌরকপনি, মসিগী অর্থদি ইচিল ইনাও ওইবা হৌমিন্নরকপা ঈ-মরী তিন্নবগী জাতি অমা ওইনা লৈরকপগী ৱাখল চেনবনি। হিন্দু পুম্নমক মখোয়গী শিংলিদা 'সিন্ধু' গী বৈদিক ইপা ইপুশিংদগী চেন্থরকপা অচৌবা জাতি অমগী অপুনবা ঈগী ঈচেলনি হায়না লৌই। ঐখোয়না হান্নদগী খঙই, মীগী মরালতা থীদুনা য়েংপা মীশিংনা ৱাহং অমা তোয়না হংঙি, নখোয়বু থাঙ্গৈশেংনমক জাতি অমরা? নখোয় অপুনবা ঈ-মরী অমত্তনি হায়বা করম্না হায়রিবনো? ঐখোয়না মসিদা করি পাউখুম পীগনি। ঐখোয়না হন্দুনা ৱাহং অমদা, ইংলিসকী ঈ হায়বা অমা তোঙান্না লৈব্রা, ফাঞ্চগী ঈ, জর্মনগী ঈ, নত্রগা চাইনীজগী ঈ হায়বা তোঙান্না তোঙানবা ঈ পৃথিবী অসিদা লৈব্রা? মখোয়না অতোপ্পা জাতিশিংগা লৌন-লৈনবগী য়ানদুনা 'ফোরেন ব্লড' মখোয়গী জাতিদা নীঙতম্না, অপল অবাক লৈতনা থাজিনখিব্রা? মখোয়না অদুমহায়না তৌরম্লবদি হিন্দুসু তৌবম্বা য়াই বর্ণগী ৱাফমদদি, অরেপ্পা ওইনা হায়বা তারবদা তোঙান তোঙানবগী মরক্তা ঈ-মরীদি মপুঙ ফানা চেকশিন্না থিংলমই হায়বা তাই। অদুবু বর্ণশিংগী মনুংদা অপূনবা ঈচেল লাকপগী মতীকচাবা প্রমান্দি থাইনদগী য়াম্না লৈরকই। ঐখোযগী 'স্মৃতি' শিংদা ইচম চম্বা মিৎয়েং অমা থম্বদা লায়না উগনি, 'অনুলোমা' অমসুং 'প্রতিলোমা' গী লুহোংবগী পথাপ চৎনরমই বর্ণগী কাংলুপ লৈখ্রিবসিসু মসিনা মরম অমা ওইরক্লম্বসু য়াই। ক্ষেত্রী অমনা সুদ্র নুপী অমগা য়ুম্বান্নরগা পোকপা মচা অদু 'উগ্র' বর্ণ ওই, অদুগা ক্ষেত্রী অমনা উগ্র নুপী অমগা পান্নরগা পোকপা মচাদুনা 'শ্বপাচা' বর্ণ ওইরকই। ব্রাহ্মণ মমা অমনা সুদ্র মপা অমগা য়ুম্বান্নরগা পোকপা মচাদুবু ঐখোয়না 'চন্দাল' হায়না কৌই। বেদদগী লৌরকপা ৱারীগী মতুং ইন্না 'সত্যবাসা জবালি'দগী হৌরদুনা মহাদজী সিন্ধীয়া ফাওবা য়ৌরকপা শাংখ্রবা মীরোল কয়াগী ইতিহাসনা উৎলিবদি থায়নগী গঙ্গা তুরেলগী মশক ওইরবা ঈগী-ঈচেল অসি ৱাংখ্রবা বৈদিক চীঙশাংদগী হৌজিক মতমগী লৈতেম মান্নবা মীরোল ফাওবা অতৎ অখম ন্যাইদগী চেন্থরকলি,

মতীক চাউরবা ঈগী ঈচেল কয়াসু তিল্লে অমসুং মাঙথ্রবা আত্মা কয়াবু শেংদোকখি, পাকশন্না ব্রাৎত পাদবা হেঙ্গৎহল্লকখি, খোঙ পুখগনবা পাৎলম কয়া, লৈঙোইগী মরুভূমি কয়া নাম্ছোক্তুনা হান্নদগী হেন্না তেকখৎনা অমসুং হেন্না পাঙ্গল হাপ্তুনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চেম্থুরি। কাষ্ঠ সিস্তেমনা মরু ওইনা তৌরিবা থবক্তি থাজবা অমগী মখাদা লেমজনফম ওইবা ঈ মরীশিংদু নিয়ম নাইনা শিনবনি নিয়মশিং অদু ঐখোয়গী ঋষিশিং আইন শেম্বশিং অমসুং নিংথৌশিংনা শেমলম্বনি মদুনা মচা পোক্তবা লাইববশিংবু লৈহাও চেলহন্দুনা অরাম্বা কোকহনবতা নত্তুনা লমচৎ শাজৎ অমসুং পুক্নিগী মমল হেঙ্গৎহন্দুনা পুক্নিদা চীংলেম্বগী ক্ষমতা কয়া পীরমই।

অসুম হায়না তৌবসি বর্ণ মরিগী মনুংদা নত্তুনা, বর্ণগী ব্রাংমদা লান্নদুনা পোকপা অমসুং অতৈ অতৈ উপজাতিশিং অমসুং অতোপ্পা জাতিশিংগী মবক্তা, লুহোং খোংদোং তৌনবা চৎনরম্বগী ব্রাী মশে মরাং উরবা কুইথ্রবা মতমদা মখোয় খক্তা তোঙান তাদুনা ঠীকানা মফম কয়াদা লৈরমই। মালাবাব অমসুং নেপালদা অব্রাংবা থাক্কি হিন্দুশিংনা শক খঙনদবা উপজাতিশিংগা চারৌ মৌরৌনদুনা হিন্দু সংস্কৃতিবু নুংশিনা কন্দুনা নুংশিবা অমত্তা ওইবা ঈ মযীগী লিপুন চেৎশিলহল্লমই। নাগবংশ হায়বসি ড্রাবিডিয়ান শাগে ওইবা যাব্রা? অদু ওইববদি অগ্নিবংশ নুপাশিংনা নাগ মচানুপীশিং লৌববদি নত্রগা চন্দ্রবংশ অমসুং সুর্য্যবংশনা মখোয়গী মচানুপীশিং মথক্কী শাগে অনিসিদা পীরবদি করি ওইবা তারে। হর্সবর্ধনগী মতম ফাওবদা বুডিজম্না হাইন হুমনা পাল্লিঙৈ মতমদগী হৌদুনা চহী কুমজা কয়া অসি কাষ্ঠ মনুংদা লুহোং কৈহোংনবদি অদুম চৎনদুনা লাকই। পাণ্ডবকী ইমুং মনুং অমথককী থৌদোকশিং খুদম ওইনা লৌখৎসি। মুণি পরশাব ব্রাহ্মণ অমনি, মহাক্না ঙা ফাবা নুপা অমগী মশক মতৌ ফজথ্রবী লৈশাবী অমগা নুংশিনরুদুনা পৃথিবী ফাওরবা ব্যাস দেব পোকখি, ব্যাসদেবনা ক্ষেত্রী নিংঙোল অম্বাঅমসুং অম্বালিকাগী গর্ভদা মচানুপা অনি পোকখি, মচা অনিদুগী মনুংদা অমদি পাণ্ডুনি। পাণ্ডুনা মাগী নুপীশিংবু মচা থার পান্নবা 'নিয়োগা' সিষ্টেমগী উপাই পাম্বে লৌবা যাখিরমই, মখোয়না নুংশিজবা শকখঙদবা বর্ণগী মীশিংদা হায়জদুনা ঐখোয়গী চাউথ্রবা মহাভারত মহাকাব্যগী বীরশিং পোকখিবনি। মখোয়দুনা মান্নবা অথৌবা পাত্রশিং কর্ণ, বব্রুবাহন, ঘটোৎকচা

বিদুবনচিংবশিংগী ব্রাফোং ব্রাবী থোইনা পল্লমদে। ঐখোযনা মতাংসিদা ইতিহাসকী যুগকী ওইবা ব্রাফমদা চন্দ্রগুপ্তনা ব্রাহ্মণ লৈশাবী অমা লুহোংদুনা লৌবগা নিংথৌ আশোককী মপাদু পোকখিবনি। নিংথৌ আশোকনা নিংথৌ মচা অমা ওইনা বৈশ্য নিংঙোল অমগা লুহোংখি। হর্সনা বৈশ্য অমা ওইনা ক্ষেত্রী নিংথৌমচা ব্যাধ্যকর্মদা লুহোংদুনা পীখি। ব্যাধ্য কর্মদি শাদানবা নুপা অমগী মচানি হায, ব্যাধাকর্মগী মমাসু ব্রাহ্মণ নিংঙোর্ননি, মহাক মমৈদা বিক্রমাদিত্যগী যাগ্নচার্য্য (Yajnacharya) ওইবকাং ধ্রুবদাস, কৃষ্ণ ভট্ট, ব্রাহ্মণ ওইনা চন্দাল নিঙোলাশং নুংশিনদুনা অফোংবা মতংদা লুহোংখি। কৃষ্ণ ভট্টতি মতুংদা 'মতাঙ্গী পন্থ' ধর্ম্ম কাংলুপ হৌদোকখিবা ধর্ম্মগী লুচিংবনি হায়। মখোযশিং অসি হিন্দুনি, হিন্দু হায়না শকখঙনৈ। অসিনা লেইনা নত্তে, কবিগুপ্তা মতমদা কনাগুপ্তা লন্নাই নুপা নত্রগা নুপী অমনা মতাক মশাগী চৎকশিংদগী মহাক্কী অহানবগী বর্ণ অদু মাঙখিদুনা লোই থাখিবা হাওই। শুদ্র অমনসু ব্রাহ্মণ ওইংকপা য়াই, ব্রাহ্মণ অমনসু সুদ্র ওইবকই।

অঙস্বগী যাথং-

ন কুলং কুলমিত্যাহুবাচাব: কুলমুচ্যতে।
আচাব কুশলো বাজন ইহ চামুত্র নংদতে॥
উপাসতে য়েন পুর্বা দ্বিজা সংধ্যা ন পশ্চিনাম।
সর্বাস্তান ধার্মিকো বাজা শুদ্রকর্মাণি যাজযেত॥

[ইমুং অমা হাযবসি থাঙ্গেশেংনয় ইমুং অমা কৌব যাদে, ইমুং অমা কৌবিবসি চংনবী অমসুং হৈনবা থৌদৌনি।] কনাগুপ্তা মংথৌ নির্ংখিজন তৌবশিংদু মালেমদসু সগদসু থাগংনৈ। ক্ষেত্রী কযামকুমনা পুন্সদা লৌউ-শিংউগী থবক অমসুং অতৈ শিনফর্মশিং তৌবগাদমক ক্ষেত্রী অমা ওইবগী মিংচৎ মাঙউ অদুগা অতোপ্পা হম্বুবা বর্ণদা চনখি, থৌনা ফবা কযা কযানা শাগৈ হুপ্পা থৌদোক কযাদা মখোযমক্কী ফিভম ব্রাংখংখিদুনা ক্ষেত্রীগী উপাধি অমসুং অধিকারশিং ফংখি অমসুং অসুম্বা শক খঙনখি। বর্ণ অমদগী জাৎ তাববশিংনা থৌদোক কয়াদা অতোপ্পা অতৈদা তিনখিবা যাওই।

কাষ্ট সিষ্টেম চংনবা বৈদিককী নীতি মতুং ইন্না বর্ণদা থাজবা হিন্দুশিংত নত্তনা, বৈদিক নত্তনা অতৈ হিন্দু কাংলুপ কয়াসু মশেল চাবৌ মৌবৌনব

চৎনবমই। বু'ডিষ্টকী মতমদা বু'ডিষ্ট মপা অমনা ইমুং অমত্তদা বৈদিক মমা অমগী জৈন মচা নুপা অমা লৈরম্বা থেংনৈ। হৌজিক্কী মতম ফাওবদা জৈনশিংগা বৈষ্ণবশিংগা গুজবাটতা চারৌ মৌবৌনরি। শিখশিং অমসুং সনাতনিশিং পঞ্জাব অমসুং সিন্ধদা লুহোং-কৈহোঙ তৌনৈ। হৌজিক্কান্দদি 'মানভব' নত্রগা লিঙ্গায়ট নত্রগা শিখ নত্রগা সত্নামিশিং অসি ঙরাংগী হিন্দুনি। ঙসিগী হিন্দুশিং হয়েংগী লিঙ্গাযট নত্রগা ব্রহ্মমত নত্রগা শিখ ওইবকপা য়াই।

'হিন্দু হাযবা ব্রাহৈ অসিগা মান্ননা মপূঙ ফাবা অর্থ ফোংদোকপা ঐখোয়গী অপুনবা জাতিগী ওইবা ব্রহৈ অমত্তা ঙসি ফাওবা ফংদ্রি। ঐখোয খর্বাদ আর্য্যনি, খবনা অনার্য্যনি, তৌইগুম্বসুং 'আয়াব' অমসুং 'নাযাব' পুম্নমক হিন্দুনি, ঈ মবী অমত্তনি। ঐখোয় খবনা ব্রাহ্মণনি, খব অমনা নামশুদ্রনি নত্রগা পঞ্চমাসনি, তৌইগুম্বসুং ব্রাহ্মণ অমসুং চন্দাল হিন্দু ঙাক্তনি, ঈ মবী অমত্তনি। ঐখোয খর্বাদি দক্ষিনাট্যনি খবনা গৌডনি তৌইগুম্বসুং গৌড় নত্রগা সবস্বাতাশিং হিন্দুনি, ঈ অমত্তনি। ঐখোয খর্বাদি বনাবসনি, খবনা কিন্নাবানি, তৌইগুম্বসুং বনাবস নত্রগা নব, ঐখোয হিন্দুনি, অপুনবা ঈ মবীনি। ঐখোয় খর্বাদ জৈননি অমসুং খবনা জাঙ্গামানি, তৌইগুম্বসুং জৈন নত্রগা জাঙ্গামাশিং পুম্নমক হিন্দুনি অপুনবা ঈ মবী অমত্তনি। ঐখোয খব ম'নিষ্ট (অদ্বৈতবাদী) নি খবনা প্যান থিযিষ্ট (বিশ্বেশ্ববাদী) নি খবান থী'ইষ্ট (সর্বেশ্ববাদ) নি খবনা এথিযিষ্ট (নাস্তিক) নি, ঐখোয পুম্নমক হিন্দুনি, পুম্নমক অপুনবা ঈ মবী অমত্তনি। ঐখোয় ন্যাশন অমা ওইবতা নত্তে জাতি অমসনি, পোকমিন্নবা ইচল ইনাওনি। কবিগুম্বা অমত্তদা শিংথানকনিঙাই থোইনা লৈতে, মসি থম্মোযগী ব্রাহংনি। ঐখোযনা চপ মান্নবা থাইনগী ঈ মবীদু, বাম, কৃষ্ণ, বুদ্ধ অমসুং মহাবীব, নানক অমসুং চৈতন্যা, বাসভা অমসুং মাধব, বোহিদাস অমসুং টিকবেলুবব ফাওদুনা হিন্দু লৈবাক শিম্বুংনা থম্মোইদগী থম্মোইদা, শিংলিদগী শিংলিদা চেন্থবকপা ঈচেল লেপত্রি। ঐখোয জাতি অমনি শাগৈ অমত্তনি, নুংশিববা ঈ মবী অদুনা ঐখোযবু পুন্না পুনশিল্লি।

মীওইবা হায়বা জাতি অসি পুন্না লৌববদা জাতি অমত্তনি, মীওইবা জাতিনি, অপুনবা মীওইবগী ঈ-না মসিবু হিংহন্দুনা থমলি। অতৈ ঙাংনবিবা

পুম্নমক অসিদি মতম খরদগী ওইবা, পাংন শাননবা শীনবা থৌওংনি। জাতি অমগা জাতি অমগগী মরক্তা খাগৎপা পল অদু প্রকৃতিনা অতৎ-অখম লৈতনা থুগাইনবা হোৎনরি, খুৎশেমগী অথিংবশিংদু হুন্দোক্লুনা মাঙহনখিনবা হোৎনদুনা লাক্লি। ঈগী মরী পুনশিন্নবা হোৎনবদা থিংনবা হোৎনবা অসি লৈঙোইনা মখোঙ ওইবগা ফুরা দলান শাবগুম্বনি। পা-পীগী অমগা অমগা চিংশিন্নরিবা অসিনা ধর্ম্ম শন্দোকপা পুম্নমক্কী য়াথং পুম্নমক পূল্লপ পুনশিনবদগীসু হেন্না মপাঙ্গল কল্লি। আন্দামান নিকোবব ঈথৎতা ইহান হান্না লৈরম্বা জাতিশিং ফাওবদা আর্য্যানগী ঈ মরিক মরিক খিকপা লৈখিবনি। তশেংনমক হায়রবদা ঐখোয় অমনা ইতিহাসকী যুগ কয়াদগী মীওইবগী ঈ অসি কনাগুম্বা অমগী শিংলিদা চেল্লি হায়না দাবী তৌবা য়াই। মীওইবগী মেরুদগী মেরু অমা ফাওবদা যুম্ফম ওইরিবা অপুনবা অসি অচুম্বনি, অতৈ পূম্নমকসু অমগা অমগা মরী লৈনহল্লিবসি অসুম্ননি।

অমগা অমগা মরী লৈনহন্নবা ব্রাফম লাকপদা পৃথিবীসিগী মনুংদা হিন্দুগা জিউশিংনা নত্তনা জাতি অমত্তনি হায়না য়ানরবা অতৈ জাতি লৈতে। হিন্দু অমগা হিন্দু অমগা লৌন লৈনবদা মাগী কাষ্ঠ মাঙখিবা য়াই অদুব হিন্দুত্বদি মাঙদে। হিন্দু অমনা থিওরীগী ওইবা, দর্শন শাস্ত্র নত্রগা সমাজগী চৎনরোল, ওর্থোডোক্স নত্রগা হেটেবোডোক্স, ধর্ম্ম কন্না ঙাকপা নত্রগা ধর্ম্ম কায়বা থাজবা পূম্নমক অসি হংলুবা লৈতনা লমদম অসিদগী থোরকপনি হিন্দুশিংনা লিংখৎলম্বনি। হিন্দু অমনা মাগী জাতি কাংলুপ অমা মাঙবা মতমদা, মাগী হিন্দুত্ব ওইবা হিন্দুনেস অদুদি মাঙদে, মরমদি মসিগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মচং লেপ্লিবা অদু লমদমসিদগী হৌরকপা 'হিন্দু ব্লড' তগী শিন্থরকপনি, মরম অদুনা লৈবাক অসিবু নুংশিবশিং অদুনা, সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা, ইন্দজদগী সমুদ্র ফাওবা শন্দোকখিবা অসি মখোয়গী ফাদরলেণ্ড ওইনা জাতি অসিগী শিন্থরকপা ঈনি হায়বা দাবী তৌবা য়াই। জাতি অসি অসুম অসুম ওল্লক্লুনা থাইনগী সপ্তসিন্ধুদগী মথং মথং তিনশিন্নরকপা, চুনহল্লকপা কয়ানা ঈ-গী ঈচেল অমা ওইরক্লুনা হন্দুত্বগী য়াম্না মরু ওইবা তঙাইফদবা মচং ওইবা অনিগী মনুংদা অমা ওইরকখি।

# অপুনবা সংস্কৃতি

অনিখক অসিদা, মিকুপ অমত্তং খল্পবদা হেক্তো উগনি ন্যাশন অমা, জাতি অমা,-অপুনবা ফাদরলেণ্ড অমসুং মদুগী মখা তারকপা অপুনবা ঈ-মরী, অসিতনা হিন্দুত্বগী দরকার ওইবা মচাকশিং মপুক ফারে হায়না লৌবা য়াদে। ভাবতকী মহম্মদনশিং অয়াম্বনা লৈবাক অসি মখোয়গী ফাদরলেণ্ড ওইনা নুংশিবকপা, মরৈপাক নীঙবা অমসুং পুকচেল চাউবা কয়া য়াওরকপদগী লৈবাকসিগী মচা ওইবকলে। নম হাদুনা, মীশিং মিলিয়ন কয়া ধর্ম্ম ওলহনখিবগী ব্রাবী য়াম্না কুইরবা মতমগী ব্রারী নত্রি। মসি কাওথোকফম থোকপা পোৎ নত্তে। মখোয়না মখোয়গী শিংলিদা হিন্দুগী ঈ লৌরক্লি হায়বসি কাওফম থোক্তে, অচুম্বা খঙনিঙদুনা থি-হুমলিবা ঐখোয়না মহম্মদনশিং অসি হিন্দুনি হায়না করম্না শকখঙগনি। কাশ্মীব অমসুং অতৈ ভারতকী মফমশিংদা লৈবা মহম্মদন অমসুং খৃষ্টানশিংনা লুহোং-খোংদোংবদা হিন্দুগী কাষ্ট রুলশিং ঙাক্লা চৎপা জাতি য়াম্না লৈ। মসিনা থাঙ্গৈশেংনা উৎলিবদি মখোযগী হান্নগী 'হিন্দু ব্রাৰ্ড অদুদা মীরৈবাক মচাশিংগী ঈ য়ানশিনখিবদু কায়দনা লৈরি হায়বা তাকপনি। অদুম ওইনমক মখোয়দু হিন্দু হায়রগা খঙনৰিবা ব্রাহৈ অসিনা কোনশিনবদি য়ারোই। ঐখোয় হিন্দু হায়বসিদি অপুনবা পুনশিনবা নত্তে, ঐখোয়গী থম্মোয়গী ঈহুননা ফ্রং ফ্রং চোংলিবা, থব্রাই য়াওবা নুংশিবা মতা, অচৌবা সভ্যতা, ঐখোয়গী হিন্দু সংস্কৃতি অমসুং অসিদা পীরিবা ভক্তি সন্মান অসিনচিংবগী অপুনবা লীচিং অমসু য়াওরিবনি। হিন্দু মপুঙ ফাবা অর্থ পীবা ঙমই, মসি সংস্কৃত লোন্দগী থৌরকপা ব্রাহৈনি, মসিমক অখন্ননা কলচর অসিবু ঙাক্লুনা হেন্না ফজনা ফোংদোক্লবা পাম্বে ওই, পূম্নমক অসি জাতি অসিগী ইতিহাস ফজনা ঙাকশেন্নবা পাম্বেসু ওই। ঐখোয়সি অমত্তনি মবমদি ঐখোয় ন্যাশন অমনি, জাতি অমনি অমসুং অপূনবা অমত্তা ওইবা সংস্কৃতি (সিভিলাইজেশন) অমনি।

## সিভিলাইজেশন(সভ্যতা) হায়বসি করিনো?

সিভিলাইজেশন হায়বসি মীওইবগী ৱাখল ফোংদোকপনি। সিভিলাইজেশন হায়বসি মী-না পোৎচাক্তগী শেন্বা পোৎশিংগী হিসাবনি। পোৎচাকশিং অসি ঈশ্বরনা শেন্বা ওইরবদি সিভিলাইজেশন অসি অপীকপা মীওইবনা শেম্বা খুৎশেমনি। খ্বাইদগী ফবা মওংদা হায়রগা মীগী থৱাইনা মপূঙফাবা মী অমসুং পোৎচাক্কী মথক্তা জয় তৌবনি। মফম পুন্নমক্তা অমসুং পাকশন্না মীনা মাগী আত্মা নুংঙাইনবা পোৎচাক্তগী শেন্বা ঙম্বা পুন্নমক শেন্বদা মায় পাকলকপশিংদু সিভিলাইজেশনগী অহৌবনি। মসিনা মপূঙ ফাবা নুংঙাইবগী অধ্যাত্মিক্কী অপাম্বা পূম্বা ফংহন্নবা, মদুনা পাঙ্গল শক্তি, ফজবা অমসুং নুংশিবগী অৱাংবা থাক্কী নুংঙাইবা পীবগী পাম্বৈ পূন্নমকপু জয় তৌববা মদু সিভিলাইজেশননি।

জাতি অমগী সিভিলাইজেশনগী ৱারী অসি, মসিগী ৱাখল থবক অমসুং মদুদগী কান্নবা ফংলকপা অদুগী রারিনি। সাহিত্য অমসুং কলানা মসিগী ৱাখল ফোংদোকই. সোসিয়েল ইনষ্টিটিউশনশিংনা অমসুং ইতিহাসনা মসিগী থৌনাফবগী থবক পাংথোকপশিংদুনি। পূন্নমকসিদা মীওইবনা তোখাই তাদুনা লৈবা ঙমদে। আন্দামানদা লৈবা অরিবা চাউখৎত্রিবা মীশিংনা ডুঙ্গী (হি মচা) না আমেরিকাগী হৌজিক কালগী ড্রেড নট, লালগী জহাস শাবদা ইথিন পীখিবনি হায়বসি অচুম্বনি। খ্বাইদগী নৌরিবা পেবিস সহবদা শক ফজবী কয়ানা পুথোক্লিবা অনৌবা ফেশনশিং অসি 'পাটুআ' লৈশাবীশিংগী ফিরোল শেৎ-চাবগী পথাপ উনা চবুল অমা মাঙদা পূন্দুনা য়াম্বহনবা খ্বাংগী খ্বাংলীগী মপূঙ ফারবা লৈতেং অদু মথাং কয়া থাংথারকপদগী ওইরক্লিবা ফিভমনি।

অদুম ওইনমক ডুঙ্গীদি ডুঙ্গী ওইদুনা অসুম লৈরি। ড্রেডনটসু ড্রেডনট অদুম ওইরি; মখোয়শিং অদু সুকমান মান্নদে, মান্নবা পোৎ অমদগী থোরকপনি হায়বা থিন্দুনা তাক্লবা অমত্তা লৈতে। হিন্দুশিংনা অতৈ জাতি অমগুম্না অতৈ অতোপ্পদগী মাঙজিল থারকপা, নত্রগা অতোপ্পদগী লৌশিল্লকপা কয়া অমা লৈরম্লবসু ঐখোয়গী সভ্যতা অসিদি অতৈ অতোপ্পা কলচরেল ইউনিট কয়াদগী তোমথিল ওইদুনা লৈ হায়বসি অরানবা ওইররোই। অনিশুবদা মখোয়গী মনুংদা মশেল খেন্নবা কয়া লৈদুনসু মখোয়গী মরক্তা

মান্নদবদগী মান্নবনা শরুক্কা য়াম্না হেল্লি। হিন্দুশিং অসি কলচরেল ইউনিট অমা ওইনা শকখঙবা য়াবগী অধিকাব অসি মসিগী অপূনবা ইতিহাস, অপূনবা সাহিত্য অমসুং অপূনবা সভ্যতা অমা লৈবনিনা কনানসু য়াদফম থোক্তে।

হিন্দুশিংগী মশাগী ইতিহাস লৈতে হায়বসি চুম্লবসু লাল্লবসু যাম্না ওইথোক্তবা ৱাঙাং ওইনা ঐখোযনা তায়, অদুম ওইনমক হিন্দুশিং অসি অচৌবা যুহাবাবা কয়া অমসুং ঈশিং ইচাও কযাদা থোং লান্দুনা ঐখোযগী থাইনগী ইতিহাস ঙসি ফাওবা ঙাক্তুনা থম্লকলি। ঐখোযগী ইতিহাস অসি বেদশিংদগী অহানবা ওইনা হৌই। হিন্দু নুপীমচা অমনা ইহান হান্না তাবা ফংবা নাউশুম ঈশৈদি সিতাগী মবমদা শকপা ঈশৈশিংদুনি। ঐখোয অযাম্বনা বামবু ঈশ্ববগী অবতাব অমা ওইনা লৌনৈ: খব অমনা মহাকপু থৌনা ফবা অমা ওইনা, লান্দা থৌবা লৈশি-লৈথোন্দুনা জাতি অসিগী মঙাল লৈবা নিংথৌ অমা ওইনা ভক্তি তৌনবি। মাকতি অমসুং ভীমশেন, পাঙ্গল অমসুং হকচাংগী মপৃঙ ফাবা শকতম ওইনা হিন্দু খুদিংগী থম্মোযদা ঙাম্বোইবি, সাবিত্রী অমসুং দময়ন্তি হিন্দু নুপীশিংগী মক্তুবা সতীত্বগী ফিদম্নফমনি। গোকুলগী শঙ্গেন্নহাদুগী মফমদা থমজবা বাধাগী প্রেম ভক্তি অদু হিন্দু নুপী অমনা মাগী নুংশীজবা অদুগী মফমদা থমজদুনা শেংলবা নুংশিবগী খোম্থাং ওইনবি। কুরুগী নিংথৌ মচাশিংনা লানফমদা থেংনখিবা হিংচাবগী শক্তম লৌবা যুদ্ধ, আর্জ্জুন অমসুং কর্ণগী, ভীম অমসুং দুষাসনগী আনির্গী মবক্তা থেংনখিবা চহী লিশিং কযাগী মমাঙদা থেংনখিবা দ্বন্দ যুদ্ধ, খুঙ্গং খুঙ্গংদা, সহব সহবদা অতৎপা লৈতনা শৈথানবি। অভিমন্য, আর্জুন্না হেন্না ঐখোযনা নুংশিখিবদগী হেনবা নত্তে। লঙ্কাদগী কাশ্মীব ফাওবা, মিৎসনা থম্বালবু ঙমজবা যুবক অদুনা লান্দ তুখিবগী পাউ তাবদা, শিন্থখিবা পিবাং অদুগুম্না হিন্দুস্থান্না ঙসি ফাওবা থম্মোয শোক্না অৱাবগী পিরাং শিন্থবা লেপত্রি। অতৈ কবিবু হাযনিঙাই লৈবিবগে? বামাযন অমসুং মহাভাবত খক্তনা ঐখোয়বু অমত্তা ওইনা পুনশিনবা অমসুং জাতি অমা ওইনা চেৎশিলহন্নবদা য়ুস্ফম পীরমই। ঐখোয়না মজ্জিনি (Mazzuni) গী পুন্সিগী ৱাবী পাবে অদুগ অঙকপগা লোযনা লাউথোরকই, "মখোয়দু কয়াদা মবৈপাক নীংবা মচা ওইখ্রবা!" ঐখোয়না মাধবচার্য্যগী পুন্সি পারুবে অদুগা

লাউথোকলে, 'কয়াদা মরৈপাক নীংথ্রবা মচানো' গোবিন্দসিংগী শহীদ ওইখিবা মচানা লানফমদা তুখিবদা বেঙ্গল অমসুং মহরাষ্ট্রদা খোঙ্জেল থোক্লা তেংথা-নাওইখি। অরাংগী আর্য্য সমাজগী ইতিহাসকার অমনা খা খম থেংবদা হরিহর অমসুং বুক্কানা থরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা লাম্থেংনখিবা অদুবু মাগীদমক্তনি হায়না খনখি, খা খম থেংবদা গুরু তেগবাহাদুরনা থরাই থাদোকখিবা অদু মাগীদমক্তনি হায়না মপুক্লিংদা ফাওখি। ঐখোয়গী অপূনবা নিংথৌশিং লৈরমই, অপূনবা রাজ্য, অপূনবা লেংদবা মরা চেৎপা লৈরমই। ঐখোয়গী অপূনবা জয় ওইবা, মায়থীবা লৈখিরমই। 'মোকাদসয্যা' পিসাল, জয়চন্দ, কালাপহাড়-নচিংবনা পাপকী থবকশিং তৌখি হায়বা ঐখোয় খ্বাইনা খঙলি। 'অশোক, ভাস্করাচর্য্য, পানিনি অমসুং কপিল' নচিংবগী মমিংতা তাবদা ঐখোয় পূম্নমক্কী থম্মোয়গী পাঙ্গল হাপই অমসুং চাউথোকচৈ।

হিন্দুশিংগী মবক্তা মশেল লাল তৌনবগী থৌদোকশিং যাম্না লৈখি। মসি জাতি পুম্নমক্কী ওইবা মহৌশানি। ইংলিসশিংগী মখোয় মশেল মবক্তা 'ৱারস অফ রোজেস' লাম্থেংনখি, ষ্টেট অমগা ষ্টেট অমগা, কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা, বর্ণ মশেল, লানশোক্লে। মখোয় মশেল লাল শীঙনরগা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দানবা মীরৈপাক্কী মতেং নিকংবসু য়াওই। ইটালি, জর্মনি, ফ্রান্স অমসুং আমেরিকা-নচিংবা লৈবাক অসিবু জাতি অমা, ন্যাশন অমা অমসুং মখোয় মখোয়গী অপূনবা ইতিহাস লৈরব্রা? মখোয়গী লৈরবদি হিন্দুগীসু লৈ। হিন্দুশিং অপূনবা ইতিহাস অমা লৈতে হায়ববদি পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবর্কশিংসিগী ইতিহাসসু লৈতে হায়বা য়াই।

ঐখোয়গী ইতিহাসনা জাতি অসিনা তৌখিবা থবকশিং তাকলি, অসুম্না ঐখোয়গী সাহিত্যনা মসিগী খ্বাইদগী মপূঙ ফাবা ৱাখল্দা ঐখোয়গী জাতিসিনা খল্লম্বা ৱাখলশিংগী ৱারীশিংদু ইবি। ৱাখল হায়বসে মদু ফোংদোক্ল বগী পাম্বৈ ওইরিবা অপূনবা লোল সংস্কৃতকা খাইদোক্লবা যাবা নত্তে। থাঙ্গৈশেংবনি মসি ঐখোয়গী ইমা লোলনি, লোল অসি ঐখোয় জাতিগী ইমাশিংনা লোল্লম্বা লোন্নরিবা লোলশিং অসি পোকপিরম্বনি। ঐখোয়গী লাইওইববা ইপা ইপুশিংদুনা সংস্কৃত লোল্লমই, ঐখোয়গী মুনি ঋষিশিংনা সংস্কৃত লোন্দা ৱাখল খল্লমই, ঐখোয়গী কবিশিংনা সংস্কৃত

লোন্দা কাব্যশিং, ঈশৈশিং অমসুং কবিতাশিং ইরমই। ঐখোয়গী খ্বাইদগী ফবশিং, অফবা ব্রাখল, ফবা ব্রাহে পরেংশিং, থম্মোয়দা পানদুনা থিরকপশিং সংস্কৃত লোননা কিজোল ওইরগা থোরকপা জ্ঞান ঙাক্তনি। মীশিং কোটি কয়াদা মসি মখোয়গী মপা মপূগী লোলনি, পূন্নমক্তা মসি লোল পূন্নমক্তগী তোমথিননি, অপূনবা উত্তরাধিকারনি, অপূনবা লননি, মসিনা ইমুং অসিগী সিষ্টর লেঙ্গুয়েজ ওইরিবা গুজরাটি, গুরুমুখি, সিন্ধী, হিন্দী, টামিল অমসুং টেলেগু মহারাষ্ট্র, বেঙ্গলী, অমসুং শিঙ্গালিবু ইনাক খুনবা লোলশিং ওইহল্লি, মসিনা অমুক ঐখোয়গী শিংলীগী লংলা ওইদুনা পূন্নমক্কী মশাদা চেল্লি, ঐখোয়গী পূক্লিংদা ফাওবা অনুভবশিং ময়েক শেংহল্লি, খোন্দা ফজহল্লি পুক্লিংগী অপাম্বা খুদিংমক ফোংদোকপা ঙমই। মত তিন্ননা ফোংদোকপা ঙমই। মসি লোল অমা ওইবতা নত্তে, হিন্দু পূন্নমক্তা মসি মন্ত্রগী মশক ওইনা লৌনৈ, পূন্নমক্তা ঈশৈগী ঈশৈ ঙাক্তনি। বেদশিংসি জৈন ধর্ম্ম চৎপশিংদা লৌখৎনরবা লাইরিক অমা ওইবগী মফম পীদে অদুবু বেদশিং অসি খ্বাইদগী লিরবা মখোয়গী জাতিগী ইতিহাস ওইবনিনা ঐখোয় পূন্নমক্তা লৈবা ঐখোয়গী ওইবা ব্রাখলগুম্না জৈন ধর্ম্ম চৎপা মীশিংগী মফমদসু লৈ। আদিপুরাণ অসি সনাতনী অমনা ইবা নত্তে অদুম ওইনমক মসি সনাতনিষ্ট অমসুং জৈনশিংগী অপূনবা লন ওইরি। 'ব্যাবপুরাণ' অসি লিঙ্গায়টশিংগীদি বাইবলনি। তৌইগুম্বসুং মসি লিঙ্গায়ট অমসুং হিন্দুশিংগা চপ মান্ননা মপু ওইমিন্নরি। 'বিচিত্রনাটক' গুরু গোবিন্দ সিংহনা ইবিরম্বনি, মসিসু বেঙ্গলদা লৈবা হিন্দুশিংনা তৌবগুম শিখশিংনা 'চৈতন্য চরিতামৃত' বু মখোয়গী সম্পাতি ওইরি। কালিদাস, ভবভুতি চরক অমসুং সুশ্রুত, আর্য্যভট্ট, অমসুং বরাহমিহির, ভাস অমসুং অশ্বঘোষ, জয়দেব অমসুং জগন্নাথ পূন্নমক্না ঐখোয়গীদমক্তা ইরমই, ঐখোয়গী ব্রাখল পীরমই, মদু হৌজিক্তি ঐখোয় পূন্ন মক্কী অপাম্বা লনশিং ওইররে। টামিল লোনগী অইবা 'কম্ব' না ইরম্বা লাইরিকশিংগা 'হাফিজ' না ইবা লাইরিক্কা পূন্না থম্লগা করম্বনা নহাক্কীনো হায়না বেঙ্গলদা হংবদা 'কম্ব' মাগীনি হায়রক্কনি 'সেক্সপিয়ার' গী লাইরিক অমগা রবিন্দ্রনাথকী লাইরিক্কা মহারাষ্ট্রগী হিন্দু অমদা করম্বনা নহাক্কীনো হংবদা, মহাক রবিন্দ্র মহাক্কীনি হায়রক্কনি।

কলা অমসুং য়ুম-কৈ শাবগী বিদ্যাশিংসু জাতি অসিগী অপূনবা উত্তবাধিকাবনি, মখোয়শিংদু বৈদিকী নত্রগা অবৈদিকী ৱাখল্লোন্দগী বঙ্গৎপা ওইব্রবসু মদু ঐখোয়গী অপূনবা ফংজবকপনি। মবমদি মদু চৎনহন্নবা নোমন্ত্রিবা শিল্পীশিং, লমজিং লমতাকপীখিবা মাষ্টবশিং শেম্বুম পুথোকখিবশিং, চৎনবা যানবা শিনখিবা নিংথৌশিং অচৌবা জাতি অসি শাবিবা বৈদিক অমসুং অবৈদিকশিং লৈবাকসিদা লৈবকপনি, সিন্ধুদগী 'সিন্ধু ফাওবা পাক চাউপ্রবা হিন্দু জাতিদা মপূ ওইবনি। ঙসি সনাতনিষ্ট ওইবিবশিং অসিনা বুদ্ধগী নিংশিং ফুবা, য়ুম্বী অমসুং মুর্ত্তিশিং শাবদা থৌদাং লৌখ্রিবনি, অদুগা মতমদুদা বুডিষ্ট ওইবম্বশিংনা সনাতনি আর্ট অমসুং অর্কিটেকচবকী নিংশিং খুদমশিং শাবা যাওবম্বনি অমসুং থৌদাং লৌবম্বনি।

অপূনবা 'লো'শিং অমসুং ধর্ম্ম কর্ম্ম অমসুং পূজাশিং অপূনবা প্রতিষ্টানশিং অমসুং অপুনবা আইননচিংবা যানদুনা চৎনববশিং অসি খোৎ খোৎপমক পুমান মান্নদ্রবসু ঐখোযগী জাতিগী অমত্তা ওইবগী য়ুম্ফম অমসু উবা ফংই। হিন্দু লো-গা মসিগী মনুংদা লৈবিবা হিন্দুগী আইনগী লোলশিংগা (জুবিস প্রডেন্স) মবক মবক্তা খব খব খেন্নবা অমসুং য়েৎনবা থেংনববসু, মতম অমসুং মফমনা ওইহল্লকপা অহোংবা খব লৈজববসু মশাগী লনাই ওইনা হৌগৎলকপগী মওংদি কবিসু কাযদে। আমেবিকাগী ষ্টেটশিং, বৃটিশ কমন ৱেল্টনচিংবদা লো-মেছিনশিং যাম্না থুনা চাউখৎলক্নুনা লো-মোদেল কযা শেম্নবকখ্রে। ঐখোয়গীসু জুবিসপ্রডেন্সকী লোলশিংগী নীতি অমসুং মদু চাউখৎনবা অমত্তা ওইবা মওং তানবা নাতৈ চানা লেংশিল্লবা আইনশিং শেম্লে। ইংলিস লো, নত্রগা বোমান জুবিসপ্রডেন্স নত্রগা আমেবিকান লোশিং অসি মখোয়গী য়াম্না মান্নবা মনুংদা অমত্তা ওইবা অসিনা তোঙান তোঙানবা মমিংশিং থোন্দ্রবসু যাবনি। মহম্মদন লো অসি মশাগী লনাই ওইনা অসুম লেপচবি। অদুবু 'খোজা' নত্রগা 'বোহবা' অমসুং অতৈ অতোপ্পা মহম্মদন কাংলুপশিংনা অকায়বা খর চত্তুনা অমাঙবা খবা থোকহন্দবদি নত্তে। হায়বিবা কাংলুপশিং অসি মখোয়গী পুক্সিগী লম্বী খবদা মরু ওইনা মমা মপাদগী ফংবা লম্বুমগী মতাংদা হিন্দু লোগী মতুং ইন্না চৎনৈ। পঞ্জাব অমসুং মহাবাষ্ট্রদা চৎনবা হিন্দুগী কষ্টম খব বেঙ্গল নত্রগা সিন্ধদা চৎনবগা খেন্নবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মান্নবা শককতি অসুপকী মতিক

য়ামপ্রে মদুদি মহারাষ্ট্রদা চৎনরিবা লো অদু বেঙ্গল অমসুং সিন্ধদা চৎনরিবা লো-বুক অদুগী খোন্থাং য়েরকপদৌনা চৎনরিবা নিয়ম, চৎনবী অমসুং আইনশিং পুম্নপ পুনশিল্লগা হিন্দু লোদা চপ চানা হাপচিল্লবনি। অদুগা ফন হৈশিংনা ব্রানা হোৎনদুনসু ইংলিশকী মহম্মদনগী অমসুং জাপানগী লোবুকতদি হাপচিনবা শুপয়া য়ারোই।

ঐখোয়গী হরাউ কুম্মৈ উসব মেলা অমত্তনি। ঐখোয়গী ধর্ম্ম, কর্ম্ম পুজানচিংবা অপূনবা মওং অমত্তনি। দশরা অমসুং দিব্রালী, রাক্ষীবন্ধন অমসুং হোলি হিন্দুশিংনা লৈবা মফমশিংদা পালন তৌই। শিখ অমসুং জৈন, ব্রাহ্মণ অমসুং  পঞ্চম পুম্নমক মান্ননা থৌরমশিংসি পাংথোকনৈ। কনাগুম্বা অমা হিন্দুস্থানতদা নত্তনা গ্রেটর হিন্দুস্থানদা হায়বদি হৌগৎলকলিবা মহাদেশ পূম্নমক্তা দিব্রালী নুমিত্তা অচৌবা হিন্দু লৈবাক অমা উবা ফংগনি। টরাইগী জঙ্গল মনুংদা লৈবা খাংপোকশঙ মনুংদা অপিকপা থাউমৈ মচা মচাশিং ঙানবা উগনি। রাক্ষী পূনবা পুনশিনবগী মওং মাদ্রাজী ব্রাহ্মণশিং অকনবা ব্রতগা লোয়ননা থম্মোয়গা থম্মোয়গা, ব্রাখলগা ব্রাখলগগী ওইবা অকনবা মুগাগী লংলানা চেৎনা পুনশিল্লি। অদুমকপু ঐখোয়না হিন্দুত্বগী তঙাইফদবা থৌবমশিংদা কবিগুম্বা ধর্ম্ম অমগী 'ইজম' পুশিল্লকপা পামদে, সুপ্নতগী জাতি অমা ওইবগী ব্রাখল্লোন্দা শিংথারুবগী ব্রাতনি। ঐখোয়গী ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা তির্থ মফমশিং, হিন্দু জাতিগী থাঙথরক্লিবা লম্বুম পোৎচৈ, ঐখোয়গীনি। রথ যাত্রা ফেস্টিভ্যাল ভগবান জগন্নাথকী, বৈশাখী অমৃতস্বরদা, কুম্ভ অমসুং অর্ধকুম্ভ, পুম্নমক অসি জাতি অসিগী অশেংবা অমদি অহিংবা অপুনবা মীয়ামগী সভানি, মসিনা জাতিসিগী পুন্সি অমসুং ব্রাখলগী করেন্ট অদু ঐখোয়গী বোডি পোলিটিকতা থুংনা শন্দোক্নুনা লৈ। খুন্নুংগী চৎনবী অমসুং পুজা, ধর্ম্ম কর্ম্ম, অমসুং শাস্ত্রগী মতুং ইন্না তৌবা সংস্কারশিং কয়া অমনা ধর্ম্মগী তৌফম থোকপা মথৌ ওইনা তৌই, অতোপ্পা খরনা সমাজগী পুন্সি মওং অমা ওইনা পাংথোকই, অদুবু পুম্নমকসিদা কনাগুম্বা অমদা অপূনবা অমত্তা ওইবা হিন্দু জাতিগী পুন্সি মওং অমগী শকফম ওইদুনা নুংঙাইবা পুন্সি ওইহল্লি।

পুম্নমক অসিনা, পূন্না লৌরবদা ঐখোয়গী সভ্যতা অমসুং কলচরেল ইউনিট অমগী মচং ওইবা তঙাইফদবশিং অদু পীদুনা সভ্যতা অসিগী তোপ

তোঙ্গা অমা ওইহল্লি। ঐখোয় হিন্দুশিং অসি রাষ্ট্র অমা ওইবতা নত্তে জাতি অমসুনি, অনিমক্কী অপূনবা ওইবনিনা অপূনবা সংস্কৃতি অদুসু ফোংদোকই, ড়াক্কুনা থমই অমসুং মীহৌরোল্দগী হৌরদুনা জাতি অসিগী ইমারোল ওইরিবা সংস্কৃত লোন্না মসিগী ফোংদোক্লবগী পান্থে ওইরকই। হিন্দু অমা ওইবা মীপুম খুদিংমক্কা অসিগুম্বা সংস্কৃতি অসি লৌরকই, অদুনা মহাক্কা মশাদুমক্কী মপা মপুগী ঈ অমসুং লৈঙাক্কুদগী ওইরকপা হকচাং অদুগীসু লমন তোল্লি।

অদুনা হিন্দু অমা ওইবা হায়বসি সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা শব্দোক্কুনা লৈপ্লিবা লৈবাক অসিদা নুংশিশনবা ব্রাখল ফাওগদবনি, লৈবাকসি মপা মপুশিংদগী শিন্থরকপনি অচৌবা জাতি অমগী ঈ মবীনি হায়বা খঙগদবনি। মখোয়গী অহানবা হৌরকফমদি হিমালয় চীংশাং পবেংমুক ব্রাংখ্রবা বৈদিক সপ্তসিন্ধুদগী হৌবক্লগা পূন্নমক মান্ননা অদুগুম্বা মাঙলমচৎকী গুণশিং অদুগী ফল ওইনা হিন্দু সংস্কৃতিদগী স্বত ফংলকই, হিন্দু সভ্যতাগী অপূনবা ইতিহাস, অপূনবা ঐখোয়গী থৌনাফবশিং, পূন্নমক্কী ওইবা সাহিত্য অমসুং কলা, অপূনবা লো অমসুং অপূনবা জরিসপ্রভেক্স, মেলা অমসুং হরাও কুম্মৈ, ধর্ম্ম কর্ম্মগী উৎসব মেলা অমসুং শাস্ত্রগী মতুং ইন্না তৌবা সংস্কার পূন্নমক হিন্দু খুদিংমক চপ মান্ননা অমত্তা চিথদনা হিন্দু সংস্কৃতি অসি ইল্লি হায়বদি নত্তে, হিন্দু মচিল মনাওশিং অসিনা সংস্কৃতি অসিগী অযাম্বা শরুক্তি পূন্না ইনমিন্নবি। হিন্দু নত্তবা জাতিশিং অসিদা অসুম্না মান্নবা শরুক্তা অপূনবা সংস্কৃতি অমা ইনমিন্নবসি ইথেং থেংনদে। আরব অমা, ইংলিসমেন অমগা হিন্দু অমগা খেন্নবদি য়ামপ্লে য়ানবদি ইয়াও য়াওদে। অদুনা ইকুই কুইদনা খৃষ্টান অমসুং মুসলিম ওনথ্রবশিংগী অহানবা মীবোল্দা মপা মপু তিন্নরবা অমসুং অপূনবা ঈগী ঈচেল লৈদুনা লমদম অমত্তদা লৈমিন্নরবসু হিন্দু অমা ওইনা শকখঙবদি য়ারোই। মখোয়গী অনৌবা ধর্ম্মমত অমা লৌথ্রবনিনা মশানা হিন্দু সংস্কৃতিগী মনুং চন্দ্রে। মখোয়নসু, মখোয় হিন্দুগা য়াম্না খেন্নবা কলচবেল ইউনিট অমদা য়াওখ্রবনি হায়বা মশানা ফাওজবে। মখোয়গী থৌনাফবশিংবু ঈরাৎপা, মখোয়গী উৎসব মেলা, ফিদম্নফম ওইবশিং, মখোয়গী পূক্সিবু য়েংলিবা মিৎয়েং পূন্নমক ঐখোয়গা মান্নদ্রে। অদুনা হিন্দু পূন্নমক্তা চঙদবা য়াদ্রবা 'হিন্দুত্ব' গী মরু ওইবা মচাক অদু মখোয়দা লৈত্রে। মতৌ অসুম্না হিন্দুত্বগী অহুমশুবা মচং ওইবিবা জাতিগী

সংস্কৃতিবু নুংশিন লৌবা অসিনা হিন্দুত্বগী মশাগী ওইবা মওং লেপ্পা মসিনা মরোইরে হায়বা গুণশিং নত্রগা মচেৎ ওইনা মান্নবা লৌখৎপা য়াবশিং লৌখত্তুনা মপূঙ ফানা হিন্দুগী মহৌশাগী ওইবা মওং লেপ্পা ঙমহল্লি।

মরৈপাক-নীংবা 'বোহরা' নত্রগা 'খোজা' নচিংবা ইরৈপাক মচাশিংসি অমুক্তা য়েংখি। মখোয়না ঐখোয়গী হিন্দুস্তান হায়বা ঐখোয়গী ঈরমদম অসিবু নুংশি, য়েৎনবা লৈতনা লৈবাকসিবু মখোয়গী 'ফাদরলেণ্ড' নি হায়বা মখোয়গী ব্রাখন্দা লৈ। মহম্মদনগী ধর্ম্ম ইহান হান্না লৌখিবা ওইবনা মখোয় হকথেংননা হিন্দু মমা মপাগী ঈ মরীনি, শিন্থরকপনি হায়না ক্লেম তৌরি। মখোয় ব্রাখল লৈ অমসুং মরম চাবা থবক্তা তৌই, ঐখোয়গী ইতিহাস, ঐখোয়গী জাতিগী থৌনাফবশিংবু নুংশিরি। অচুম্বমকনি 'বোহরা' অমসুং 'খোজা' শিং অসি কাংলুপ অমা ওইনা ঐখোয়গী কম্যুনিটি, মপা মপুগী ওইবা হিন্দু লো অদুম ইন্দুনা চৎলি। মখোয় হিন্দুত্বগী তঙাইফদবা মচল অহুম হায়বদি 'রাষ্ট্র, জাতি, অমসুং সংস্কৃতিগী মতুং ইন্না মখোয় হিন্দুনি। হৱাও কুম্মৈ খরদা খেন্নবা জাতিগী থৌনাফবা খরবু লাই ময়ামগী মরক্তা হাপচিনবা, অকনবা মীশিং, লাই ওইনা তৌবা মীতাশিংবু ঈরাৎপনচিংবা খেন্নবা লৈবা য়াই। ঐখোয়না নৌনা নিংশিংবা য়াবদি জাতি অমগী মাচা খায়বা শরুকশিং খরদা ব্রাকৎপা খরদা হেঞ্জিনবা অসিনা হিন্দু সংস্কৃতিগী মপান্দা ইপ্লোকখিগদবা নত্তে, হিন্দুগী মনুংদা লৈরিবা কম্যুনিটি কয়া অসি তোঙান তোঙানবা চৎনবীশিং লৈ, মখোয়শিং অদু চুম্না য়ানদবতা নত্তনা য়েৎশু য়েৎনৈ। অদুম ওইনমক মখোয়শিং অদু হিন্দু ঙাক্তনি। অসুম্না মমাঙদা পনখিবা মরৈপাক নীংবা বোহরা, খোজা অমসুং খৃষ্টানশিং, হিন্দুত্বগী দরকার ওইবা মতিক চারবশিংদু লৈরবদি মখোয় অদু করিগী হিন্দু ওইনা শকখঙলোইদৌরিবনো।

## হিন্দু কনানো?

'হিন্দুত্ব' অমসুং 'হিন্দুইজম' হায়বা ব্রাহৈশিংসি হিন্দু হায়বা ব্রাহৈ অসিদগী লৌরকপা ঙাক্তনিনা হিন্দু জাতি পূম্নমক্কা মরী লৈননা তঙাইফদনা

খঙনবা তাই। হিন্দুগী মক ওইবা সেঙ্গন অমবু থাদোক্লম্লগা পীবা হিন্দুইজমগী সংজ্ঞা অদু মখোয়গী থাজবা অদু লানবা নত্রগা হিন্দুত্বগী ঙমখৈদগী হেন্দোক্লা চংখিবা ওইগনি, মদু মশানা পূমলান লাল্লে হায়বা তাই। হিন্দইজম হায়বসি হিন্দু জাতিনা জাতিগী ওইনা চংনবিবা ধর্ম্মগী থাজবশিংদুগী অপূনবা সিষ্টেম অমনি। হিন্দুশিংগী ধর্ম্মগী থাজবশিং অদু পুথোক্কে হায়ববদি কবিনা হিন্দুইজমসি শাবিবনো, হিন্দু হায়বা ৱাহৈশিংগী চপ চাবা অর্থসু হনখিবা তাবি। হিন্দুগী ৱাখল, আইডিযা লেপ্পবা হোৎনবা চঙই, হিন্দুইজমগী মচং ওইবশিংদু পুথোক্লবা হিন্দু কম্যুনিটি পুম্নমক অমত্তা চিংখদনা কোনশিনবা তাবনি। মসিগী মবমদি হিন্দুইজমগী সংজ্ঞা, অর্থ চপ চানা হনবা ঙমদদুনা হিন্দুইজমগী দবকাব ওইবা ধর্ম্মমত অদু চেন্দে হায়দুনা অবৈদিক ৱাখল্লোন চেনবা ইচিল ইনাওশিং শিখশিং, জৈনশিং দেবসমাজী অদুগা মবৈপাক নীঙবা চাউখৎলবা আর্য্যসমাজী কাংলুপশিং হিন্দুইজমগী মনুং চন্দে হাযনা লৌকববদি পূম্নমক্তা অকাযবা ওইগনি।

হিন্দু কনানো? -হিন্দুইজমগী ধর্ম্মমত, নীতি চৎলিবা মীশিংদু হিন্দুনি। অদুদি 'হিন্দুইজম হাযবদুদি কবিনো'? অদুগুম্বা ধর্ম্মগী নীতিদু হিন্দুশিংনা ইল্লিবা অদু হিন্দুইজমনি। মসি অসুম্না কোইবৈ লৈদুনা যেৎনদুনা লৈবে, কবিগুম্বা অপেনবা ৱাবোই অমা পুবকপা ঙমগদবা মান্দ্রে। ঐখোয়গী মকপ মপাং কয়ামকমনা অবানবা লম্বীদা চৎশিল্লুবদগী হন্দোবক্কুনা ঐখোযদা হাযবক্লে, হিন্দু কৌবা য়াবা জাতি অমা সুপলৈ লৈতে। হে শিংলবা পীথোবকপা শক্তি লৈববা ইংলিসমেনশিংগুম্লবা ইণ্ডিযান মচা খবনা হিন্দুইজম হাযবা ৱাহৈসি অহানবা ওইনা শেমখিবনি, মখোযনা ইংলিসিজম হায়বা মান্নবা ৱাহৈ অমসু শেমখি, অদুগা ইংলিস জাতিশিংগী মবত্তা মনুংদা লৈবিবা মান্নবা ধর্ম্মমত(থাজবা) অদু থিদোক্লবা হোৎনখি। কাংলুপ লিশিং কয়া, সমাজ কযা, জিউদগী জেকোবিন, ট্রিনিটিদগী ইউটিলিটিশিংগী মবত্তা থিজিনবা চত্থখি, নীঙবা কাযনা হন্দোবকখি অমসুং লাউথোবকখি, 'ইংলিস জাতি কৌবা জাতি অমত্তা লৈতে'। অসুম্না থিবমখৈ থিরুবগা হিন্দু জাতি হাযবা অমত্তা লৈতে হায়ববদি য়াম্না চনৈনবিবা ৱাখল, মতৌ কবম্না হিন্দুইজম অমসুং হিন্দুত্ব হায়বা ৱাহৈ অনিসিগী মচাক ওইবা পোৎলমশিং শুগাইনা খন্দোকপা ঙমদ্রিবা চমম্লবা বুদ্ধি তাহন্দবা অসি কোকহন্নবা মখা তানা নৈনখিবা তাবি।

হিন্দুইজমগী অর্থদি হিন্দুগী ইজম হায়বনি, হিন্দু হায়ব ৱাহে অসি 'সিন্ধু' হায়বা ৱাহে অসিদগী লৌরকপা মরম্না অহানবা ওইনা সিন্ধুদগী সিন্ধু তুরেল ফাওবা শব্দোত্তুনা লৈরিবা লমশিং অসিদা লৈবা মীশিং অদুবু খঙনরম্বনি। অদুনা হিন্দুইজম হায়বসি দরকার ওইরকপদগী মশাগী ওইনা লমদমসিগী মীশিংগী ওইবা ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্মশিং অদুবু খঙনৈ। ঐখোয়না তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মমতশিং অদু অমত্তদা পূনশিনবা ঙমত্রবদি থেন্নবা ধর্ম্মমত অদু অমত্তা ওইবা ধর্ম্মগী সিষ্টেম অমগী মখাদা পুশিল্লকপা অমনি। হিন্দুইজম অসি সিষ্টেম অমা নত্রগা সিষ্টেম খরা অমত্তদা য়াননা পুনশিনবা নত্রগা য়ানদবা নত্রগা য়েংননা ওইবা য়াই। তৌইগুম্বসুং হিন্দুইজমগী য়ুম্ফম ওইবা অর্থ অদুদি হিন্দু ন্যাশন অমা লৈরকপগী থাজবদি মাঙহল্লোইদবনি, অসুম্না তৌবদা অবৈদিক অমসুং বৈদিক ইচিল ইনাওশিংগী ৱাখলদি শোকহল্লোইদবনি। মখোয়বু হিন্দু জাতিগী মুশি মুশিবা মঙালগী মপান্দা ইহ্লোকখিরোইদৌবনি।

ঐখোয় মতাংসিদা হিন্দুইজমগী মহৌশাগী ওইবা, মচং ওইবশিং অদু লেপথোক্কবা খন্নদুনা লাক্লিবনি। হিন্দুইজম অসি করিনো হায়বা থিবা হোৎনবদা হিন্দু কনানো হায়বা ৱাফমসিগী পাউখুম পীবা তাবনি। ৱাহং অসিগীপাউখুম পীনবা হোৎনবদা, হিন্দুত্বগী মচং ওইবশিং লেপ্পা ঙমগনি অমসুং হিন্দু কনানো হায়বা খঙবা ঙমগনি। হিন্দুইজম হায়বসি নিংথিজনা হায়রবদা হিন্দু জাতিগী কম্যুনিটি পূম্নমক্কী ওইবা ধর্ম্মগী থাজবা অদুবুনি হায়না লৌগনি। তৌইগুম্বসুং মসি হিন্দু জাতিগী মেজোরিটি ওইবা কাংলুপ অদুবু খঙনবদা শিজিন্নবা ওইনা তৌই। মসি মহৌশাগী ওইনা ধর্ম্ম অমা, লৈবাক অমা নত্রগা কাংলুপ অমা মদুগী মমিং অদু শেমখিবদা, শরুক য়ামিন্নখিবা শক্তমদগী লৌরকপনি। মসি লায়না মরী মখোং থিবদসু খুদোং চাই। তৌইগুম্বসুং খুদোংচাবা ৱাহৈ অদু চুমদবা, মাঙননবা লান্না চৎখিবা য়াবা মমিংদি ঐখোয়না লৌরোইদবনি। হিন্দুগী অয়াম্বা শরুক্কা ধর্ম্মসিগী মথং মনাও নাইবা পথাপ অদুদা মত ফোংদোকই, অদুগা শ্রুতি, সমৃতি, পুরাণ নত্রগা সনাতন ধর্ম্মনা তাক্লিবা মতুং ইন্না শুগাইনা পী। কনাগুম্বনা মসি বৈদিক ধর্ম্ম কৌরবসু লান্দে। তৌইগুম্বসুং পুম্নমকসিগী মপান্দা হিন্দু খরা লৈ মখোয়না পুরাণশিং, সমৃতিশিং অমসুং শ্রুতিশিংগী শরুকশিং, মপূম ওইনা নত্রগা মচেৎ ওইনা য়াদবসু লৈ। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না হিন্দু ধর্ম্ম অসি

হিন্দুগী অয়াম্বা শরুক্তা ইনবা ধর্ম্ম অমা ওইনা লৌরবদি মদু ওর্থোডোক্স হিন্দুইজম কৌবা য়াই অদুগা অতৈ ধর্ম্ম ইন্দবশিং অদুনা হেটেবোডোক্স কম্যুনিটিনি হায়না লৌবা য়াই। অদুগা কম্যুনিটিশিং অসিদি হিন্দুদি ওইবনিনা হিন্দুত্বদগী খাইদোকপদি লুগনি অদুগা অচুম্বসু ওইরোই। মাইনোরিটিশিং অদুসু মমিং অমগী দবকাব ওই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না ওর্থোডোক্স হিন্দুতবু হিন্দুইজম কৌববদি, হেটেবোডোক্স কৌনবিবশিংদুদি হিন্দুইজম ওইদবা তাবনি। অসিগুম্বা তাথবকপা ৱাবোই অসি ৱাখলগী লীচাং অদুদা হান্না থৱাই য়াওনা য়ানিংলম্বা মীশিং ফাওবা চিংনবা পোক্কনি। অদুনা ঐখোযনা ফংবদা ঐখোয়গী শিখ, জৈন, লিঙ্গায়ট, সমাজিশিং অমসুং অতৈ মীওই মিলিযন কয়ানা শাথিনা য়ানিংলোই। মখোয়গী অপোকপশিংগী অপোকপশিং অদু মীবোল তবাবোমগী মমাঙদদি হিন্দু ওইবম্বনি, মখোয়গী শিংলিদা হিন্দুগী ঈ চেল্লিবনি, কবম্না অসুপ থুনা হিন্দু ওইবা তোক্কদৌবিবনো। মখোয়শিংগী মবক্তগী সেক্সন খবনা হায, মখোয় লম্বী অনিগী মনুংদা অমা খন্নবগী মায়োক্লবি, অমনা মখোয়গী শাস্ত্রগা মবী লৈনদবা কর্ম্মশিংগা মবী লৈনবা কস্টম অমসুং থাজবা ধর্ম্ম মত অন্ধবিশ্বাসনি হায়না ইন্দবা নত্রগা মখোয়গী মপা মপুশিংগী ওইবম্বা জাতি অসিদা তিনবা অদু তোকখিবা। অসিগুম্বা শাথিনবা ৱাখল অসি মক ওইনা হিন্দুইজম হাযবা ৱাহৈ অসি লান্না শিজিন্নরুবদগী ওইবকখিবনি। ধর্ম্ম অসি অয়াম্বা শরুক্কী মীশিংনা চৎপা ধর্ম্মনি হায়না খণ্ডনবদগীনি। ৱাহৈ অসি মসিগী চপ চাবা অর্থ লৌদুনা হিন্দু পূম্নমক্কী ধর্ম্মনি হায়না লৌবা অমা নত্রগা মসি ঙম্লোইদবা লৈববদি ৱাহৈ অসি পূবা থাদোকপা অমা তৌবা তাই। হিন্দু অযাম্বগী ধর্ম্ম নত্রগা খণ্ডনবা য়াবা থাইনগী য়ানববা মমিংদি সনাতন ধর্ম্ম কৌবা য়াই, অতৈ লেমহৌবা হিন্দুশিংনা মখোয়গা য়ানববা মবী লৈনবা মমিংশিং, আর্য্য ধর্ম্ম নত্রগা জৈন ধর্ম্ম নত্রগা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং শিখ ধর্ম্ম হায়না খণ্ডনবা যাই। হায়বিবা ধর্ম্মশিং অসি পুল্লপনা খণ্ডনবা দবকাব ওইবা 'জেনেবিক নেম' অমা ওইনা শিজিন্নবা য়াই। অসুম্না তৌববদি তশেংলবা ৱাবোল ফোংদোকপদা অর্থ অনি লোংদবা চপ চাবা খণ্ডনবা ৱাহৈ অমা ওইবগনি। মসিনা মশিং য়ামদবা কাংলুপতা চিংনবা কোক্কনি, কাংলুপ অচৌবনসু য়াদবা অমত্তা লৈববোই অদুনা হিন্দু পূম্নমক অমুক হন্না অমত্তা ওইনা থাইনগী

ঐখোয়গী অপূনবা জাতি অমা, অপূনবা সভ্যতা অমগী ফিরাল অমত্তগী মখাদা পুনশিনবা য়ারগনি।

ঐখোয়না ফংবা খ্বাইদগী অণ্ডনবা মতমগী রেকোর্ডকী মতুং ইন্না ভারতকী জাতি কাংলুপ খুদিংমক্কী ধর্ম্মগী থাজবা অসি বেদদা য়ুম্ফম ওইবনি। সপ্ত সিন্ধুগী বৈদিক জাতি অদু উপজাতি অমসুং বর্ণ কয়ামরুম থোক্লা খায়দোক্লমই। মখোয় অয়াম্বনা থাজনা চৎলম্বা ধর্ম্মদু ঐখোয়না বৈদিক ধর্ম্ম হায়না খণ্ডনরমই, অদুগা সিন্ধুশিংগী মরুওইবা মশিং য়ামদবা কাংবু অদুনা শরুক য়ামিন্নবা অমত্তা লৈরমদে। পণীশিং দাসশিং অমসুং ব্রাত্যশিং অমসুং অতোপ্পশিং মতম মতমগী মতুং ইন্না কায়নখিবা নত্রগা ওর্থোডোক্স চর্চ অমত্তদসু তিন্দে। অদুনা জাতিগী ওইনা মখোয় মশানা তোঙানবা অমা লৌজরমই। বৈদিক ধর্ম্ম হাযবা অমা লৈরমই, তৌইগুম্বসুং মদু সিন্ধু ধর্ম্মগা অমত্তা ওইনা লৌবগী মওংসু লৈরমই, তৌইগুম্বসুং মদু সিন্ধু ধর্ম্মগা অমত্তা ওইনা লৌবগী মওংসু লৈরমদে, মরমদি অকোনবগী সিন্ধু ধর্ম্ম হায়রিবসি সপ্তসিন্ধুগী লমদমদা লৈবা ধর্ম্ম কাংলুপ পূম্নমকপু খণ্ডনরমই। খাইদোক খাইজিন তৌবা, তিনশিন্নবনা সিন্ধু দেশকী জাতিশিং মমৈদা হিন্দু জাতি ওইরকই, অমসুং হিন্দুগী লৈবাক ওইনা খণ্ডনরকই। সিন্ধুস্তান, হিন্দুগী লৈবাক নত্রগা হিন্দুস্থান কৌনরমই। ওর্থোডোক্স অমসুং হেটেরোডোক্স ব্রাখম্লোনগী ধর্ম্মশিং মতম অদু ফাওবদা ওইথোকপা য়াবা অকনবা থি-হুম্বগী থবক চত্থরকপদা, খ্বাইদগী চাউবদগীনা খ্বাইদগী পীকপা ফাওবগী মনুংদা, এটোমদগী আত্মা ফাওবা, পরামানুদগী পরব্রহ্ম ফাওবা, খ্বাইগী লুবা ব্রাখলগী অরোনবশিং পুথোক্তুনা খ্বাইদগী অৱাংবা সর্গগী নুংঙাইবগা লোয়ননা পাইরমই।

অচুম্বা পুথোকপা মীশিংনা অৱা নুংঙাই শরুক য়ামিন্নদুনা শাগৎখিবা, মসিগী পুরাণ অমসুং লাইতিনগী ৱারী, দর্শন শাস্ত্র, য়েৎনবা, রেডা তৌনবা ব্রাখল বেড়া তৌনদনা লৌশিনখিবা ব্রাখলশিং মুৎপা নাইররোইদবা মওংদা হিন্দুগী সভ্যতাদা নমথ্রবা ছাঁচাশিংনি। হিন্দু ধর্ম্ম হায়বসি অসুপকী মতিক মপুঙ ফাবা অমা ওইত্রে মদুদি মসিনা হিন্দুশিংগী লৈবাক অসিগী শক তাক্লফম ওইরে। মঙোন্দদি লৈবাক অসি পিতৃভু ওইবতা নত্তে পুণ্যভুসু ওইরিবনি, ফাদর লেণ্ড অমা ওইবতা নত্তে হোলিলেণ্ড অমসুনি। মপুং ফাবা

ৱাখল অমা শাগৎপদা শরুক য়ামিন্নবা, অচুম্বা থিবগী লম্বীদা অদ্বৈতবাদীশিং, সংসার অসি অমত্তনি হায়বা কাংবুদগীনা লাই থাজদবা নাস্তিক ফাওবনা অচুম্বা থিবনা পম্বুংনি হায়না লৌরমই, অশেংবা থিবনা থৌওং ওইরমই। মদু বৈদিকসু নত্তে বৈদিক নত্তবসু নত্তে, অনিমকনি। মদু থাক্সেশেংবা ধর্ম্মগী বিজ্ঞাননি। মসি হিন্দু ধর্ম্ম হায়বদুনি, মপুঙ ফাবা চাংয়েং কয়াদগী ফংলকপা অপূনবা অমত্তা ওইবা ৱারোইশিংগী ৱারোইনি, ধর্ম্মগী ৱাথক্লোন পূম্নমক বৈদিক সনাতনী, জৈন, বুদ্ধ, শিখা অমসুং দেবসমাজ পূম্নমক্তগী ফংলকপা জ্ঞাননি। সিষ্টেমশিং অমসুং কর্ম্ম সম্প্রাদায় খুদিংমক অদু বৈদিক নত্রগা নন-বৈদিক ধর্ম্মশিংদগী থাজবা হকথেংননা লাকপা মচা মশুশিংনি নত্রগা মখোযদুদগী ওইরকপনি, অসুম চাউখৎলকপনি, মদু সপ্তসিন্ধু হায়রিবা লৈবাক অসিদগী ওইরকপনি নত্রগা রেকোর্ডতা ফংদবা ভারতকী মফম অতোপ্পদা লৈবম্বা কম্যুনিটিশিংদগী লাকপনি, পূম্নমক অসি হিন্দু ধর্ম্মদা মনুং চনবা অমত্তা ওইবা শককনি।

মরম অদুনা বৈদিক নত্রগা সনাতন ধর্ম্ম হায়বশিং অসি হিন্দু ধর্ম্ম নত্রগা হিন্দু ইজমগী সম্প্রাদায় অমত্তনি, অদুম ওইনমক হিন্দু ধর্ম্মগী নীতি ধর্ম্মমততা খ্বাইদগী য়াম্না শরুক হাপখিবা ধর্ম্ম কাংলুপনা থোইদোক্লা মশিং হেল্লি। সনাতন ধর্ম্মগী সংজ্ঞা পীবদা লোকমান্য তিলকনা মখাগী ফাওববা শৈবেং অসি ইরমই।

> প্রামান্য বুদ্ধিবেদেষু সাধনানামনেকতা।
> উপাস্যানামনিয়ম এতদ্ধমংস্য লক্ষণম।।

"বেদদা থাজৌ, পাম্বৈদি য়াম্বনি, মসিমা খুরুমগদবনি, ইড়াৎ পূজা তৌগদবনি হায়বা চেকশিনবা নিয়ম অমত্তা লৈতবা হায়বসি হিন্দু ধর্ম্মগী শক্তমনি"।

য়াম্না হৈশিংনা ইরবা 'চিত্রময়া জগৎ'তা মহাক্লা পুথোকপা আর্টিকল অমদা মহাক্কী খণ্ডহৈববা নুংবু মনুং থিংনা উরবা মীওই অমা ওইবগী মমি তায়, মহাক্লা, অথোই অহেন য়েংদনা নেগেটিব ডিফিনিশন অমবু পোজিটিভ ওইবা অমা পুথোক্লবা হোৎনরমই। মহাক্লা তশেংনা হিন্দু ধর্ম্মদা অনৌবা মিৎয়েং অমা থম্লনবা হৌদোকলমই, মহাক্লা হিন্দুত্বদা মিৎয়েং থম্লমদে, মদুনা জাতিগী ওইনা হিন্দুগীসু হিন্দু ওইরবা আর্য্য সমাজী অমসুং অতৈ কাংলুপশিং

কোনশিল্লমদে। সংজ্ঞা অসি য়াম্না ফজরবসু হিন্দু ধর্ম্মগী সংজ্ঞাদি নত্রে হিন্দুত্বদগীসু হন্থরে, সনাতন ধর্ম্ম হায়না খণ্ডনরিবা শ্রুতি-স্মতি পুরানোক্ত কাংলুপসু কোনশিন্দ্রে। হায়রিবশিং অসিদি হিন্দু ধর্ম্মগী কাংলুপ খুদিংমক্ল য়াম্না পাম্লনা লৌনরিবা ধর্ম্মনি।

হিন্দু ধর্ম্ম হায়বসি ব্রাহৈংগী হৌরকফমগা মরী লৈনবদসু অদুগা অশেংবমকসু ধর্ম্মগী শকওং খক্তনি (মরমদি ধর্ম্ম হায়বা ব্রাহৈংসিনা ইংলিস ব্রাহৈংগী রিলিজন হায়বা ব্রাহৈংদুগা মান্ননা লৌদে) ধর্ম্ম হায়বসিদি হিন্দু অমনা চৎপা মহৌশাগী শাজৎ, মরু ওইবা থাদোকপা য়াদ্রবা মরু পূম্নমক্তা শরুক য়ামিন্নববু খণ্ডনৈ। ঐখোয়না খণ্ডই, খ্বাইদগী মরু ওইবা হিন্দু অমগী চপ চাবা মওং মতাদি, মণ্ডোন্দা সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা শন্দোকলিবা পাক চাউপ্লবা লৈবাক অসি মাগী ফাদর লেণ্ড নি (পিতৃভূ) নি 'মাদব লেণ্ড' (মাতৃভু) নি, মহাক্কী মপা মপুশিং অমসুং জাতিগী কোকহল লাইহলশিংগী লৈবাকনি হায়না খনগদবনি। ঐখোয়না হিন্দু ধর্ম্ম হায়না কৌদুনা চৎনরিবা সিষ্টেম অসিদি বৈদিক ওইববসু অবৈদিক ওইরবসু মখোয়শিং অদুগী চাথাং শুথাংশিংনি। মখোয়শিং অদুগী থম্মোয়দা ফাওবা অচুম্বশিংদু মখোয় উখি। লৈবাক অসিগী ধর্ম্ম সম্প্রদায়শিং অমসুং চৎন-পথাপশিং অসি হিন্দু অমদদি সিন্ধুস্থান অসি লাইনা তাকপা লৈবাক অমনি, মহাক্কী পোক্লফম লৈবাকনি। গঙ্গা তুরেল অসি বিষ্ণুগী খুয়া থম্বালদগী চেম্থবকপা ওইরবসু য়াম্না হকচিনবা ভক্তশিংগী মীওইবগী ক্ষেত্রদদি হিমালয়গী মচানুপীনি হায়না লৌনরিবনি। অসুম্না লৈবাক অসি পোক্লফম লৈবাকনি মাতৃভু নি পিতৃভু নি, তত্ত্বজ্ঞান (দর্শন শাস্ত্র) ওইনা হিন্দু ধর্ম্মদা ধর্ম্মগী ওইবা শকওং ইঙ্গিৎ ওইনা তাকপিরিবনি। হিন্দুত্বগী অনিশুবা খ্বাইদগী মরু ওইবা মচং ওইনা হিন্দু অমা ওইবা হায়বসি হিন্দু মমা মপানা পোকপা চাথাং শুথাং ওইগদবনি মাগী শিংলিদা থাইনগী সিন্ধুগী ঈগী ঈচেল্দু চেল্লি হায়না দাবি তৌফম থোকই। হায়রিবশিং অসি হিন্দুগী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগী পন্থশিংদসু অচুম্বনি হায়না লৌনরবনি, মরমদি মখোয়গী হিন্দুগী মুণি ঋষিশিংনা লিংখৎলম্বনি নত্রগা মখোয় লাইতাক ওইনা ফোংদোকলম্বনি। সপ্তসিন্ধুগী চাউখৎপা ব্রাখলশিং অচুম অরানগী, সংস্কৃতিগী অমসুং অধ্যাত্মিক্কী থাংথরকপা অদু মান্নহনবা অমসুং লৌথোকপগী থবক্কী পরিংদগী থোরকপা ওইবা অকোয়বগী ফিভম

অমসুং সিন্ধুগী ৱাখল্লোন অমসুং হিন্দুশিংগী সংস্কৃতিশিংসু ওইহল্লক্লিবনি। অকোয়বগী শেমগৎলকপা উফম, মদুগী মতুং তাবা দৃশ্যাশিং বৈদিক মতম ওইসনু নত্রগা বৌদ্ধ, জৈন নত্রগা ঙবাংতগী ওইবা চৈতন্য, চক্রধাব, বাসবা, নানক দযানন্দ, নত্রগা বাজা বামমহন বোয়নচিংবা কয়া পুল্লপ পুন্না মান্ননা থমলমই। টেকনিক্যাল ওইবা ৱাহৈশিং অমসুং লোল, মদুনা অৱাংবা লাইতাক অমসুং খম থেংনা নুংঙাইবা, মসিগী লাইতিনগী ওইবা, মসিগী দর্শন, য়েৎনবা ৱাখল কয়া য়ানদুনা চৎনখিবা ৱাখলশিং, হিন্দু সংস্কৃতিদা মুৎথৎপা য়াবোইদবা মওংদা নমখ্রবা ছাঁচানি, হিন্দু সংস্কৃতি মখোযগী থম্মোয়দা মমি তাখ্রবনি। মখল পূম্নমক্কী হিন্দু ধর্ম্ম, মত তিন্নবা ধর্ম্মগী কাংলুপশিং হিংদুনা লৈবমই অমসুং চাউখৎলকখি, হিন্দু সংস্কৃতিগী নুংশিৎ নুংশা অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম অসি হিন্দুগী লৈবাক ওইবিবা লৈবাক অসিগা অমত্তা ওইবা শকফম ওইখ্রবনি, মঙোন্দদি লৈবাক অসি মাগী পিতৃভু ওইবতা নত্তে পুন্যাভুমিনি, মসি ফাদবলেগু অমা ওইবতা নত্তে, হোলিলেগু অমর্সুান।

অশেংবনি, ভাবতভূমি অসি, সিন্ধুস্থান অসি, ঐখোয়গী লৈবাক অসি, সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা শন্দোকখ্রিবা অসি ঐখোয়গী পুন্যাভূমিনি, মবমদি লৈবাক অসিদা ঐখোয়গী থাজবা পূম্নমক অসিবু হৌদোকপিবম্বা ঋষিশিং মখোযদা 'বেদ' জ্ঞানবু ফোংদোকপীবম্বা, বৈদিক ঋষিশিংদগী দয়ানন্দ, জিনাদগী মহাবীব, বুদ্ধদগী নাগসেন, নানকতগী গোবিন্দ, বন্দদগী বাসবা, চক্রধাবদগী চৈতন্য, বামদাসতগী বামমহন, ঐখোয়গী লম্বীশিং অদুগী উফুলদা ঐখোযগী ধর্ম্ম শন্দোক্লম্বশিং অমসুং গুরুশিংগী খোংফম তাবি। মসিগী তুবেলশিং অসি অশেংবা ঙাক্তনি, বণ তপবনশিং অশেংবা ওইহল্লি, মবমদি মসিগী থাবল ফবা ঘাটশিংদা মীওইবগী পুন্সি খ্বাইদগী হেন্না লুবা সমস্যাশিং, থৱাই অমসুং ঈশ্বব, ব্রহ্ম অমসুং মায়াগী মবমদা বুদ্ধনা নত্রগা শঙ্কবনা খন্ন-নৈনবমই অমসুং য়েৎনবমই। লমদম অসিগী চীঙ অমসুং তম উমং ৱামংনা কুপ্নবা থেলদা কপিল নত্রগা ব্যাসবু শঙ্কব নত্রগা বামদাসপু নিংশিংহন্নবা থম্মোযগী ঈহুল লৈ। লমদমসি ভগিবথনা সাসন তৌদুনা পাল্লমই, মফমদুদা কুরুক্ষেত্র লৈবি। মফম অসিদনি বামচন্দ্রনা মহাক্কী লোই থাবগী অহানবা লেপ্পা মফমদুদা জানকীনা সনাগী শক্তি উখিবা অমসুং পামজনা মহাক্কী প্রেমিক্কী মফমদা শক্তি ফাবিয়ু হায়জখিবদু। মফম অসিদনি ব্রজগী শঞ্জেন নহা অদুনা

মহাক্কী বার্শিংগী খোঞ্জেলনা গোকুলগী মীপূম খুদিংগী থম্মোয়বু শুমহত্তুনা চানবা শুরদা জগোই শাই। মফমসিদা বোধী বৃক্ষ হৌরি, মফমসিদা 'ডিয়ার পার্ক' লৈ, মফমসিদনি মহাবীরনা নির্ভানা ফংখিবা অদু। মফম অসিদা লাইনীঙবা ময়ামগী মরক্তা লেপ্তুনা আর্টিগী ঈশৈ শকখিবদো, 'গনন থাল রবিচঁদ দীপকবনে'' হায়না। মফম অসিদা নিংথৌ গোপিচান্দনা গোনিচান্দ জোগী ওইননবা ব্রাশক লৌখিবা, মখুত্তা ভিক্ষাগী পাত্র পায়দুনা মশামক্কী মচেগী থোংজিন্দা ভিক্ষা পোৎলম খুজোক অমগীদমক্তা লেপখিবদো। মফমসিদা বন্দবাহাদুরগী মচা নুপা অদু মপাগী মমাঙমক্তা মতুপ মতুপ কক্তুনা হাৎখিবা অমসুং ঈ থোক্লবা নৌরিবা নহা অদুগী থম্মোয়দু মপাগী ময়াদা নমদুনা ইনশিনখিবদো, সুপ্নগী হিন্দু অমা ওইনা শিবগী মরালগীদমক্তা মফমসিদা লৈরিবা নুঙ খুদিং মশাগী ধর্ম্মগীদমক্তা মথৱাই থাদোকপগী ৱারী লৈ। হে ইমা! নহাক্কী ইঞ্চি অমগী লম খুদিং বলিদান তৌফম মফম ওইখ্রবনি! সিনহাব ফাওবা লৈবাক অসি বলিদান লৈবাক ওইখ্রবনি। মফমসি 'কৃষ্ণসাব' শজি ফংবতা নত্তনা কাশ্মীরদগী মশানা য়ানা তৌজবা বলিদানগী নত্রগা নমদুনা তৌখিবা বলিদান। অদুনা হিন্দু খুদিংমক সন্তাল অমদগীনা সাধু অমা ফাওবা ভারত ভূমি অসি, সিন্ধুস্থান অসি, পিতৃভু অমা, 'পুণ্যভূ অমা ফাদবলেগু অমসুং হোলিলেগু অমা ওইদুনা লাক্লিবনি।

অসুম্না, ঐখোয়গী মহম্মদন অমসুং খৃষ্টানশিং মখোয়বু অহানবদা নমদুনা হিন্দু নত্তবা ধর্ম্মশিং লৌহনখিবা অদু মতুংদা হিন্দুশিংগা লোয়ননা অপূনবা ফাদরলেগু কম্মন কলচবগা লনগৈ ওইরিবা লোল, আইনগী পথাপ, চৎনবী রুহীশিং মীয়ামগী ওইবা জগোই ঈশৈ অমসুং ইতিহাসনচিংবদদি, হিন্দু অমা ওইনা শকখঙবা য়াদ্রে। মরমদি হিন্দুস্থান অসি হিন্দু অমগুম্না মখোয়গী ফাদরলেগু ওইরবসু মখোয়দদি লৈবাক অসি হোলিলেগু অমদি ওইদ্রে। মখোয়গী হোলিলেগু থাপত্রবা অরাবিয়া নত্রগা পেলেষ্টানদা ওইখ্রে। মখোয়গী লাই তিনগী অমসুং লাইওইরবশিংগী ৱারী ৱাখল্লোন, থৌনাফবশিং, লৈবাক অসিগী মচা অমত্তা ওইদ্রে। মতুং তারকপদা, মখোয় মমিংশিং, মিৎয়েং অতোপ্পা মচু অমগা য়ানশিন্নদ্রে। মখোয়গী নুংশিবসু মচেৎ মকাই ওইরে। মখোয় খরনা তশেংনা করিগুম্বা তৌনিংবগী থাজবা লৈরবসু মখোয় খনফম খঙদে, মখোয়গী হোলিলেগু না মখোয়গী ফাদরলেগুদগী হেন্না

ব্রাংনা থমম্লে। মসি মশানা তাবনি। ঐখোয়না মখোয়বু লাল্লে হায়বা নত্তে অদুগা তেংথাকুবসু নত্তে। ঐখোয়না ইচম চম্না মখোয়না লেপ্লিবা ফিরেপকী অচুম্বা অদু হায়বতনি। ঐখোয়না পুথোরকপদি বোহ্রাশিং অমসুং অসিগুম্বা অতৈ মহম্মদনশিং নত্রগা খৃষ্টান কাংবুশিং অসি হিন্দুত্বগী য়ান্না মক ওইবা ক্লাসিফিকেশনশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা ভাবত অসি মখোয়গী হোলিলেণ্ড অমা ওইনা য়েংবা মিৎয়েং অদুমদি ব্রাত্তুনা লৈবে।

মসি কবিগুম্বা মত অমা লৌশিনবা নত্রগা কবিগুম্বা অমা হৌদোকপা, ঈশ্বরগী মবমদা নত্রগা আত্মা অমসুং মীওইবগী অনৌবা ঠিওবী অমা পুথোবকপা নত্তে, মরমদি হিন্দুগী ব্রাখলসি ঐখোয়না য়াম্না পুকচেল শেংনা ধর্ম্মমত অমগী ব্রা নত্তনা অজ্ঞাত ওইবা শকখঙদবা অমগী অশেংবা মহৌশাগী ওইবা মওংগী মবমদা খনবদা পুক্সি লোম্নবিবনি, শকখঙদবা অদুগা মহাক্কা কবি মবী লৈনবিবগে হায়দুনা অবোই অখম নাইদনা খল্লি। নহাকপু অদ্বৈতবাদীবা (মোনিস) একেশ্বরবাদীবা, পেন্থিষ্ট'বা, -লাই থাজদবা নাস্তিক-লা নত্রগা 'অ্যাগ্নোষ্টিক' হায়বদি মীৎনা উবা পোৎ নত্তনা লাইনচিংবা অমত্তা লৈতে হায়বা থাজবা মীদুবা? মফমসিদদি পূম্নমক অসিগী মফম লৈ, হে আত্মা! নহাকপু কবিনো, নহাকপু নুংশিবা, নহাক্কী খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক্তা চাউখৎপা, লনাই য়ুম্ফমদা লেপ্পা নত্তনা অপাকপা অকুবা অকনবা সত্যদা য়ুম্ফম ওইবা লাইশঙশিংদা লেপ্পা! নহাক্কী অপিকপা চফু মচাদুমা পায়দুনা ঈশিং শোক্লবা অথাপ্পা গুহাদা চৎলিবা কবিগীনো, অনকপদা গঙ্গাগী শেংলবা তরু তরুবা তুবেলগী তোর্ব্বানদা লেপ্পগা? হে ইচিল ইনাওশা নখোয়গী শিংলিদা চেল্লিবা ঈ অদুবু ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংগী অপুনবা ঈগী ঈচেল অদু নৎত্রা, ঐখোয়গী ইপা ইপুশিং অদুনা থাংগী থাংদোন্দা নখোয়বু মুনখিবা কুইববা দৃশ্য অদু নখোয় নিংশিংদ্রে, মখোয়গী মতম কুইনগী মমাঙদগী মাঙখ্রবা মচা মনাওশিং হল্লক্লবদি হায়দুনা পান্থোম তিংথোক্তুনা থোং লাউনা হাংদোক্তুনা নখোয়বু ওক্লনবা ঙাইহিবি। লৈবাক অসিদগী হেন্না ধর্ম্মদা নীঙতম্বা কবম্বা অতৈ লৈবাক্তা লৈরমগদগে, মফম অসি 'চাবভাক'না মহাকালগী লাইশঙগী কাখৎ কুমথগী খোংথাফমদা লাই থাজদবা এথিইষ্ট ধর্ম্মনীতি শন্দোকপা য়াহল্লি, হিন্দু সমাজদা উবিষ্যাগী, পাটনাদগী বেনারস পণ্ডিতশিং ফাওবা, সন্টালশিংদগী সাধুশিং ফাওবা, খুদিংমক্তা মাগী মাগী সমাজগী

মওং, শাসন তন্ত্র নত্রগা অনৌবা তোপ তোল্লা অমা শেমগৎপা য়াই। অশেংবনি পৃথিবীদা ফংবা খুদিংমক ভারত্তা ফংগনি। অদুগা মফম অসিদা ফংদবা করিগুম্বা অমা মফম অমত্তদসু ফংলোই।

মখোয়দুনা, জাতিদা, ঈ মরীদা, সংস্কৃতিদা অমসুং ন্যাশনালিটিদা হিন্দুত্বগী মচং ওইবা পূম্নমক চেল্লবা অদুগা মপা মপুগী য়ুম অসিগী নমদুনা মুনবিগ্রবা, মখোয়দুনা ঐখোয় পূম্নমক্কী ইমাবু থৱাই হকচাং য়াওনা নুংশিজরবা অমসুং মহাকপু পিতৃভু ওইনা লৌবতা নত্তনা পূণ্যভু ওইনা শকখণ্ডবা ঙম্লবদি মখোয়বু হিন্দু কাংলুপকী মনুং চনবা ওইনা তরামনা ওক্কনি।

ঐখোয়গী থাইনগী মরী মতা শাগৈ নাতৈ ওইরম্বা বোহরা খোজা, মেমোন অমসুং অতৈ মহম্মদন অমসুং খৃষ্টান কাংলুপশিংনা মনিং তম্না হিন্দুকাংলুপতা অমুক হল্লক্রবগী অপাম্বা খনবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মখোয়না ৱাখল অসিদা মরাকত্রবা, মখোয়না মশামকপু হিন্দু অমা ওইনা শকতাকচবা ঙমদ্রবা, হিন্দুত্বগী মচং ওইবা ফিরেপ অমসুং ৱাহৈ অসি তশেংনা খণ্ডনরিবা অর্থ মতুং ইন্না হিন্দু ওইদবা তাবনি।

হিন্দু অমা হায়বসি, মরম অদুনা, শম্না ৱারোইশিল্লবদা অসুম্না লৌবা য়াই মদুদি মহাক অদুনা সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা সিন্ধু তুরেন্দগী সমুদ্র ফাওবা শন্দোকখিবা লৈবাকসি মাগী মপা মপুশিংগী লৈবাকনি হায়না য়েংবা ঙম্লবা, মাগী মাদরলেগু হায়বদি পিতৃভুনি হায়না খল্লবা মহাক অদু বৈদিক সপ্তসিন্ধুদগী হৌরকপা ঈগী মরিনি হায়বা খণ্ডনিঙাই ওইরবা, মদুনা অসুম চত্থরকপনা জাতি মশেল মথং মথং তিন্নরকপা অমসুং মান্নহল্লকপা অদুগা মমৈদা পুকচেল চাউহনবা অচৌবা হিন্দু জাতি অমা শেমলকপনি। মখোয় অদুনা মখোয় মশামক্কী ওইবা অপুনবা কাংলুপ অমা ওইরক্নুনা হিন্দু জাতি হায়না খণ্ডনরকপনি। মীশিং অদুনা জাতি অদুগী কলচর অদু অসুম মথং মথং থাংথরকই, অদুনা অপুনবা অরিবা লোল সংস্কৃতিদা জাতিসিগী লোয়নরকপা ৱাখন্দু ফোংদোক্লরকই, অপুনবা ইতিহাস অপুনবা সাহিত্য, কলা, অমসুং য়ুমশা কৈশারোল, লো, অমসুং আইনগী লোল (জুরিসপ্রুডেন্স), ধর্ম্ম কর্ম্ম, পুজা, হৌন-চৎনবী শাস্ত্রগী মতুং ইন্না তৌবা সংস্কার, মেলা, উৎসব, হরাও কুম্মৈ পূম্নমক লৈরকই অদুগা পূম্নমক্কী মথক্তা সিন্ধুস্থান অসি মখোয়গী লাই ওইরবা মীশিং, গুরু, ধর্ম্ম চেনবশিং অমসুং তীর্থ মফমশিংগী অপুনবা লৈবাক

ওইরকই। মসি হিন্দুত্বগী মচং ওইবশিংদুনি, অপূনবা রাষ্ট্র, অপূনবা জাতি অমসুং অপূনবা সভ্যতা (সংস্কৃতি)। হিন্দুত্বগী মচং ওইবশিং অসি অসুপ্না তেন্না শন্নপনা লৌবা য়াই মদুদি হিন্দু অমা হায়বা অসি মঙোন্দা সিন্ধুস্তান অসি মহাক্কী পিতৃভূমি ওইবতা নত্তনা মচং ওইবা অনিদি 'ন্যাশন' অমসুং 'জাতি' হায়বসি অর্থ ফোংদোক্নুনা উৎলি, অদুগা অহুমশুবা হিন্দুত্বগী মচং ওইবদুদি সংস্কৃতি হায়বা ৱাহৈসিনা. থোইদোক হেন্দোক্লা পূণ্যভূমি হায়বা ৱাহে অসিনা উৎলি সংস্কৃতি হায়বা অসি চপ চানা সংস্কার পুম্নমক য়াওনা খঙহল্লি, হায়বদি ধর্ম্ম কর্ম্ম পুজা, হৌন-চৎনবী, শাস্ত্রগী মতুং ইন্না তৌবা সংস্কার অমসুং উসব মেলা, হরাউ কুম্মৈ পুম্নমক চল্লি মদুনা দেশপু পূণ্যভূমি ওইহল্লি। সংজ্ঞা অসি হেন্না লাইথোকপা মওংদা খঙননবা মখাদা পীরিবা পবেং অনিনা শাবা শৈরেং মচা অসিগী মনুংদা পীকশিলহনবা য়াই।

আসিন্ধু সিন্ধু পর্যন্ত যস্য ভারতভূমিকা।

পিতৃভূঃ পূণ্যভূশচৈব সবৈ হিন্দুরিতি স্মৃতঃ ॥

## সিন্ধুদা হিন্দুশিং

মমাঙগী লামায় খরদা হিন্দত্বগী ৱাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইবা বিষয়দা মচা খাইনা নৈনখ্রবা মতুংদা চৎনবা য়াবা সংজ্ঞা অমা শেমগৎপা ঙমখ্রে। হৌজিক কয়া য়াম্না জেনেরেল ডিফিনিসনসি শিজিন্নদুনা নোম্না ওইবা, খেন্নবা কয়া অমদা ফজনা শিজিন্নদুনা চাংয়েং তৌবা অমসুং সংজ্ঞা অসিগী কান্নবদু চপ চানা খঙননবা হোৎনগদবতা মঙাইরে। সংজ্ঞা অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তাংকক কয়াদা ময়ামগী ওইনা শিজিন্নবদা খংননবগী শক্তিদা কয়া পাক্লা খোল্লিবা নত্রগা নাম্থোকখিবা য়াবা করি নৈবগে হায়বা য়েংবা তারি, যাম্না পাকসন্না কোনশিল্লুবদগী অশোয়বনা করি নৈ অদুগা য়াম্না খুমনবা ওইদুনা ডিজিনিশন অসি পানশিন্দুনা য়েংবদা উরে মদুদি মসি অতিব্যাপ্তিসু নৈত্রে অদুগা অব্যাপ্তিসু নৈত্রে হায়বসিনি।

মিৎয়েং অমদা হিন্দুশিংগী মরক্তা ভুগোলগী ওইনা তোঙান তোঙান্না খায়দোকচরবসু ডিফিনিশন অসিগী ঈহুল অমসুং তশেংনা নীংঙলিবা অদুগা ইচা চানবা উবা ফংই। ডিফিনিশনগী মখোঙ ওইবা যুম্ফমদি সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবা শব্দোক্তুনা লৈরিবা পাকচাউরবা লৈবাক অসিনি, অদুগা ঐখোয়গী ইচিন ইনাওশিং কয়া অমা, মখোয় অদু চিংনবা লৈতনা থাইনগী সিন্ধুশিংগী মচা মশু শুথাং ওইরিবা, মখোয়গী থাইনগী লৈবাক্কী মমিং অমসুং জাতিগী কৌনরম্বা মমিং সিন্ধি হায়বা জাতি অসি সিন্ধু তুরেলগী নোংচুপলোম থংবা তোর্ব্বান ব্রাংমদা খুন্দারি, সিন্ধু তুরেলগী মমিং পনবদা তুবেলসিগী তোর্ব্বান অনিমকপু খঙনৈ, অদুনা 'সিন্ধ' সিন্ধু তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বানলোমদা লৈখ্রিবা লমদম অসি সিন্ধুস্থানগী শরুক অমনি অমদি ঐখোয়গী ডিফিনিশন অসিনা কোল্লি। অনিশুবদা, দেশকী অহেনবা শরুক অদু দেশকী মমিং অদুনা অদুম খঙনৈ। অহুমশুবদা, সিন্ধু তুরেলগী আসোম থংবদা লৈবা হিন্দুশিং অসি ইতিহাসকী মতম চুপ্পদা ভারতবর্ষ হায়বা লৈবাক অসি মখোয়গী অশেংবা পিতৃভূ অমসুং পূণ্যভু নি হায়না লৌদুনা লাকই। মখোয়না মমা লৈপাক, মখোয়না লৈরুবা লম অদু লুনা খন্দুনা ভারতবর্ষগী মাঙননবা খক তৌখিদে। অতোপ্পা অমদনা মখোয়গী বানারস, কৈলাস অমসুং গঙ্গোত্রি অদু ঐখোয়গী বানারস, কৈলাস অমসুং গঙ্গোত্রি অদুগা অমত্তনি। বৈদিক যুগকী মতমদগী হৌদুনা মখোয়শিং অসি ভারতবর্ষগী মনুং চনবা লম ওইদুনা লাক্লিবনি, রামায়ন অমসুং মহাভারত্তা সিন্ধুশিবিসৌবীর হায়না মমিং পন্দুনা পাকচাউখ্রবা হিন্দুগী মিত্রদেশশিংগী মনুং চললম্লিবনি। মখোয় ঐখোয়গী রাষ্ট্র, ঐখোয়গী জাতি অমসুং ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মনুং চল্লিবনি। মরম অদুনা, মখোয় হিন্দুনি, মখোয়গী ব্রাফম অসি ঐখোয়গী সংজ্ঞানা নিংথিজনা কোল্লি।

তৌইগুম্বসুং য়েৎনরিবা ব্রাফম অসি কনাগুম্বা সিন্ধু তুরেলগী মপূ অদুনা সিন্ধুগী তোর্ব্বান অনিমক্তা তারিবা লম অদুগী মপূ ওইগদবনি হায়বসি সিন্ধি ইচিল ইনাওশিংগী ব্রাফমদসু চৎনবা য়াই। মরমদি সিন্ধী ইচিন-ইনাওশিংতা নত্তনা অতৈ সিন্ধু তুরেলগী নোংচুপ থংবা মায়কৈদা লৈরিবশিং; পৃথিবীগী মফম কয়াদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখ্রবা হিন্দু লিশিং চা কয়া লৈরিবনি। ঐখোয়গী হিন্দু কোলোনিশিং অসি মখোয় মখোয়না লৈরুবা মফমশিংদা, মশিংদা, থবক ওম্বদা, বুদ্ধি লৌশিংদা অমসুং লম্লোন-ইতিক্তা

মথক থোংবা ওইদুনা ঙসি ফাওবা লৈরক্লি। মতম অমা লাকখিনি, নোংমা মখোয়না লৈবাকশিং অদুগী মপু ওইবা নত্রগা তোঙানবা রাজ্য শেমলকপা কনানা তম্বা ঙমই। হিন্দুস্থানদা নত্তনা 'অতোপ্পা লৈবাকশিংদা লৈকবগী ইচম চম্বা অওইবা অসিনা কনাগুম্বা অমবু হিন্দু নত্রে হায়বা য়াফম থোকপ্রা। হিন্দুত্বগী অহানবা চঙদবা য়াদবা মচংদা মী অমনা ভারতবর্ষগী মপান্দা অতোপ্পা লৈবাক অমদা লৈকবা য়াদে হাযবা য়াওদে, মহাক অমসুং মহাক্কী চাথাং শুথাংশিং অদুনা হিন্দুস্থান অসি মহাক্কী মপা মপুগী লৈবাকনি হাযনা শকখঙগদবনি। মসি শকখঙবগী ব্রাফমতা নত্তে, মাগী মপা মপুশিং অদু ভাবতগী লাকখিবা হিন্দু অমা ওইববা অদু ওইববদি মহাক্কা ভাবতপু 'পিতৃভূ' ওইনা লৌফম থোকপানি, অদুনা হিন্দুত্বগী ডিফিনিশন অসি হিন্দুশিংগী পাকথোক চাউথোবকপগী ওইবা যাবা ফিবম অদুগা যাম্না যুৎ চানৈ। ঐখোয়গী অতৈ লমগী কোলোনিদা লৈবিবা মীশিংদা পোখাব। লৈতনা হেন্না চাউবা ভাবত, 'মহাভাবত' অমা লিংখৎনবা মখোযগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমসুং দনকাব ওইবা শকক যামিন্নবা চঙই। ঐখোযগী সভ্যতাদা খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা অমসুং মীওইবা জাতিবু নৌহৌনা শেমগৎ-শাগৎনবগী মসিনা মতেং ওইগনি। মেক অমদগী মেক অমা য়ৌবা ফাওবগী মনুংদা খুন্দাবিবা মীওইবা জাতিদা অফবা পুণ্য চেনবা ব্রাখঙ্গ চেলহনবা, অদুগা মদুগী লমন ওইনা লৈবাকশিং অদুদা লৈবিবশিং অদুনসু মখোযনা, মখোয় মখোয়না ফংলকপা অচুম্বা অফবা পুন্নমক লৌশিন্দুনা মখোয়গী মমা লৈবাকপু হেন্না ফবা অমা ওইনবা মতেং পাংলকসনু। হিন্দুত্বনা 'হিমালয়ান ইগল' বু কৈদৌঙৈদসু মশা ককথৎতে, মখোযগী হোৎনবা অপাম্বা অদুদা তকশিনবা অমসুং হেন্না ঈনোৎ পীবতনি। হে হিন্দু পুন্নমক! হিন্দুস্থান অসি নখোয়গী নপা নপুশিংগী লৈবাক ওইবনিনা লৈবাকসিগী লাইবাউ পুবা প্রোফেটশিং, মপা মপুদগী স্বত্ব ওইনা ফংলকপা লৈবাকসিগী সংস্কৃতি অমসুং ঈ-মবী পুন্নমক নখোয়গী ওইনা যেংগদবনি। অচৌবা মহাভাবত অমা ওইবকপগী লম্বীদা নখোয়দা কনা অমত্তনা থিংবা ঙমগদবা নত্তে। হিন্দুত্বগী ভুগোলগী ওইবা ঙমখৈদি মালেম অসিনা ঙমখৈনি।

ঐখোযগী হিন্দুত্বগী ডিফিনিসন অসিনা জাতিগী যুম্ফমদা মবী লৈননা খন্নবা ওইরবদি মসিগী অচুম্বা অদুদা শিংনবকপা অমসুং য়েৎনরকপা অমত্তা

ঐখোয়না আশা তৌদে। ইংলণ্ডদা তৌবগুম্না ইবেরিয়ান, কেল্ট, এঙ্গলস সেক্সনস, ডেন্স অমসুং নোর্মানচিংবা জাতি কয়া পুনশিনখিবা ঐখোয়না উবা ফংখি। জাতিশিংগী ওইনা জাতি মশেল চারৌ মৌরৌনবদা অথিংবা লৈন লৈন জাতিশিং অদু অসুম পুনশিন্নখিদুনা হৌজিক অপূনবা ইংলিস জাতি ওইরকলিবসিনি। মরম অদুনা থাইনগী অর্য়ান, কোলোরিয়ান, ড্রাবিদিয়ান অমসুং অতৈ অতৈ খেন্নবা জাতিশিং পুনশিন্দুনা অপূনবা জাতি অমা ওইবকলিবনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না পনবা য়াবা ব্রাফম অমদি থাইনদগী হৌনা 'অনুলোম' অমসুং 'প্রতিলোম' গী চৎনবী নিয়ম ইল্লকই, মসি ঐখোয়গী আইনগী লাইরিকশিংদসু য়েৎনবা লৈত্রবা সাক্ষি অমা ওইদুনা লাকই, অদুনা জাতি মশেল পূনশিন্নদুনা অপূনবা ঈগী ঈচেল অমদা অচৌবা জাতি অমা ওইরকপগী প্রমান চপ চাবা লৈ। অপূনবা ঈগী ঈচেল অসিদগী ঐখোয়গী 'বোডি পোলিটিক' তা লিংজেল লৈনা চংখোন্না মপুঙ ফানা চলাইরমই হায়বসি অচুম্বনি। মতমগী মতুং ইন্না অথিংবা কয়া লৈবদুনসু প্রকৃতিনা চৎনবীগী শম্বল কয়া লাযনা থুদেকই। ভীমসেননা 'হিড়িম্বা' গী চাবৌ মৌরৌনবগী অহানবা অমসুং অকোনবা থৌদোক নত্তে। ব্যাধকর্ম গী মমা ব্রাহ্মণী অদু ব্যাধ পাখং অমদা লুহোংখিবা আর্য্যা নৈশাবীশিংগী অহানবা অমসুং অকোনবা খুদম নত্তে। হৌজিক ঐখোয়গী সমাজদা ভীল, কোলি, সান্তালশিংগী শক খঙবা খেন্নবা অমত্তা লৈরক্তে। অসুমনা জাতি মযাম তিন্নদুনা ওইরকখিবা অচৌবা মপুঙ ফাবা জাতি অসি, অসুম তপ্না তপ্না আর্য়ান, কোলারিয়ান্নচিংবা ঐখোয়গী থাযনগী ইপা ইপুশিংগী ঈচেলদগী শিন্থরকপনি, মখোয়দগী লৌবকপনি, অপূনবা অচৌবা জাতি অসি আর্য্যসু নত্তে, কোলাবিয়ান অমসুং ড্রাবিদানসু নত্তে, অপূনবা 'হিন্দু' জাতিনি, জাতি অসি অপূনবা ইমা লৈবাকশিগী মচানি, মখোয়গী অপূনবা পূন্যভুমিনা সিন্ধুদগী সিন্ধু ফাওবনা কোল্লিবা সিন্ধুস্থান অসিনি। অদুনা সান্তালশিং কোলি, ভীল, পত্থমা, নামশুদ্র অমসুং অতৈ অতৈ জাতি পুম্নমক হিন্দু কাংলুপনি। অদুনা 'সিন্ধুস্থান' হায়রিবসি মখোয়গী মপা মপূশিংগী লৈবাকনি। মখোয়না হিন্দুগী ঈগী ঈচেল লৌরকই, হিন্দু সংস্কৃতিগী মতুংইন্না চৎনরকই। মখোয়গী মনুংদা খরনা য়াম্না হকচিনবা হিন্দুশিংগী ইথিল মখা পোন্দ্রবসু, মখোযনা খরা লিরবা চাউখত্রিঙৈ মতমগী মতুংইন্না হিন্দুগী লাইশিং অমসুং মুনি ঋষিশিং ঈরাৎ-পুজা তৌরি অমসিং অরিবা ওইরবসু ধর্ম্ম অমদি ইন্দুনা চৎলি, অদুগা মখোয়গী মপা

মপূগী লৈবাকী ওইবতা নত্তনা মখোয়গী পূণ্যভূমি ওইরবা লৈবাকসিগা নপশিন্নদুনা লাক্লি।

হিন্দুত্বগী সংস্কৃতিগী ওইবা শকফমদা করিগুম্বা অয়েৎপা অমত্তা লৈতে, তৌইগুম্বসুং হিন্দুত্ব অমসুং হিন্দুইজম হায়বা ৱাহৈ অনিসিগী মরক্তা লান্না খন্নবা, হৌরকফম তিন্নবদগী মান্নবা ওইনা তৌবা চয়েৎনবা অমদি লৈ। মমাঙদা হান্নবা ৱাখল্লোন অনিসিগী মরক্তা ফজনা ঙমখৈ খাযদোকপা লৈই অমা হান্না চিংননবা হোৎনখ্রে। অদুগা হিন্দুইজম হায়রগা সনাতন ধর্ম্মতবু অতম্নবা শিজিন্নবা অদুদি অরানবা ওইগনি। হিন্দুত্ব হায়বসি হিন্দু ধর্ম্মগা মান্নবা নত্তে, অদুগা হিন্দু ধর্ম্মগা হিন্দুইজমগসু মান্নদে। ঐখোয়না হিন্দুইজম হায়বসি সনাতান ধর্ম্মতবু অতম্নবা খন্নদুনা লান্না শিজিন্নবা অদুবুসু চুমদে হায়বা তাকখ্রে। হিন্দুত্ববু হিন্দু ধর্ম্মগা মান্ননা লৌবা অদুগা অনিমকসি সনাতনি কাংলুপ নত্রগা অতৈ ধর্ম্মগী চৎনবীশিংগা অমত্তা ওইনা লৌবসি সনাতনি ধর্ম্ম চৎতবশিংনসু য়াদে। অসিগুম্বা লান্না লৌনবশিং অসিনা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা শাথিবা অশোয়বা লাকই, অদুনা হিন্দুত্ব ৱাখল্লোনসি লৌদবা ফাওবা য়াওবকই। ঐখোয়গী হিন্দত্বগী ডিফিনিশনদা মশেল উংখৎননবা লম্বী অমত্তা লৈতে হায়বসি ৱাখল ফন খনবশিংনা খঙনৈ। সাধারণ ওইনা নৈনবা ৱাফম অসি স্পেসিয়েল ওইনা খন্নদবা য়াদবা মতাংসু লাকই। অহানবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী শিখ ইচিন ইনাওশিংগী মরমদা খন্ননবা লৌখৎসি। সিন্ধুস্থানগী মরম তাকপদা ফোংদোকপা 'অসিন্ধু সিন্ধু-পর্য্যন্তা য়স্য ভারত ভূমিকা' হায়বা ৱাবোল অসি শীঙনবা অপঙবা কনা লৈতে। ভারত-ভূমি মখোয়গী মপা মপুগী লৈবাকনি, লৈবাক অসি বৈদিক্কী মতমদগী হৌরদুনা মখোয়গী মপা মপুশিংনা লৈরমই, লৈবাকসিবু নুংশিনা ইরাৎ পুজা তৌরমই, খুরুমলমই। অনিশুবদা, মখোয় চিংনবা অমত্তা লৈতনা হিন্দুগী ঈগী ঈচেল মাদ্রাজ, বেঙ্গলদা লৈবা মীশিংগা চপ মান্ননা মখোয়গী শিংলিদা চেল্লিবনি মদু মখোয়গী মপা মপুশিং অদুগী ঈগী ঈচেলদগী শিঙ্খরকলিবনি। ঐখোয় হিন্দুশিংসি মহারাষ্ট্র নত্রগা বেঙ্গলদা লৈবা ওইববসু আর্য্যগী ঈচেন্দু লৌরকলিবনি, অতৈ লৈবাক্তুদা লৈরম্বা, থাইনদগী লৈবাকশিংদুদা লৈরম্বা আর্য্য নত্তবা অতৈ জাতিশিংদগীসু লৌরকলিবনি। শিখশিং অসি থাইনগী সিন্ধুশিংগী হকথেংনবা চাথাং শুথাংশিংনি, মখোয় হিন্দুগী পুঙ্গিগী গঙ্গাগী

মশক ওইরবা ঈফুংকী মতৌগুম্না ভারতকী লৈতেম মান্নবা তম্পাকসিদা কুমথরকখিবনি। অহুমশুবদা, মখোয় হিন্দু সংস্কৃতিদা শরুক য়ামিন্নরকপনি অমসুং থৌদাং লৌরকপনি। মরমদি সরস্বতী তুরেল পঞ্জাবকী মনুংদা চেল্লিবা তুরেলনি, কলা অমসুং বিদ্যা লাইরেম্বীগী শকফম লৌদুনা ইরাংনরকপা তুরেলনি হৌজিক ফাওবদা হিন্দু মিলিয়ন কয়ানা, হিন্দুস্থানগী মফম পুম্নমক্তা মখোয়গী মপা মপু সিন্ধুশিং অদুনা শকলম্বা পুক্লিং হুরবা বেদগী শৈশক অদু শকমিন্নবি। মতীক মগুণ লৈরবশিং অদুদা তৌবিমল খণ্ডবা উংলু, হে শিখশিং; তুরেল অসিগী মতীক মগুণ থাঙ্গত্তুনা শকউ, তুরেল অসিগী তোৰ্ব্বান্দা অহানবা সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী মরু হুনখিবনি অমসুং ঋগবেদগী উচ্চারণশিং শিজিন্নদুনা 'অবিতমে, নদীতমে, নদীতমে, দেবিতমে সরস্বতি' শৈশকউ। বেদশিং অসি নখোয়গীনি, ঐখোয়গীসুনি, লাইগী মপাওনি হায়নমক লৌদ্রবসু ভক্তিগা লোয়নননা লাংপা য়াবা মতিক চাবা লাইরিকনি, প্রকৃতিগী পোখোকশিংবু সভ্যতাগী লমদা পুরকখিবা মীওইবগী অহানবা অকনবা লানফমগী ঈশৈনি। অমস্বা অমসুং অপণ্ডবগী মায়োক্তা মঙাগ্না অকনবা লাম্থেংনখিবা অহানবা ঈহৌনি। তুরেল অসিবু মুন্দুনা লৌখিবা অমসুং ফাজিন্দুনা থমখিবনা মীওইবগী আত্মাবু মিকপ থোকহনবা মঙালগী মশেক্কা মীওইবগী থম্মোয়বু ঙালহনবা ঙমহনখিদবনি। শিখশিংগী মীহৌরোলগী ব্বারীদি বেদদগী হৌরক্কদবনি, ঐখোয় পুম্নকক্কীসু মদুদগী হৌবনি, আয়োধ্যাগী কোনুংদগী মখা চখরক্তুনা লঙ্কাগী অচৌবা লানফম উরকখি, 'লাহ্' বু লাহোরগী য়ুম্ফম থোনবদা মতেং ওইরকখি, নিংথৌমচা সিদার্থনা কপিলাবস্তুগীকোনুংদা তাশিন্দুনা লৈবদু ঙমলক্তদুনা মীওইবা জাতিগী অব্বাবা কোক্লনবা লম্বী পুথোক্লবা চীংনুংহুত্তা খোঙ্গুল তাখি। শিখশিংনা হিন্দু নিংথৌ পৃথিরাজ চৌহাননা লৈখা তাখিবা মতমদা হিন্দু অতৈগা লোয়ননা তেংথা নাওইখিবনি, হিন্দুশিংগা লোয়ননা মীখা পোল্লবা জাতি অমা ওইনা অব্বাবা শরুক য়ামিন্নখিবনি। নীঙবা কায়রবা শিখ মিলিয়ন কয়া 'উদাসি, নির্মলা, গহানগম্ভীর' অমসুং সিন্ধীশিং পুন্না অব্বাবা খাঙমিন্নখি। শিখশিংনা সংস্কৃত লোনবু ভক্তিগা লোয়ননা লুনা তৌই, তৌইগুম্বসুং মসি মখোয়গী মপা মপুশিংগী লোলনি হায়দুনতা তৌবা নত্তে, গুরুমুখি অমসুং পঞ্জাবী' লোলগী মমানি হায়দুনা তৌবনি, হৌগংলকপদা মমাগী খোল্লাং থকখিবনি। অরোইবদা, 'অসিন্ধু সিন্ধুপর্য্যন্তা' অসি মখোয়গী পিতৃভু ওইবদা নত্তে 'পুণ্যভু'

সু ওইরিবনি। লৈবাক অসি সিন্ধু তুরেনদগী হৌরগা খারোমদা সমুদ্র থেংগ্রিবা লমদম ফাওবা শন্দোক্তুনা লৈপ্রি, লৈবাকসি, শিখশিংগী ফাদর লেগু অমা ওইবতা নত্তুনা হোলিলেগু অমসু ওইরিবনি। গুরু নানক গুরু গোবিন্দ, শ্রীবন্দা অমসুং রামসিংনচিংবা পুম্নমক হিন্দুস্থানদা পোকখিবনি, চাউখিবনি। হিন্দুস্থানগী পাংশিং অদু অমৃত চেল্লবা পাং ঙাক্ত ওইখি। 'অমৃতসর' অমৃত ওইরবা পাংনি অমসুং মুক্তসর (নীঙতম্বা) নি, হিন্দুস্থান অসি প্রোফেটশিং অমসুং লাইশোন তিনশোলশিংগী লৈবাকনি, গুরুদ্বার অমসুং গুরুঘর' নি। ভারত্তা পঞ্জাবকী শিখ ইচিল ইনাওশিং অসি য়েংনবা অমত্তা লৈতবা সপ্তসিন্ধু লৈবাক অসিদা লৈবা সিন্ধু নত্রগা হিন্দু জাতিগী হকথেংনবা চথাং শুথাংনি। ঙসিগী শিখশিং অসি ঙরাংগী হিন্দুশিংদুনি অদুগা ঙসিগী হিন্দুশিংসি হয়েংদি শিখ ওইরকপা য়াই। চংনবী অমসুং ফিজেৎ চাকচা মান্নদ্রগা চুম্নগী পূন্সি মরেল মান্নদ্রগা ঈ-মরী অমসুং মরু হোংখিবা য়ারোই, অদুগা ইতিহাসপু মুথৎপা অমসুং মুক হাহনবসু য়ারোই।

শিখ ইচিল ইনাও মিলিয়ন কয়াদা হিন্দুত্ব অসি মশানা তশেংলবনি হায়বা প্রমান ওইরবনি। সহজধারি, উদাসি, নির্মল গহগম্ভীর অমসুং সিন্ধী শিখশিং মশানা মখোয় হিন্দুনি হায়না চাউথোকখিবনি, জাতিগী ওইনসু নত্রগা ন্যাশনালিটিদসু। মখোয়গী গুরুশিং অদু হিন্দুগী মচা মশু ওইবনিনা মখোয হিন্দু নত্তে হায়না মী কাংলুপ খরনা হায়বদু য়াফম থোক্তে। গুরুগ্রন্থ অসি সনাতন ধর্ম্ম চৎপশিংনসু শিখশিংনসু অশেংবা লাইরিক ওইনা পানরি। কাংলুপ অনিমক অসিগী অপূনবা উসবমেল, হরাও-কুম্মৈ লৈজৈ। টৎখালসা কাংবুগী শিখশিংনা মখোয়গী কাংলুপ খোৎ খোৎপা অদু জাতিগী মমিং অদুম লৌরগা হিন্দু ওইনা হিন্দু মরক্তা অদুম হিংমিননৈ। মখোয় ইখঙ খংহৌদনা অথুবা মতমদা হিন্দু ওইবা করম্না তোক্তদৌরিবনো? ঐখোয়গী জাতিগী অপূনবা অসি অসূপকী মতিক শীঙনবা য়াদবা মপৃঙ ফাবা অমা ওইরে, মদুদি শিখ অমসুং সনাতনি অনিসিগী মরক্তা চারৌ মৌরৌনবা অসি ময়ামগী ওইবা থৌদোক ওইনরি।

শিখ ইচিল ইনাওশিংগী মরক্তা লুচিংবা খরনা মবক মবক্তা মখোয় হিন্দুশিংদা চনবা য়ারোই হায়না য়েৎপা য়াওই, মসি হিন্দুইজমগা সনাতনিজমগা অমত্তুনি হায়না শকতাকপা ঙমলবদি শিখশিং হিন্দু নত্তে হায়বা

ব্রাফমসি অমুক কাংথোকপা ঙম্লরোই। অসিগুম্বা ব্রাখন্দা মেন তাদবা, ফোংদোকপদা ময়েক শেংদবা কয়ানা হিন্দু কম্যুনিটিগী মরক্তা নুংশিনবা মরী থম্বদা অকায়বা কয়াগী মরু ওইগনি। ঐখোয়গী হিন্দুত্ব অসি ঈশ্বর তত্ত্বগী ওইবা চাংয়েংনা অরেপ্পা ওইবোইদবনি হায়বসি ঐখোয়ন শেংনা খঙননবা হোৎনফম থোকই। অদুম ওইনমক ঐখোয়না অমুক্তা হন্না নিংশিংগদবদি শিখশিংনা পাম্লবদি সনাতন ধর্ম্মদা মখোয়না পামদবা অন্ধবিশ্বাসনি হায়না খনবা অমা নত্রগা খোৎ খোৎপা হুন্দোকপা যাই, লাইগী মপাউনি হায়রিবা হিন্দু ধর্ম্মগী পুনশিন্নবা ওথোরিটি ওইরিবা, বেদ ফাওবা মখোয়না পাম্লবদি হুন্দোকপা য়াই। অসুম্না তৌরবদি মখোয় সনাতনি অমা ওইবদি তোকপা তাই অদুগা মদুনা হিন্দু ওইর্বাদ তোকপা য়ারোই। ঐখোয়গী হিন্দুত্বগী ডিফিনিনগী মতুং ইন্না, ধর্ম্ম অমা ওইবগী ব্রাফম নত্তনা শিখশিং হিন্দুনি, জৈনশিং অমসুং লিঙ্গয়েটশিংনা হিন্দু ওইবগুম্বা মখোয়সু হিন্দুনি। ঐখোয় পূম্নমক অসি জাতিগী ওইনা, ন্যাশন অমসুং কলচরগী ওইনা নিংশিংবা ঙমদ্রবা মতমদগী হৌদুনা খাইদোকপা য়াদ্রবা হিন্দু কৌবা জাতি অদু ওইবকই। ঐখোয়গী অমত্তা ওইবা জাতিগী মমিং অসি ফোংদোকপা য়াবা ব্রাহৈ অতৈ অতৈ লৈতে, ভারতীয় হায়বা মমিং অসিনসু মহুৎ শিন্দুনা ফোংদোকপা য়াদে। ভারতীয় হায়বা ব্রাহৈ অসিনা খঙনরিবসি ভারত্তা লৈবা মীশিং অসিবুনি ঐখোয় হিন্দুগী অমত্তা ওইবা জাতিগী মমিং অদু ফোংদোকপা ঙমদে। ঐখোয় শিখনি, হিন্দুনি অমসুং ভারতীয়নি।

সনাতন ধর্ম্ম চৎপশিংগী মখন্দা চনখিদুনা মখোয়গী অশেংবা শক্তম মাঙগনি হায়দুনা কিজবা শিখ ইচিল ইনাওশিং অমসুং মখোয় হিন্দু নত্তে হায়রিবসি অয়াম্বদি রাজনীতিগী ওইবা ব্রারোলনি। মসিদি স্পেসিয়েল রিপ্রেজেন্টেশনদা অমাঙ অতোংগী ব্রাফম চঙবা য়াবা ব্রাফম ওইদে। শিখশিংনা মখোয়গী কাংলুপকী স্পেসিয়েল ইন্টবেষ্ট ঙাক্নুনা থম্বা পাম্বা অদুগা অমরোমদা মহম্মদনশিংনা মখোয়গী কাংলুপকী ওইবা খুদোংচাবা কম্যুন্যাল রিপ্রেজেন্টেশন অদু মখোয়সু ফংননবগী অপাম্বনি। মখোয়না অসুম্না তাম্লবদি ভারতকী অতোপ্পা মরু ওইবা মাইনোরিটি খুদিংমক অসুম্না তাম্লক্কনি হায়বসি ঐখোয়না খঙফম থোকই। ঐখোয়না খল্লি অসিগুম্বা শিখশিং হিন্দু নত্তে হায়বা দাবী অসি শিখ ইচিল ইনাওশিংনা তৌরিবশিদা চৎনবা য়ারোইদৌবা

মতোমতা শিজনবা ওইবা ৱাফম অমনি। শিখশিংনা মশাগী অপাম্বা অদু ঙাক্তুনা থম্মনবা, তকশিন্নবা, অমসুং থবক ওইনা পাংথোক্লবা দাবী তানবদা মখোয়গী পোকপদগী লোইনরক্লবা হিন্দুত্ব ওইবদু করম্না থাদোকপা য়াগদৌরিবনো। মখোয়না স্পেসিয়েল ওইবা কম্যুনিয়েল রিপ্রেজেন্টেশন ফংননবা অতৈ মরু ওইবা মাইনোরিটিনা তৌবগুম্না হিন্দুত্বগী 'বার্ট রাইট' থাদোক্তুনা তৌবা য়াইনা। ঐখোয়গী শিখ ইচিল ইনাওশিংসি ভারত্তা মহম্মদন কম্যুনিটিদগী হন্থবা মরু ওইবা মাইনোরিটি কম্যুনিটি অমা নত্তে, তশেংবদি মখোয়শিংসি ঐখোয়দদি হিন্দু নত্তবা অতৈ কম্যুনিটি ময়াম লৈরিবসিদগী হেন্না মরু ওইরিবনি। স্পেসিয়েল রিপ্রেজেন্টেশন তানবদা জাতিগী ওইনা তোঙান্না তাদুনা তানবা অসি য়াম্না মাঙজবনি। শিখশিং, জৈনশিং লিঙ্গায়টশিংনা অমসুং ব্রাহ্মণ নত্তবশিং মখোয় মখোয়গী কম্যুনিটি চাউখৎনবগীদমক পুকচেল শেংনা দরকার লৈ হায়না খল্লবদি মখোয়না তকশিনবা য়াই। মখোয়গী চাউখৎপদু হিন্দু সমাজগী চাউখৎপনি। থাইনদি ঐখোযগী লৈবাক্তা মরু ওইবা কাষ্ট মরিনা স্পেসিয়েল রিপ্রেজেন্টেশন ওন কম্যুনিয়েল বেসিশতা কাউন্সিল অফ ষ্টেট অমসুং লোকেল বোডিশিংদা মীহুৎ থাগৎপা য়াবমই। মখোয়না অসুম্না তৌবমলিবদু হিন্দুত্বগী হেন্না পাক চাউবা সাধারণ ওইবা মিংযেংদা পূন্না তিন্নবা য়ানবা তৌরম্বনি। শিখশিং অসি ধর্ম্মগী ওইনা শিখ ওইসনু, তৌইগুম্বসুং জাতিগী ওইনা, সংস্কৃতিগী ওইনা লৌরগা হিন্দু কাংলুপ্তা তিনসনু।

মখোয়গী গুরু থাদোকউ য়াদবগীদমক্তা মীহাৎপগী শীজংনা কক্তুনা হাংহন্নবা ঙক য়োম্ছোকপা ঙম্বা থৌনাফবা লিশিং কয়া পুথোকখিবা জাতিনি। 'ধর্ম্মহেত শাকা জিন কিয়া। শির দিয়া শিরহম দিয়া।' থৌনাফবশিং অদুনা মখোয়গী মকোক মরু থাদোক্লগদ্রা, মহী নাইবা অহাওবা ইনশাং অমগীদমক মখোয়গী মপা মপু অমসুং পোকপগী লোইনরকপা অধিকারদু মাঙহনগদ্রা? ঈশ্বরনা ঙাকপীসনু। ঐখোয় হিন্দু মাইনোরিতিশিংনা নিংশিংগদবদি অপূনবনা পাঙ্গল ওইরবদি, হিন্দুত্বদা খ্বাইদগী অচেৎপা, নুংশিবা লিপুন ওইগদবা, অশেংবা, মতম চুপ্পগী ওইগদবা, শক্তি লৈবা অপূনবদি ঐখোয় মশেল পুনশিনবা হায়বশিনি। চৎলিবা পুঙফমসিদা তোঙান তাদুনা লৈরগা কান্নগনি খল্লম্বা য়াই অদুবু মদুনা ঐখোয়গী থায়নদগী লৈরক্লবা জাতি অসিদা হায়নিঙাই লৈতবা অমাঙবা থোরক্কনি, 'ঐখোয়গী সভ্যতা মাঙখিগনি, তৌইগুম্বসুং মদু কাংলুপ অমগী নত্তে, ঐখোয় পূম্নমক খোৎ-খোৎপা মাঙমিন্নগদৌরিবনি।

ঐখোয়গী অপাম্বসি অতে হিন্দু ইচিল-ইনাওশিংগা মাঙনিঙাই ওইদবা মওংদা ত্তিনশিন্নগদবনি। মতুংদা মমাঙগী মতমদা তৌবগুম্না, মীরম মচাশিংনা হিন্দু সভ্যতাগী মায়োক্তা ঐখোয়গী হিন্দু কাংলুপ অমদা খুৎ থারক্লবদি অতোপ্পা হিন্দু কম্যুনিটিশিং মাঙগদৌরিবনি। মতুংদা, হৌখ্রবা মতমদা তৌবগুম্না হিন্দুশিংনা জাতি অমা ওইনা শিবাজী অমা নত্রগা রণজীৎ অমা, রামচন্দ্র অমা ধর্ম্ম অমা আশোকা অমা নত্রগা 'অমোঘবর্শা' অমগী লুচিং মখাদা অচৌবা মায়পাকপগী মতোল লোমগদৌরিবনি। মতম অদুদা হিন্দু কমনৱেল্ট কী মশা খুদিংমক্তা অরংবা মঙাল ফাওরক্কনি। অদুনা ইচিল ইনাওশা, হৌজিক হৌজিক্কী অপাম্বা খরনা ঐখোয়বু মিকানহল্লোইদবনি অমসুং ইতিহাসপু লান্না পাবা, লান্না অর্থ হনবগী লৌনম চঙহল্লোইদবনি।

শিবাজী মহারাজসু মহাক্কী মরী মতাশিংনা থাজবা মাঙহনবা লৌনম্বা কয়া তৌখি, 'পিসাল' নসু মহাক্কী লৌনম শাজৎ চংখি, শিবাজী অমসুং মাগী জাতিনা হিন্দু ওইবা তোকখিব্রা? থৌনা ফবা 'বন্দা' না শিখ লুচিংবশিংবু থাদোকপা, অদুদগী খালসা লাম্মীগা ইংলিসকা কন্না লাম্থেংনরিঙৈ মরক্তা গুরুগোবিন্দ সিংহবু শিখ কয়ামরুমনা থাদোক্তুনা চংখিবগী থৌদোক লৈখি, অসিগুম্বা পাংদবা লৌনম অদুনা নোংশাগুম্না থৌনা ফবা গুরু গোবিন্দনা নীংবা কায়রবা ফিবমদগী অরোইবা মায় পাকপা লানফম থেংনবা ঙমহন্‌খি। অসুম্না জাতিদা নমথাক তৌবসিনা হিন্দু ওইবা তোক্লগদ্রা, শিখ ওইররোইদ্রা? হিন্দুশিংগী মরক্তা মাইনোরিটি ওইবা মেজোরিটি ওইবা কাংলুপশিং পূম্নমক অসি তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিং ওইনা সর্গদগী তারকপা ঈশ্বরগী খুৎশেমদি নত্তে। মখোয় পূম্নমক অপূনবা লৈবাক অসিদা লুনা মরা তাখ্রবা ইন্দ্রি অমত্তদগী হৌরকপনি। ঐখোয়না য়াওমচা অমদা 'কচছ' অমসুং 'কৃপাল' য়ানশিনবিরগা নোংশা অমা ওইহনবা য়ারোই। গুরুনা লান্দা থৌবা কয়া শহীদ কয়া শেমগৎপা ঙমখিবগী মরমদি মহাক্না পোকখিবা জাতি কাংলুপ অসিগী মপান্ননি। নোংশাগী মরুতনা নোংশা পোকপা ঙমই। লৈ অমনা 'ঐনা শাৎলি অমসুং লৈনম চেলহল্লি' হায়বা য়াদে। থাঙ্গৈশেংবনি লৈখোক্তগী ওইরকপা ঙাক্তনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী ঈ অমসুং ঈগী মরু অদু থৌশাদবা য়াদে। মহাক্কী গুরুদা থাজবা থমলিবা শিখ অমনা মশানা তাজবা ওইনা হিন্দুরোমদা ওনশিল্লকপা তাবনি। গুরুদা ভক্তি ব্যবহার থমলিবা কনাগুম্বা

অমনা মহাক্কা শিখ অমা ওইদ্রিঙৈ ফাওবদা মহাক হিন্দু অমা ওইদুনা লাকই। ঐখোয়গী শিখ ইচিল ইনাওশিংনা শিখিজমদা থাজবা থমলিবা মথৌ মখোয় হিন্দু ওইনা লৈফম থোকই। সিন্ধু তুবেন্দগী সমুদ্র য়ৌনা শন্দোকখিবা ভারত ভূমি অসি মখোয়গী পিতৃভূ অমসুং পূণ্যভূ ওইনা লৈবগনি। মখোয়না শিখ ধর্ম্ম থাদোক্লবা মতমদা হিন্দু অমা ওইবা তোকপা যাগনি।

ঐখোয়না শিখ ইচিল ইনাওশিংগী তোপ তোপ্পা ফিবমগী মতাংদা খবা খন্ন-নৈনবে। মতুংদা নন-বৈদিক কাংলুপ অমসুং ধর্ম্মশিংগী অসিগুম্বা অতৈ কাংলুপশিংগী মতাংদা ঐখোয়গী হিন্দুত্বগী ডিফিনিশন অদুগী মিৎয়েংদা খবা অমুক খন্নবসি। দেবসমাজিশিং অসি লাই লৈতে খনবা কাংবুনি, মখোয়গী মবমদদি হিন্দুত্বনা কবিসু তৌনিঙাই লৈতে। দেবসমাজিশিং লাই থাজদে নাস্তিকনি। দেবসমাজি কাংবুনা লৈবাক অসিবু মখোয়গী মপা মপুগী লৈবাকনি হায়না খল্লি, মখোয়গী পিতৃভূনি হায়না লৌই, পূণ্যভূমিনি। মবম অদুনা মখোয় হিন্দুনি, আর্য্যসমাজগী মনুংদগীসু হেন্দোকপা মতা অমা লৈ। মখোযগী মবমদা হিন্দুত্বগী মিৎয়েংদা য়েংবদা মখোয় হিন্দুনি। অদুনা ঐখোযগী ডিফিনিশন অসিনা মখোয়বু খাইদোকফম থোক্তে।

ফিবম অমখক্তদা ঐখোয়না অকুবা মতাং অমা মায়োক্লবি। খুদম ওইনা হায়ববদা সিষ্টর নিবেডিতা হিন্দু অমা ওইগদ্রা? মসিদসু নিযম অদুগী তোপ তোপ্পা অমগী মখাদা চাং য়েংবা অমা চঙই। ঐখোয়গী মবৈপাক নীঙবা মপুকচেল চাউবা সিষ্টর অসিনা সিন্ধুদগী সমুদ্র ফাওবা শন্দোকখিবা পাকচাউববা লৈবাক অসি মহাক্কী 'পিতৃভূ'নি হায়না খঞ্জখি। মহাক্কা অসুম্বা মমা লৈবাক অসিবু নুংশিজখি, দেশ অসিনা নীঙতম্বা লৈবাক অমা ওইবন্নবদি মহাকপু অহানবা ওইনা নুংশিববা আত্মা অদুদা সিটিজনসিপ আধিকার পীবমগদবনি, তৌইগুম্বসুং মদু ওইথোকখিদে। অদুনা হিন্দুত্বগী অহানবা মচং ওইবা অদুগী মখাদা যেংলবদি মহাক্কী কেশ অসি অফবা ওইনা লৌবা তাই। অনিশুবা হিন্দুত্বগী মচং ওইবা অদুগী মিৎয়েংদা হিন্দুগী মপা মপুগী ঈগী ঈচেল য়াওবা হায়বদুমদি মহাক্কী কেশতদি ওইদ্রে, অদুম ওইনমক অসিগুম্বা কেশ অসিদা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না খন্নবদা হিন্দু অমগা লুহোংদুনা ঈগী মবী তিনখ্রবা অদু ওইববদি অনিশুবা মখল অসিদসু চনবা য়াবম্বনি, অদুবু ফিবম অনিমকসিদা 'কমন ব্লড' কী রাফম অসিদি অমত্তদা ফংবা য়াদ্রে।

তৌইগুম্বসুং অনিশুবা ক্লাসিফিকেশন অসিমনসু য়াদ্রবা অহুমশুবা মরু ওইবা হিন্দুত্বগী ক্লাসিফিকেশন অসিনদি মহাকপু হিন্দু অমা ওইনা শকখঙবা মতীক চাই। মরমদি মহাক্না ঐখোয়গী সংস্কৃতি অসি থব্রাই তানা লৌথি, লৈবাক অসিবু মহাক্কী পুণ্যভূমিনি হায়না ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা পুজা তৌথি। মহাক মশামক্না হিন্দু অমা ওইনা খঞ্জখি মসি হিন্দুত্বগী চাংয়েং খুদিংমক্তা খ্বাইদগী মরু ওইনা লৌবা মচং ওইবদুনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না কাউথোকলোইদবা অমদি ঐখোয়না হিন্দুত্বগী মচং ওইবশিং লেপ্পদা ব্রাহ্মে অসিবু থাঙ্গৈশেংনা শিজিন্নবদি অয়াম্বা মীশিংনা ব্রাহ্মে অসিবু শিজিন্নবা ব্রাখল অদুদগীনি। মরম অদুনা ঐখোয়না হায়বা ঙম্বদি কনাগুম্বা অমা লৈবাকসিবু মহাক্কী লৈবাক্নী খঞ্জরগা, লৈবাকসিগী মচা মশুনি হায়না লৌদুনা লৈবাকসিবু মাগী ফাদরলেণ্ড ওইনা লৌরবা, হিন্দু অমদা ময়ুম পাল্লবা, ঐখোয়গী ভারতকী সংস্কৃতি অসিবু লৌদুনা ভক্তি প্রেম থম্লবা অদু ওইরবদি মহাক্তু নুপা ওইরবসু নুপী ওইববসু লৈবাক অসিগী মচানি, হিন্দুনি। মখা তাবদি ঐখোয়না করি ওইনা চত্থগদগে হায়বসি ক্ষমতা অমত্তা লৈত্রে।

হিন্দুগী কাংলুপ অমগী নীতি অমবু থাজদুনা মীরৈবাক মচা অমনা সনাতনি ওইনা, শিখ অমা ওইনা অমসুং জৈন অমা ওইনা ধর্ম্ম ওল্লক্লবদা, হায়রিবা ধর্ম্মমর্তাশং আর্সাদি হিন্দু ওইনা লাইফাও ওইরক্লবনিনা মশানা হিন্দু অদুম ওইবে। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা ধর্ম্ম ওল্লক্লবশিংদু হিন্দুত্বগী মচং ওইবা অহুমগী মনুংদা অমখক্তনা ওইবনিনা কনাগুম্বা অমবু হিন্দু ওইনা হেক্তা শকখঙবা হায়বসি য়াদবনি অদুবু সিষ্টর নিবেডিতা নত্রগা এন্নি বেসন্টতি মখোয়না ইমা লৈবাকসিগী অমসুং লৈবাকসিগী মরমদা মখোয়না পীরম্বা থৌদাং অদুবু য়েংদুনা তৌবিমল খঙবগী ব্রাখলসি লুনা লৈগ্রে। জাতি অমা ওইনা ঐখোয় হিন্দুশিংনা নুংশিনা লৌদুনা সিষ্টর নিবেডিতা অমসুং মহাক্কী মী কয়াবু ঐখোয়গী লৈবাক্কী মীশিংগুম্না অমত্তা ওইনা লৌগ্রে। অদুনা মখোয়গুম্বীশিংগী ব্রাফম অসিদি হিন্দুত্বগী নিয়মশিং অদুনা কোন্দ্রবা তোপ তোপ্পা মওং অমনি।

## মহৌশা লাইরেম্বীগী আশীর্ব্বাদ ফংলবা অমত্তা ঙাইবা লৈবাক হিন্দুস্থান

হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না থি-হন্বা চত্থরিবা অসিদা কান্নবা ব্রাফমদা ফত্তবা খনবা অমত্তা য়াওদ্রি। অরোইবা মতাং য়ৌশিল্লক্লবদা ঐখোয়না ফংলিবা হিন্দুত্বগী মচং ওইবা গুণশিং হাপচিনবা অসি নাতৈ চাদবা অমদি ওইবরোই। মসিনা ঐখোয়গী জাতিদা পাঙ্গল, তিন্নবা অমসুং চাউখৎপা লম্বীদা কয়া য়াম্না কান্নবগে হায়বসি য়েংবা তারি। মচং ওইবশিং অসিনা অপাকপা, অকবা অমসুং অকনবা য়ুম্ফম ওইদুনা তুংদা জাতি শাগৎপা, মতম মতমগী ওইনা লাকপা খুদোং থীবশিং মায়োক্লবা ঙম্বা হিন্দু জাতি অমা শেমগৎপা ঙম্বা ওইগদ্রা নত্রগা লৈখোমনা শাবা মখোঙদা হিন্দু জাতি লেপ্লগদ্রা?

থাইনগী লিববা জাতিশিংনা মখোয়গী লৈবাক অদু অচৌবা ফক্লাংশিংনা খাজিন্দুনা অচৌবা লানবল ওইহল্লমই। ঙসিদি মখোযগী ফক্লাংশিং অদু খোংপাক্লা নেত্তুনা উফুল তাগ্রে, তৌইগুম্বসুং মফম কয়াদা চাউরবা লৈতোং কয়া ওইনা উবা ফংলি, চেকপল অচৌবনা কনগনি হায়না খল্লম্বা মীশিং অদু অমত্তা ফাওবা মশক মমি উখিদ্রে। ঐখোয়গী থাইনগী য়ুমলোন্নবা লৈবাক চিনাশিংনা মীবোল অমদগী মীরোল অমা লান্না অচৌবা চেকপল খাগত্তুনা, মখোয়গী লৈবাক্তু কোনবা থুংনা অপাকপা, অৱাংবা, অকনবা চেকপল খাগত্তুনা মীওইবা জাতিগী অঙকপা পোৎ অমা ওইহনখি। মীওইবা জাতিগী অঙকপা কয়াগী মনুংদা অমা ওইখিবা চেকপল অদু মশাগী অরুম্বা পুবা ঙমদদুনা কিষ্ণুম্লে। য়েংউ প্রকৃতিনা শেম্লম্বা লানবল অসি! পামজবশিংগী অপাম্বা থুংহন্দুনা ঙসিফাওবা লেপলি হিমালয় চীঙশাং, বৈদিক শৈশকপশিংদা তৌবগুম্না হৌজিক্কী মতমগী মীরোল ফাওবা। মখোয়শিং অসিনা ঐখোয়গী পাক চাউপ্লবা মহাদেশ অসি নুংঙাইরবা লানবল অমগুম্না ওইহল্লি।

নহাক্লা বালটিনা শিত্তুনা নহাক্কী খোংবান্দা ঈশিং থলহল্লু অদুগা মদু থাওঙপাৎনি হায়না কৌজবা য়াই, য়েংউ, বরুণদেব মশামকনা মহাক্কী মখুৎ নামত্তনা ইন্দুনা মহাদেশ কয়াগী মরক্কী অহাঙবদু ঈশিংনা থলহল্লে, সমুদ্র

অমদগী সমুদ্র অমা ফাওবা হৈথরে। ভারত মহাসাগর অমসুং মসিগী উপসাগরশিং অসি ঐখোয়গী থাওওপাৎ ওইনা লেপ্পীরে। মখোয়শিং অসি ঐখোয়গী ঙমখৈগী পরিংনি, মসিনা লৈবাক অসিগী অয়াম্বা শরুক সমুদ্রনা কোয়শিন্দুনা দ্বীপ অমগী মওংদা খুদোংচাবা অমা পীরি।

ঐখোয়গী ইমা লৈবাকসে, লাইগী মচানুপীনি, মহাকসি অসুপকী মতীক থোইদোক হেন্দোকপা গুণ, ক্ষমতানচিংবনা লৈতেংখ্রে। মহাক্কী তুরেলশিংসি য়াম্না লুই মতম পুম্নমক্তা ঈশিং কংদে। মহাক্কী লৈতেম মান্নবা পাক্লবা লম্মাংশিংসি লৌউ শিংউবদা খুদোং চাই অমসুং লৌবুকশিং অসি সনাথোকই। মহাক্কী পুম্নিদা চগুগদবা পোৎলমশিং য়ামদে, অমসুং অমেঙবা নুংঙাইবা প্রকৃতিগী খুৎশেমনা অপাম্বা পূম্বা ফংহল্লি। মহাক্কী শা-ঙা, উপাল-ব্রাপালশিং অসুপকী মতীক ইনাক খুল্লি, মৈশা অমসুং মঙালগী হৌরকফম ওইবা নুমিৎ কৌবা লাইদা লমন তোল্লি।

মহাক্না উন্না কুপ্না লমশিংদু পামদে; মখোয়গী উন্না ফমজিল্লবা লম্পাকশিংদা আশীর্ব্বাদ তৌই। মৈশানা করিগুম্বা মতমদা মখোয়বু শোম্থহল্লি, অঙৈংবনা অতোপ্পা মতমদনা ইনম নমই। অঙৈংবনা খুৎনা শুবা থবক্তা খরদি খুমাঙ চাউশিলহল্লি, মৈশানা মদুগী দরকার ওইবা খরদি লৌথোকই। মহাক্না খৌনাউ কংবদগী খৌরাংবা কোকহনবনা হেন্না পামই। মসি অমুক্তা থেংনদ্রিবশিংনা তৌদুনা য়েংবা য়াই। মদু তৌদুনা খঙলবশিং অদুনা অশেংবা অদু খঙদুনা নুংঙাইবা য়াই। ফাদর থামস উনগী ফিজোল শেত্তুনা খোংজেল য়াংনা চেম্থরি। মহাক্না মাগী ঘাটশিং য়ৌরুবা পামই থাবল ফবা অহিংদা গঙ্গা তুরেন্দা হি-শিং হোম্থরকপা অদু য়েংনিংই। লাঙ্গোলগা লোয়ননা ব্রাহোংশিং, থম্বাল, শামু অমসুং গীতা, মহাক্না পুম্নমক থাদোকপা পামই, মদু ওইবা তারবদি অইংবা লমদমগী নুংঙাইবগী খুদোং চাবদু থাদোকপা তাবনি। মহাক্না খঙই, মহাক্কী লম্বী খুদিংমক ফংবা ঙম্লোই। মহাক্কী লৈকোলশিং ইশং শংন মনা পৃঙই, মহাক্কী ফৌগৈশিং থম্লে, মহাক্কী ঈশিং তরু তরুই, লৈশিং মনম নুংশি উহৈশিং হাউই মহি হোমই, মহাক্কী বাঁশিনা গোকুলগী ঈশৈগী সুরদা মফম খুদিং নিলহল্লি। তশেংবদি 'হিন্দ' লৈবাক অসি লাইগী মচানুপী ওইনা পুম্নমকতা অব্রাৎপা লৈতবা গুণশিংনা লৈতেংলবী মহাক্নি।

ইংলিসসু ফ্রান্সসু, চীন লৈবাক নত্তনা, লৈবাক্তুদা লৈবা মীশিংদা হিন্দুস্তানগা মান্ননা প্রকৃতিগী শক্তি চেনবা লৈবাক অমত্তা লৈতে। অমেরিকানশিংদা ফিবম অসি খরমখৈ লৈরবসু হিন্দুস্তানগদি চাংদম্নবা য়ারোই। লৈবাক অমা, অপূনবা খুন্দা লৈতাফম য়ুম হায়বসি মরা চেংপা অকনবা ন্যাশন্যালিটি অমগী খ্বাইদগী মরু ওইনা চঙদবা য়াদবা অমনি।

পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবাক অতৈগী মতৌগুম্না ঐখোয়গী লৈবাক অসি অচৌবা ন্যাশন অমা ওইরক্লবদা চূনবা লৈবাক লৈহাউ ফংবা য়াবগী লম্বীদা অতৈ লৈবাক্না হেল্লোইদবা মরম য়াম্না লৈ। ঐখোয় হিন্দুশিং অপূনবা ফাদরলেণ্ড অমবু নুংশিবগী অপূনবা থাজবা অমা লৈ, মসিগী নুংশিবগী লীপুন অসিনা জাতি অসি মরা চেংনা থম্বদা অমদি অচৌবা থৌদাং কয়া পাংথোকপা ঙম্বগী পুক্নিং থৌগৎলি।

হিন্দুত্বগী অনিশুবা মচং ওইবনা জাতিবু অমত্তা ওইনা পূনবা অমসুং হেন্না চাউখৎপদা অথুপ্পা শক্তি পীরি। চীন দেশ নত্তনা পৃথিবীগী লৈবাক অমত্তদা ঐখোয়গী লৈবাকসিগা মান্ননা জাতি অমত্তা ওইনা হৌমিন্নরকপা লৈমিন্নরকপা অতৈ কনামত্তা য়াওদে, অসুপ লীরবা অসুপকী মতীক মীশিংদা অমসুং হিংবগী মপাঙ্গল কনবা মীশিংনা খুন্দাবা লৈবাক অতৈ লৈতে। আমেরিকা অসি মাইকৈ অসোমদা য়েংবদা ভুগোলগী ওইবা অমসুং ন্যাশন্যালিটি অমা ওইবগা মরী লৈনবা লাইবক ফবা লৈবাক অমনি, অদুম ওইনমক আমেরিকা অসিমক ভারত্তগী ভুগোল অমসুং ন্যাশন্যালিটিগী মতাংদা শোথৈ হায়বা য়াই। মহম্মদনশিংসি জাতি লৈতে, খৃষ্টানশিংসু অদুমঙাই, মখোয়শিংসিদি ধর্ম্মগী ওইবা কাংলুপশিংনি হায়বদি য়াই, জাতি অমসুং ন্যাশনদি ওইদে। ঐখোয় হিন্দুশিংদি হিন্দুত্বগী মচং ওইবা মখল অহুম্মক পূন্না লৌরবদা থাইনদগী অপূনবা য়ুমথক অমগী মখাদা লৈমিন্নরকই। ঐখোয়গী জাতিগী মীশিংগী ওইবা শক্তি অসি য়াম্না ৱাংনমক থাঙ্গৎলুদ্রবসু ঐখোয়গীদি লেঙদ্রবা অমনি।

সংস্কৃতিদদি ইংলিস অমসুং আমেরিকানশিংনা মখোয় মশেল মরী মতানি হায়না লৌনৈ, মরমদি মখোয়গী অপূনবা কলচর সেক্সপিয়ারনি। কালিদাস নত্রগা ভাসা নত্তনা হিন্দুশিংগীদি রামায়ণ অমসুং মহাভারত অপূনবা সংস্কৃতিনি, বেদসুনি। আমেরিকাগী অঙাংশিংদা জাতিগী ওইবা ঈশৈ অমা

শকপা তন্নীবদা মখোয়গী জাতিগী মতম পূম্নমক্কী ওইবা সেলফ ইম্পোর্টেন্স তাক্লবা হোৎনবদা চহী চা খরগী মতম শীঙথাই, মদু মখোয়গী ইতিহাসনা লেপ্লকপা মতমদগীনি। হিন্দুশিংগীদি মশানা লেপ্লকপা চহীসি কুমজাদা যুগ মশিংদা অমসুং কল্পদা থীনরে।

রঘুপতেঃ কব গতোত্তরকোশলা।
যদুপতেঃ কব গতা মথুরাপুরী।।

(রঘুপতি গী উত্তর কোশালা মফম অমত্তদা উররোই, শ্রীকৃষ্ণগী মথুরা সহরসু অদুমঙাই)

হিন্দু অমনা অচুম্বা ফংনবা হোৎনবদৌনা মশাগী অচাউরম কাবা ৱাখল পোক্লবা কৈদৌঙৈদসু হোৎনদে। অসুম্না তৌবসিনা মহাক চিরকাল ওই। কনাগুম্বা জাতি অমনা হৌখিবা মতমগী থোইদোকপা করিসু লৈরক্তবা লৈবাক ওইরবদি তুংগীসু করিসু লৈরোই। জাতি অদুগী থৌনাফবশিং অমসুং মখোয়বু ঈরাৎচবশিং নিংথৌ তরেলগী মতৌগুম্নগা অরোই অখম নাইদনা লেংদুনা লৈ। মখোয়গী গ্রীস অমসুং রোমবু লাম্বা তৌনদুনা দমন তৌরম্বগী ইতিহাস লৈবা লৈবাক অসি মতুংদা অতোপ্পা পৃথিবীগী লৈবাক অতৈদগী হেন্না শক্তি লৈবা লৈবাক অমা ওইরক্লবা ইতিহাসনা শোয়দবা পীরবনি।

ইমা লৈবাক্কী লীপুন অসি, সংস্কৃতিগী অপুনবদগী 'হোলিলেণ্ড'গী লীপুননা হেন্না মপাঙ্গল কল্লি হায়বসি ইতিহাসকী থৌদোক কয়ান প্রমাণ তৌখ্রবনি। মহম্মদনশিংদা য়েংসি 'মেক্কা' অসি মখোয়দদি দিল্লি নত্রগা আগ্রাদগী হেন্না লূম্না খনবনি। মখোয় খরদি ইসলামবু য়াইফনবনি নত্রগা মখোয়গী প্রোফেটকী সহরবু কন্ননবনি হায়রবদি মখোয়না ভারত পুম্নমক থাদোকপদা করিসু চিংনবা লৈতে। ইহুদীশিংসিদা অমুক য়েংসি, মখোয়সু অদুমঙাই, মখোয়না চংজফম লৌদুনা খুন্দা লৈতাখিবা লৈবাকশিং অদুদগী মখোয়না চহী চা কয়াগী চাউখৎপা ফংখিবা অমসুং তৌবিমল উৎপগী ৱাখলনা লৈবাক কয়ামরুমদা মান্ননা হেন্না কন্না নপশিন্নৈদি হায়ববু মখোয়গী লৈরুবা মফমশিং অদুদা মখোয়না নুংশিবা অদু মশানা তাবা ওইনা মখোয়গী পোক্লফম লৈবাক অমসুং মখোয়গী প্রোফটকী লৈবাক, অসুম তৌনা অনি থোক্লা খায়দোকই। জাইয়নিষ্টশিংনা (Zionist) নীঙলিবা মঙ অদু মঙফাওনদুনা জুশিংনা (Jew) পেলেষ্টাইন অসি জু ষ্টেট অমা শেমলক্লবদি

ঐখোয়গী জু ইচিল ইনাওশিংগা চপ মান্ননা ঐখোয়সু হরাও মকা লামগনি। জুশিংনা মহম্মদনশিংগা চপ মান্ননা, মহৌশা ওইনা, মমা লৈবাক ওইবা আমেরিকাদা লৈবা, ইউরোপকী লৈবাকশিংদা লৈবা, অদুদগী জুয়িশ ষ্টেট অদুগা চাংদম্নবদা অকোনবগী অসিদা হেন্না ভক্তি লৈবা লৈবাক ওইবকই। মখোয়না লৈবাক অদুদা চত্তুনা লৈরুদ্রবসু ইতিহাসকী তাংকক কয়াদা মখোয়না লৈরুবা লৈবাক অদু চিরবা মতমদা হুন্দোক্লম্বগী থৌদোক য়াম্না লৈখি। 'ক্রুসেড' শিংদা হন্দুনা য়েংসি। 'ক্রুসেডস' হায়না খণ্ডনবা ধর্ম্মগী লাল অসি ময়াই ওইবা যুগতা প্যালেষ্টান উদ্ধার তৌনবগী মতম কুইনা শোক্লখিবা লালনি। ধর্ম্মগী লাল অসিদা শরুক য়াখিবশিংনা মখোয়গী অপূনবা 'হোলিলেণ্ড' ওইবা প্যালেষ্টান মহম্মদনশিংগী মায়োক্তা লাম্ছংনখি। লোল, জাতি, ন্যাশন্যালিটি পুমখেন খেন্নবশিংদা হোলিলেণ্ডগী অকনবা ঈথিল চণ্ডখি অমসুং মখোয় মশেল অমত্তা ওইখি।

মরম অদুনা জাতি অমা মপূণ্ডফানা সোর্লিডিরিটি লৈবা অমসুং তিন্নবা পুরক্কে হায়বগী ফিদম্নফম ওইবা মবমদি অতৈ পূম্নমক মান্ননা লৌরবদা, মীশিং অদু মখোয়না প্রেম ভক্তিগা লোয়ননা লুনা তৌজবা মখোয়না লৈরিবা লৈবাক, মখোয়গী মপা মপুশিং অদুনসু মখোয়গী লাই (ঈশ্বর) স্বগগী দূতশিং, মুনি ঋষিশিং অমসুং প্রোফেটশিংনা লৈবম্বা মফম ওইগদবনি, মখোয়গী ইতিহাসকী দৃশ্য পুম্নমক অদু মখোয়গী পুরাণ অমসুং লাইতিনগী ৱাবীশিংগা অমত্তা ওইবা দৃশ্য ওইগদবনি।

হিন্দুশিং অসি ফিদম্নফম ওইবা মথক্তা পনখ্রিবা ফিবমশিং অসি শুনা য়াওবা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা অমত্তা ঙাইবা জাতিনি, লোয়ননা জাতিগী ওইনা মরা চেৎপা, পূম্নমক তিন্নবা য়াবা অচৌবা লৈবাক অমা ওইননবগী মচাক শুনা য়াওদুনা জাতিগী অপূনবা মরা চেৎপা পুরকপদা পুক্লিং থৌগৎনিঙাইনি। চিনগী মীশিং অসিফাওবা ঐখোয় হিন্দুশিংগা মান্ননা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদে। শুপ্নগী অরাবিয়া অমসুং পেলেষ্টাইন মায় পাক্লক্লবদি হায়রিবা মথক্তা পনখ্রিবা জাতি অমা ওইবগী অমত্তা ঙাইবা খুদোংচাবশিংদু লৈ হায়না লৌবা য়াই। তৌইগুস্বসুং অরাবিয়া অসি প্রকৃতিগী, সংস্কৃতিগী ইতিহাসকী অমসুং মীশিংগী অব্রাৎপা চণ্ডদবা য়াদবা কয়ামরুম লৈবনা অচৌবা জাতি অমদি ওইবা য়ারোই অদুগা জাইয়নিষ্টশিংগী (Ziolnist) মখোয়গী

প্যালেষ্টাইন ষ্টেট অমা শেম্বদা মহে্ য়াম্লবসু মখোয়সু অচৌবা জাতি অমা ওইবদদি অৱাৎপা য়াম্না লৈ।

ইংলণ্ড, ফ্রান্স, জর্ম্মন, ইটালি, টর্কি, পার্সিয়া, জাপান, আফগানিষ্টান, ইজিপ্ত (হৌজিক কালগী) অমসুং অতৈ আফ্রিকাগী ষ্টেটশিং মেক্সিকো, পেরু চিলি (অতৈ ষ্টেট অমসুং ন্যাশন মচা মচাশিংদি পল্লুবগী থোইনা কান্নদ্রে) নচিংবা লৈবাকশিংসি জাতিগী ওইনা শাহৌমিন্নরবা জাতিশিং ওইববসু ভুগোল, সংস্কৃতি ইতিহাস অমসুং মীশিংগী মচং ওইবশিং ৱাৎপা মরমনা ঐখোয়দগী হম্পুবা খুদোংচাবা লৈ। অমত্তা ঙাইবা, শেংলবা মমা লৈবাক অমা ওইবগী খুদোল ৱাৎলি। অতৈ লেমহৌরিবা ন্যাশনশিংগী মনুংদা আমেরিকাগী ইউনাইটেড ষ্টেটস, ভুগোলগী ওইনা ঐখোয়গা মান্নবা থৌজাল ফংলবসু ন্যাশন্যালিটি অমা ওইবগী চঙগদবা মচং ওইবশিংদা অৱাৎপা য়াম্না লৈ। হৌজিক্কী দেশশিংগী মনুংদা চিন দেশতমক ভুগোলগী, জাতিগী অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা ভারতকা মান্ননা থৌজাল ফংবা লমনি। ঐখোয়গী অপুনবা, অশেংবা, লোল, সংস্কৃতি লৈ, অশেংবা থৌজাল ফংলবা ইমা লৈবাক, জাতিগী মরা চেৎপা ফিবম পীবা মচং ওইবা কয়া লৈবনা লাইবক ফবা হায়বদু ওই।

অসুম্না হিন্দুত্বগী মচং ওইবশিং খরা ফোংদোকখ্রবা মতুংদা ন্যাশন্যালিটিগী ফিদম্লফম ওইবা মচং ওইবশিং খবসু ফোংদোকখ্রে। হিন্দুত্বগী য়ুম্ফম অসিদগী পৃথিবীগী লৈবাক অতৈনা ফংগে হায়না খনবা মণ্ডলাল অদুদগী হেন্না চাউবা তুংগী ভারত অমগী য়ুম্ফম ওইরবনি। ঐখোয়না খুদোংচাবশিং অসি ফজনা শিজিন্নরবদি হৌখ্রবা মতমশিংদগী হেন্না কনবা হেন্না চাউখৎপা ভারত ওইরকপগী লেংদবা লৈ। ঐখোয়গী মীশিংনা নিংশিংবা য়াবদি ঐখোয়গী মীশিং অসি অমত্তা খাইদোক্লদনা চেৎশিন্না তিন্নবগী মতমনি, ডি লিগ অফ ন্যাশনস,ডি এলায়েন্স অফ পাৱাবস, পান ইসলামিজম, পান স্লাবিজম,পান ইথোপিজমনচিংবা অপিকপা লৈবাক মচাশিংনা শক্তি ফংননবা অমসুং হিংনবগী লানফমদা মায় পাকপা পুরক্লবা নিংথিজনা শেম শানখ্রে। প্রকৃতিগী ওইনা অমসুং ইতিহাসকী ওইনা মীশিংদা, ভুগোলগী ফিবমদা, জাতিগী ওইবা আশীর্বাদ ফংদবা লৈবাকশিং অদু অতোপ্পা লৈবাকশিংগা চৎমিন্নবা তাবনি। পৃথিবীগী লৈবাকশিং অসি অকি অখং লৈতনা

খৎনবা হৌদুনা মীগী লৈবাক্তা লান্দানবা অপুনবা শক্তি শেম্মরি, হে হিন্দুশিং! জৈন, সমাজী, সনাতনি, নত্রগা শিখ নত্রগা হিন্দু কাংলুপ মচাশিংনা মখোয় মশেল খৎনরি, হাক্তোক্লরি অমসুং থাইনদগী লৈরক্লবা প্রকৃতি অমসুং মশা অমত্তগী হায়দগী লৈরকপা অপূনবা অসিবু মাঙহন্নবা হোৎনরি, অসিগুম্বা অপূনবা অসিদি চেজেৎ খরনা শাগৎখিবা তঙাইফদবা ফিভম অমদগী ওইখিবা নত্তে, পোকপদগী, ঈ মরীদগী অমসুং সংস্কৃতিগী মবীদগী ওইখিবনি। ঐখোয়না অপূনবগী মরী অসি হেন্না কনখৎহনফম থোকপনি, কাংলুপকী জাতিগী, চৎনবীগী, কাষ্টকী অথিংবা পূম্বা নমথত্তুনা অপূনবা মপাঙ্গল কনবা হিন্দু জাতি শাগৎপা তাবনি। চামিন থকমিন্নবা য়াদবা, প্রদেশ অমগা প্রদেশ অমগা, কাষ্ট অমগা কাষ্ট অমগা, চাবৌ মৌরৌনবা পুক্লিং থৌগৎকদবনি। শিখ অমসুং সনাতনি জৈন অমসুং বৈষ্ণব, লিঙ্গায়ট পূম্নমকসিগী মবক্তা মশেল চারৌ মৌরৌনবা তৌবদা অথিংবা পীবিবা খুৎ অদু মশা মথক্তা আত্মাঘাট তৌজবনি। মাইনোরিটি কৌবশিং অদুনা নিংশিংগদবদি মখোয়না মখোয় মশামক্লা মথক্তা লেপলিবা উশা অদু কৈদৌঙৈদসু ককথৎনবা হোৎনরোইদবনি। মপৃঙ ওইবা পূম্নমক্কী হকচাং ওইরিবা অদুনা পুল্লিবা অদু, ঈগী, লোলগী অমসুং অপূনবা ইমা লৈবাকনা পুল্লিবা পীপুন অদু মপাঙ্গল কলহল্লু। লিরবা সভ্য ওইবা হিন্দুগী ঈ অদু শিংলি অমদগী অতোপ্পা শিংলি অমদা চেম্ব্বরক্তুনা অট্রোকতগী কট্রক ফাওবা শন্দোরকখিবা মমৈদা অমত্তা ওইবা হকচাং অমগুম্না তিন্নখিবা, ঐখোয়গী জাতিসি অমত্তা ওইনা পুনসনু অমসুং ইম্পাৎকী মতৌগুম্না মথৌ কনসনু।

হৌখ্রবা অথাপ্পা মতমদা মিৎয়েং অমা অমুক থমসি, অদুদগী হৌজিক মতমদা অমুক লাকসি, পান-ইসলামিজম ইন এশিয়া, ডি পোলিটিকেল লিগ ইন ইউরোপ, ডিপান ইথোপিয়ান মুভমেন্ট ইন আফ্রিকা অমসুং আমেরিকা; অদুদগী য়েংসি হিন্দুশিংদা, মখোয়গী তুংগী ফিবম অসি ভারত্তা চপ চানা কোনশিল্লবা অদুগা ভারতকী তুংগী ফিভম অসি হিন্দুগী অপূনবা শক্তিদা তঙাইফদনা নপশিল্লবদি অতৈ অতোপ্পা উপায় করি লৈ। ঐখোয় লৈজবী থাদুনা হোৎনরি, হোৎনখিগনি, হিন্দু মহম্মদন, পার্সি খৃষ্টান অমসুং ইহুদিশিংদা ভাব তামিন্নবা নুংশিননবা অমসুং অচৌবা ভারত হায়বা মপূম ওইবা লৈবাক অসিদা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবা হোৎনদুনা লৈখিগনি।

ঐখোয়না খনগদবদি ঐখোয় অহানবদা ভারত মচানি হায়বসিনি। ভারতনা চাউখৎলকলগা অতৈদি কোন্না খন্নবা তাবনি। পম্বুংফম অমদি লৈগনি, ভারত্তদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা মসি অচুম্বা ওইগনি, ন্যাশন অমনা চাউখৎপদা মশাগী লেপফম যুম্ফম অমা দরকার ওই, নাগরিকশিংগী পুন্সি, মখোয়গী ইতিহাস অমসুং অপাম্বা অদু লৈবাক অদুগা চেৎনা নপশিন্নবা হায়বসিনি, অসুম্না তৌরবতদা ন্যাশন্যাল ষ্টেট অদুগী অশেংবা যুম্ফম শাগৎলকপগী মওং পীবা ঙমগনি। টর্কিগী মরমদা অমুক্তং য়েংশি, য়ং টর্কশিংনা রিবোলুসনগী মতুংদা মখোয়গী পার্লিয়ামেন্ট অমসুং ঙাকশেলগী লোয়শঙ পুন্নমক আর্মেনয়ানশিং অমসুং খৃষ্টানশিংদা হাংদোক্লুই, টর্কিগা সার্বিয়াগা লাল শোক্লবা মতমদদি টর্কিগী রেজিমেন্টতা য়াওবা খৃষ্টান অমসুং আর্মেনিয়ানশিং অদু সার্বিয়ানশিংগা হেন্না নকশিন্নরকখি। মসি রাজনীতি, ধর্ম্ম অমসুং জাতিদগী যুম্ফমদগী থোরকপনি। জর্মন ব্বারগী মতমদা আমেরিকাদা কমদৌখিবগে হায়বদু অমুক য়েংশি। লাল হেক থোরকপগা আমেরিকাগী জর্মন সিটিজনশিংদু আমেরিকাবু লংথোক্লম্বগী খুদোং থীবা অদু মায়োক্লবা হৌরকখি। নেগ্রো সিটিজনশিং অদুসু মখোয়গী অঙৌবা মরৈপাক মচাশিং অদুদগী আফ্রিকাগী মচিল মনাওশিং অদুনা হেন্না নুংশিনা লূম্না খল্লকই। আমেরিকাগী ষ্টেট অদু অরোইবা চংজফম ওইনা মখোয়গা হৌফম চাফম ঈ-মরী তিন্নবা এঙ্গলো-সেক্সনগা লোয়নদুনা মরাইবক লেপ্পবা হোৎনখি। মরম অদুনা হিন্দুশিংনা, মখোয়গী হৌখ্রবা, হৌজিক ওইরিবা অমসুং ওইরক্কদবা মতম পূন্নমক্কী ওইনা হিন্দুস্তানগী লৈমায় অসিগা চেৎনা থাগোন্নবা তাবনি। মসি মখোয়গী পিতৃভূমি, পুণ্যভূমি। মখোয়না ইন্দিয়ান ষ্টেটকী যুম্ফমনি, মসি মখোয়গী কুইনগীদমক্তা থমজনবা ভারত রাষ্ট্রগী অপূনবা শক্তিনি। ইণ্ডিয়ান ন্যাশন্যালিটিগী ব্বাফমদা লৌরগসু হে হিন্দুশিং, হিন্দু ন্যাশন্যালিটি মরা চেৎহল্লু, মপাঙ্গল কলহল্লু, মদুনা ঐখোয়গী নন-হিন্দুনি হায়না লৌবা ঈরৈপাক মচাশিংদা শাউহনবা শোকহনবা তৌরোইদবনি। ঐখোয়গী জাতি ঐখোয়গী লৈবাক কন্নবা ব্বাফম নত্তবদা পৃথিবীদা অতোপ্পা কনা অমত্তগী থম্মোয় শোকহনবসু তৌরোইদবনি। মদু ওইদুনসু কনাগুম্বা পান-ইজম অমত্তনা থাজবা মাঙহনবা, কাইহৌরুবা তৌদনা লান্দাশিন্নরকপা য়াহল্লোইদবনি। পান-ইজম কয়া অমনা মহাদেশ অমদগী মহাদেশ অমা লান্না মখোয়গী লৈবাক শন্দোক্লবা লাল চখদুনা লৈরি

হায়বসি কাউথোকলোইদবনি। ভারত্তা লৈবা অমসুং পৃথিবীগী মনুংদা লৈব কম্যুনিটি কয়ানা 'ইণ্ডিয়া ফাষ্ট' নত্রগা 'মৈন কাইন ফাষ্ট' কী পান্দম ফংনবা থৌরাং তৌদে, পুম্নমক্না ধর্ম্মগী জাতিগী অখুবা মিৎয়েংদা পুনশিন্নদুনা ওফেন্সিভ অমসুং ডিফেন্সিভ এলায়েন্স কয়া চথরি। হিন্দুশিংনা শিংলিগী লংলাগুম্না থোৎ নৌরবা লংলা অমনা অচৌবা সমাজগী হকচাং অমা শেমলিবসি মপাঙ্গল কলহল্লু। ঐখোয়গী মনুংদগী কনাগুম্বা হকচাংসিগী মরু ওইবা কায়াৎ অসিবু থদৎকে হোৎনরবদি মদু মশা মতোমতা শিজনবগা চপ মান্নদা থোক্কনি। কনাগুম্বা মখোয়দুনা হিন্দুগী মমিং অসি থাদোক্কে খল্লবা মখোয় অদু জাতিগী পুন্সি অমসুং পাঙ্গল পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈফুৎ অদুগা মরী ককথৎনবা মথন্ত শিঞ্জবনি। হিন্দুত্বগুম্না ন্যাশন্যালিটিগী মচং ওইবা মচাক শুনা য়াওদবা অপিকপা 'স্পেন' অমসুং 'পোর্টুগাল' গুম্বা লৈবাকনা পৃথিবীদা মতম অমদা নোংশাগী শকতম লৌখ্রে। ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈবাকসিদা ফিদম্নফম ওইবা ফিবম পূম্নমক ফংলবসিদা 'হিউম্যান ৱার্ল্ড' অসিদা ঐখোয়না তানবা ফংলোইদবা করি লৈরি।

মীওই কোটি কুল্লানা মখোয়গী 'ফাদরলেণ্ড' মখোয়গী 'হোলিলেণ্ড' মখোয়গী ইতিহাসনা মখোয়বু অসি য়ৌনা ঙাকথৎলবা, অপূনবা ঈনা মখোয়বু অপূনবা জাতি অমা ওইনা পুল্লবা অমসুং অপূনবা সংস্কৃতিনা মখোয়বু শেংনা শকতাক্লবা অসিদা পৃথিবী পূম্নমক্তা ঐখোয়না ঐখোয়গী য়ানবা ৱাফম পাংথোকনবা য়াথং পীবা ঙম্বা মতম লাক্লগনি। নোংমা মীওইবা জাতিনা শক্তি অসিবু শোয়দনা মায়োক্লরগনি।

মসিমসু শোয়দবনি হিন্দুশিংনা অসিগুম্বা ফিবম অসি ওইরকপা মতমদা পৃথিবী পুম্নমক মহাক্কী য়াথং ইনবা তাবনি। অদুগুম্বা য়ানরবা ৱাফমগী টর্মশিং অদু গীতাদা হায়রম্বা নত্রগা বুদ্ধনা থনম্বা টমশিং অদুগী মতুং ইন্ননি। হিন্দুশিংতনা মসি তৌবা ঙমই। শঙ্করনা পৃথিবী পুম্নমক্তা বেনারস নত্রগা ৱারানসি অমগী দাবী তৌরমই অদুগা তুকারামনা অসুম্না লাউরমই।

'আমুচা স্বদেশ ভুবনত্রয়ামধ্যেং বাস'।

হে ইমা লৈবাক! ইচিল ইনাওশা, মোসলেমসিগী অবোইবা ঙমখৈদা-মফমদুমক্তা ইমা লৈবাকসিগী লমদাই ওইরি।

